


আইং এসং অকোইজমগী

# অমম্বদা মঙাল



মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল, মাণপুর

**Amambada Mangal**
*Written by I.S. Akoijam,*
*Published by Manipur Sahitya Samiti,*
*Thoubal - 795138, Manipur, in 2005,*
*and valued at Rs.75.00 per copy.*




অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৫

কপী মশীং ঃ ১০০০

মমল ঃ লুপা ৭৫/-

ফাওবা ঃ মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুর।

নাইটবক ফংবম ঃ মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুর।

---

নম্ফম ঃ সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর।

# ৱাহৈ খরদং

শ্রী অতৈং এসং অকোইজম নৌহৈনা শক অমুক তাকুরুদ্রবসু মাযাম্না খণ্ডনরবা থৌবালগী অইবা অমনি। হন্দক ওঝাগী নৌনা ফোঙগদৌরিবা অমম্বদা মঙাল হাযনা মিংথোনবা ৱারেং ৩১ যাওবা লাইরিক অসিগী প্রুফ পাজকুবদা পাংথোক্লুংদা ফাওবকপা ৱাখল থরা মখাগী অসুম্না থমজগে লাল্লবদা ঙাকপীয়ু।

মীওইবা কনাসু মিংচৎ হীনিংঙাই ওইবা ফত্তবা থবক তৌনিংবা হৌনদে। মফম মতমগী মতুং ইন্না কনাগুম্বনা ফত্তবা থবক তৌরুবা তারবসু মহাক্কী আখ্নদি মদুং খক থাদনিংদে। মসিগী খুদমদি হুরান চৌম্থী নত্রগা মীহাৎ-মীপুন তৌরুববা মী অমবু থেক ফাবা মতমদা মহাক ইকাইবদগী মমায় লুকথবা, খুম্বনচিংবা শোয়দনা তৌরক্কনি। মসি মাগী আত্মানা জ্ঞান তাক্লকপগী খুদমনি। মবম অদুনা লৌশিং শিংবা মীশিংনা মতম পূম্নমক্তা আত্মানা যাবা থবক্তমক তৌদুনা মতাপুরুশ হাযবা মিংথোল অদু ফংদুনা ঈশ্বরগী মনাক যৌবা ফংজে। পান্দম অসি ফংনবা হোৎনবদা ৱারেং ৩১ অসিনা লৌরিবা থৌদাং অমসুং ৱাহন্দোকশিং অদু মখাগী অসুম্না থমজগেঃ

১। **ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লসি**

ৱারেং অসিগী মরুওইবা পাউতাক্তি মীওইবা হায়বসি ঈশ্বরগী ঙমথংদা লৈবা অদুগা জীব পূম্নমক্তগী অথোইবা জীবনি, মরম অদুনা হিংলিঙৈ মতমদা

ফম্বদা থবক্তমক তৌদুনা ঈশ্বরগী শিক্ষা পাওখোক্লবদি অৱা-অনা লৈত্ৰবা, ঈশ্বরগী মপোক্তা পোক্লুরগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা পোকহনবনি।

২। সৎ-চিৎ-আনন্দ

সৎ হায়বদি হৌখ্রবা, হৌজিক্কী অমসুং তুংদা থোক্লক্কদবা ৱাফমশিং খঙবা, চিৎ হায়বনা খঙননবগীদমক্তা আত্মাদা ফাওরকপা ৱাখল অদুনি অদুগা আনন্দ হায়বনা পূন্নমকপু খঙবগী নুংঙাইবা হায়বনি হায়বগী অর্থ ফোঙদোকই। মরম অদুনা মাওইপোক্তা পোক্লুরবা ঐখোয়দি ইশানা-ইশাগী আত্মাবু মশক খঙনা অৱানবা ৱাখল থাদোক্লুনা সৎ-চিৎ-আনন্দ ফংনবা হোৎনগদবনি হায়বসি ৱারেং অসিনা তাকই।

৩। ঈশ্বর অমসুং মায়া

ৱারেং অসিনা তাক্লিবা পাউতাক্তি সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎলম খুদিংমক অসি ঈশ্বরগী খূৎশেম ঙাক্তনি; ঈশ্বরনা খঙদ-উদবা অমতা লৈতে, মরম অদুনা মায়াগী ওইবা সংসাবদা পোক্লুনা অৱাবা কয়া অমূক ফংদনবগীদমক্তা জীবশিংগী য়াইফনবতা খন্দুনা পীনহৈবতনা মশরুক ওইববা মীওই অমা ওইনবা হোৎনবসি হায়বনি।

৪। জ্ঞানগী লম্বী

মীওইবনা মশানা তৌজবা থবক হায়বদি কর্ম্মগী ফলনা মহাক্কী পূন্সিগী পন্থুং শেমজৈ—অফবা থবক তৌরগা অফবা ফল, ফত্তবা থবক তৌরগা ফত্তবা ফল। কনাগুম্বা মীশক অমনা অতোপ্পা মীগী আত্মাবু মশামক্কী আত্মানি হায়না হেক খনবা ঙম্লবা মহাক অদু জ্ঞানগী লম্বী খঙলবা মীনি হায়বসি ৱারেং অসিনা উৎলি।

৫। মুক্তিগী লম্বী

কনাগুম্বা অমনা পূন্সিগী অৱা-অনা পূন্নমকপু লাম্বোকপা ঙম্লবগী থৌজাল ঈশ্বরদগী ফংজবা অদুবু মুক্তি ফংবা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্লবা মমল নাইদ্রবা পান্দম অসি ফংননবগী লম্বী অসি ৱারেং অসিনা তাক্লি।

৬। অমরগী লম্বী

পোকঙমদা পোকপা মীওইপোক্লা অফবা থবক অমতা তৌরম্মদনা শিখিবা তারবাদি মথংগী মপোক্তা অতোনবা জীব অমা ওইনা পোক্লগনি অদুগা অফবা থবক্তমক তৌরম্না মহাক অদুনা অমর হায়বা পদবী অদু ফংদুনা ঈশ্বরগী মনাক্তা যৌখিগনি হায়বসি ব্রারেং অসিনা ফোঙদোকই।

৭। ইন্দ্রিয়শিং লাকশিনবদা ঈশ্বর

মায়াগী সংসারদা তাউদুনা চৎলিবা মীশক্লা ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা ঙমদদুনা ঙহাক-ঙহাক্কী নুংঙাইবা পাম্বদগী মতুংদা অৱাবা কয়া নংই অমসুং মশানা মশাগী পূন্সি তেনশিঞ্জনবগী মরম ওইহল্লি। ইন্দ্রিয় লাকশিন্দুনা চৎপা ঙম্লবা মীশক্তনা ঈশ্বরগী মনাক নকশিন্দুনা পূন্সি চুপ্পা নুংঙাইবা ফংই হায়বসি ব্রারেং অসিনা তাকলি।

৮। ধ্যান্না আত্মাবু থাঙ্গৎপা

ঈশ্বরবু ফংজগে হায়ববদি মপাম্লোংগী ওইজবা পূম্নমক থাদোক্লগা মশাগী আত্মাবু খঙনবা ধ্যান তৌগদবনি হাযবা অসিনা ব্রারেং অসিগী পান্দমনি।

৯। ভাগবত পুরান

মীওইবদা অখন্নবা লৌশিং কয়া পীবা অরিবা লাইরিকপু পুরান হায়না খঙনৈ। পুরানশিংগী মনুংদা ভাগবত পুরান হাযবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শ্লোকশিং অসিদি ককনিংঙাই লৈত্রবা ঈশ্বরমক্কী পাউজেলনি হায়বসি ব্রারেং অসিনা উৎলি।

১০। গীতা

মহাভারতকী লাঞ্জাও লোইশিল্লমদাই মতাংদা ভগবান শ্রী কৃষ্ণনা আৰ্জ্জুন্দা হায়খিবা শ্লোক ৭০০ কী পাউতাকশিং ইবা লাইরিক অদুবু গীতা কৌই। গীতাগী পাউতাক ঙাক্লা চৎলিবা মীশক অদুদি পোকপগী মহয় য়াল্লে হায়বসি ব্রারেং অসিনা উৎলি।

**১১। কৌরব অমসুং পাণ্ডব**

ফত্তবা মীগী হীদাক লৈতে হায়না প্রমান তৌনৈ। ফত্তবা মীনা অফবা মীবু কল্লক-য়েংথীবদগী মাঙহন-তাকহন্নবা থৌরাং কয়ামরুম তৌজরবসু মমৈথংদা লাঞ্জদবা অচুম্বা চৎপা মীনা জয় ওই হায়বসি ৱারেং অসিদা কৌরব অমসুং পাণ্ডবকী ৱারীনা প্রমান তৌদুনা উৎলি।

**১২। স্থিতপ্রজ্ঞ**

তাইবঙগী অপাম-পামদা পূম্নমক থাদোক্লুনা আত্মাজ্ঞান মতিক চানা ফংলবা মীবু স্থিতপ্রজ্ঞ কৌই। অসিগুম্বা মীতনা ঈশ্বরগী মনাক য়ৌবা ঙমজৈ হায়না ৱারেং অসিনা তাকলি।

**১৩। ঈশ্বরগী মঙাল ফংবা**

মী খুদিংবু চপ মান্ননা ইচা-মীচা খায়দনা য়েংবা ঙম্লবা মতমদদা ঈশ্বরগী মঙাল ফংবা ঙম্মী হায়বগী প্রমান ৱারেং অসিদা নিংথিনা পী।

**১৪। প্রার্থনা তৌবগী কান্নবা**

করিগুম্বা থবক অমা মায়পাক্লা পাঙথোক্কে হায়রবদি অকনবা উইল অমা চঙই, লোয়ন-লোয়ননা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরবদি থবক অদু পাঙথোকপদা হেন্না কান্নবা পী হায়না ৱারেং অসিনা তাকলি।

**১৫। শিক্ষা অমসুং আত্মা-বিদ্যা**

শিক্ষানা মী অমবু লাইরিক-লাইশু হৈহনবা ফাওবদি য়াই অদুবু মশাগী আত্মা বিদ্যা য়াওদনদি পূম্নমক অরেম্বনি হায়বসি ৱারেং অসিনা উৎলি।

**১৬। নুংশিবা**

নুংশিবা হায়বসি মীওইবা ঐখোয়দা ঈশ্বরনা পীরকপা গুণ অমনি। নুংশিবা য়াওদ্রবা মী অদুদি সংসারদা হিংবগী অর্থ য়াওদ্রবনি। নুংশিনবগী ফিদমনিংঙাই ওইরবা তেন্তকপা রামায়নগী ৱারী মতেক অমনা ৱারেং অসিবু হেন্না মপুং ফাহল্লি।

## ১৭। কর্ম্ম-যোগ

পূন্সিগী অরোইবা পন্থুংদা ৱাবা নত্রগা নুংঙাইবা হায়বসি ঐ-ঐনা তৌজখিবা কর্ম্ম হায়বদি ইথৌগী মখা পোল্লি। থবক তৌরিবা মীশক অদুনা মাগীদা ওইজনবা তৌবা কর্ম্মবু সকাম-কর্ম্ম কৌই অদুগা ঈশ্বরগী মফমদা কত্থোকপগা লোয়ননা সমাজগী কান্নবা তৌবা কর্ম্মবু নিষ্কাম কর্ম্ম কৌই। নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবনা অথোইবা কর্ম্মনি হায়বসি উৎননবা ৱারেং অসিদা গীতাগী ফজরবা ৱারী মতেক অমসু হাপচিল্লি।

## ১৮। সন্ন্যাসী

সংসারগী অৱা-নুংঙাই পূম্নমক থাদোক্লগা ঈশ্বরগী মফমদা কত্থোক্লবা মহাক অদুদি সন্ন্যাসীনি। সন্ন্যাসী ওইদুনা মুক্তি ফংনবা হোৎনগদবনি হায়বসি ৱারেং অসিনা তাক্লি।

## ১৯। বর নত্তে শিরাপনি

অফবা মীগী গুণ চেনববু সুর, ফত্তবা মীগী গুণ চেনববু আসুর হায়না খঙনৈ। রাবনবু মাগী ফত্তবা লিচৎকীদমক্তা আসুর হায়না খঙনখি। পদ্মাসুর কৌবা হিংচাবা অমনা শিব মহাদেবগী বরবু নিয়ম লান্না শীজিন্নরুবদগী মশা উৎ ওনখিবগী ৱারী মতেক অমা হাপচিন্দুনা ৱারেং অসি হেন্না অর্থ থোকহল্লি।

## ২০। সঙ্গ-সঙ্গনা পুই

ফত্তবা মীগা সঙ্গ তৌরবদি ফত্তবা ওই। মরম অদুনা অফবা মীগা সঙ্গ তৌ হায়বসি অহল লমনশিংগী পাউতাক্লি। মসিগী ফজরবা পাউতাক অসিগী প্রমান খরা ৱারেং অসিদা তেন্তক্লা উৎলি।

## ২১। পূন্সিগী নুমীৎশিং মাঙহনগুমসি

চাগনবা য়াঙ্গংবা, শৃগনবা লাইরবা হায়বা পাউরৌ অদু ৱারেং অসি পারগা নীংশিংলকই। তশেংবনি মফম, মতম অমসুং পোৎকী শীজিন্নফম খঙদ্রবদি কান্নবগী মহুত্তা অমাঙবনা হেল্লি। তাঞ্জা ফংলিঙৈদা অফবা থবক তৌগদবনি হায়বসি ৱারেং অসিনা উৎলি।

**২২। ওক্তবা মচাবু ঙাকপীবা**

ঙাকপীবদগী হেন্না চাউবা গুণ অমা লৈতে হায়বসি ৱারেং অসিদা মপা অমনা ওক্তবা মচা অতোনববু করম্না ঙাকপীখিবগে হায়বা অদু উত্তুনা প্রমান তৌরি।

**২৩। থম্মোয়না শেংলবদি স্বর্গ ফংই**

পঞ্চভুতনা শাবা হকচাংনি; নোংমা নত্রগা নোংমা শিবা মতমদা উৎ ওইনা নত্রগা লৈবাক ওইদুনা মাঙখিগদবনি। অমাঙ-অতা লৈরোইদবদি আত্মাখক্তনি। মরম অদুনা স্বর্গ ফংজগে হায়রবদি থম্মোয় শেংগদবনি হায়বসি ৱারেং অসিনা তাক্লি।

**২৪। শেংদবা চাঞ্জাক্কী ফল**

মীওইবনা ফংলিবা শক্তিগী হৌরকফমদি চীঞ্জাক্লি। অফবা চীঞ্জাক চানবা হোৎনবা হায়বা অসিদা চীঞ্জাক অদুবু শেম শাবা অমসুং নিয়ম চুম্না চাবা হায়বনচিংবা অসি কায়রবদি ফত্তবা ফল ফংই হায়বা উৎপা ৱারেংনি।

**২৫। তপ, দান অমসুং ত্যাগকী মখলশিং**

তপ, দান অমসুং ত্যাগকী মখলশিং নিংথিনা মশক তাক্লনবগীদমক্তা ফজরবা ৱারী মতেকশিং হাপচিন্দুনা তাকপা ৱারেংনি।

**২৬। যোগক্ষেম**

ৱারেং অসিগী অরোইবা শরুক্তা যোগক্ষেমগী অর্থ পীবগা লোয়ননা গীতাবু থবক ওইনা পাঙথোকপগী মহুত্তা শন্দোক্লবা হোৎনবা খক্তনদি কান্নরোই হায়বগী ফজরবা ৱারী মতেক অমা য়াওই।

**২৭। অপাম্বা**

অপাম্বা হায়বসিনা লৈরিবা মখে মীওইবনা পেনবা নাইরোই, ৱাদুনতা লৈগনি। মরম অদুনা অৱাবা কোক্তুনা ঈশ্বরগী মনাক য়ৌগে হায়রবদি অপাম্বা পূম্বা থাদোক্কদবনি হায়বসি ৱারেং অসিনা তাক্লি।

## ২৮। ঈশ্বরবু থাজবগী কান্নবা

থাজবা লৈত্রবা মীদদি জগৎ অসি অরেম্বনি। ঈশ্বরবু চেৎনা থাজবা মীশক অমনা কয়াম কান্নবা ফংখিবগে হায়বদু ব্রারেং অসিদা য়াওই।

## ২৯। ফিদম্নফম ওইরবা গুরু

লাইরিক অসিগী মমিং **অমম্বদা মঙাল** হায়রিবা অসিমক ব্রারেং অসিগা য়াম্না চানৈ। অমম্বা ব্রাখলদা লৌশিংগী মঙাল পীবা ঙম্বা মীবু গুরু হায়না খঙনৈ। ব্রারেং অসিনা হায়রিবদি ফিদম্নফম ওইবা গুরু অমা ওইগে হায়রবদি গুরু মশামক লৌশিংগী মপু ওইবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি হায়বসিনি।

## ৩০। থবক তৌবা অমসুং ঈশ্বরগী থৌজাল

পূম্নমকপু খঙবী-উবিরিবা ঈশ্বর অমা লৈ হায়বসি ঐখোয়না মতম পূম্নমক্তা কাওরোইদবনি। মরম অদুনা মতম পূম্নমক্তা ঐগী হায়বা ব্রাখল অসি থাদোক্লগা সমাজগী কান্ননবা থবক তৌরিবা মীশক অদুদা ঈশ্বরনা শোয়দনা থৌজানবিগনি হায়বসি ব্রারেং অসিদা খুদম পীদুনা তাকলি।

## ৩১। পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং

ঐনা তৌবনা ঐনা ফংই, মীনা তৌবনা মীনা ফংই হায়নবা লৈ। পূন্সিদা অফবা থবক তৌবতনা পূন্সিগী অশেংবা পম্বুং অদু য়ৌদুনা ঈশ্বরবু ফংজৈ হায়বসি ব্রারেং অসিনা উৎলি।

অদোমগী
ডা থৌনাওজম খোমদোন সিংহ
*ভাইস প্রসিডেন্ট*
মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল।

থৌবাল, মণিপুর
০১-০৩-২০০৫ ইং।

# অহৈবদগী

মীওইবা ঐখোয়দি হকচাঙদনা শাবা নত্তে— হকচাঙ, পূক্নিং অমসুং আত্মা অহুম অসিনা পুল্লগা শাবনি। হকচাঙনা থবক তৌনবা খুৎলায়নি, পূক্নিংনা থবক্কী মরোল খঙননবগী উপায়নি অদুগা আত্মানা হকচাঙ অমসুং পূক্নিংগী সাক্ষীনি। অদুবু তশেংনমক হায়রবদা ঐখোয়দি আত্মানি, হকচাঙ নত্তে, পূক্নিং নত্তে। মরম অদুনা ঐখোয়না তুংকোইদবা হকচাঙগীতা নুংঙাইনবা হোৎনগনি খনবদি লানগনি। ঐখোয়না হকচাঙগী নুংঙাইনবতা হোৎনরুবদগী তাইবঙগী অৱাবা কয়ামুক নংবনি। ঐখোয়না ঐখোয় অসি হকচাঙ নত্তে আত্মানি হায়না তশেংনা হেক খঙবা ঙম্লবদি ঐখোয়গী পূন্সিদা নুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি। ঐখোয় ইশানা ইশামকপু খঙবা ঙম্লবদা জগৎ অসি ঐখোয়গী ইশাদা লৈ অদুগা ঐখোয় ইশাসু জগৎ অসিদা লৈ।

মপান্থোংগী মীৎয়েংদা য়েংলগা ঐখোয়গী অচুম্বা শক্তম অদু খঙবা ঙম্লোই। তাইবঙ মীৎনা য়েংবা মীৎয়েংনা হকচাঙগী ৱাংমা লান্না য়েংবা ঙমদে। হকচাঙদি ঈমায়দা মতম খরগীদা ওইনা কাবা কোঙ্গোলগুম্বনি অদুগা পূক্নিংনা অঙাওবা য়োংগুম্বনি। মখোয় অনীদা থাজবা থম্বা য়াবা নত্তে। পূক্নিংগা হকচাঙগা থবক তৌমিন্নরবা মতমদা ঐখোয়না সংসারগী লম্বীদা চৎলি, অদুবু পূক্নিংনা বুদ্ধিগী মখাপোন্না লৈরবদি ঐখোয়না আত্মা খঙননবগী লম্বীদা চৎলি। আত্মাগা খ্বাইদগী নকুবা বুদ্ধিনা লেপ্লকপা ৱারেপ অদুবু

পৃক্লিংনা ইল্লবদি মদুনা আত্মজ্ঞান ফংননবগী মচুম্বা পোরম ওইরকই। ঐখোয়না য়ৌগদবা অশেঙবা পন্থুং অদুদি ঐখোয়গী তাইবঙ হকচাঙ অমসুং পৃক্লিংনা য়ৌবা য়াবা মফম নত্তে, ঐখোয়গী আনন্দগী মশক ওইবা আত্মানা য়ৌগদবনি।

জগৎ অসিদা লৈরিবা ঈশ্বরগী শক্তি অদু মীওইবা ঐখোয়দসু লৈ। ঐখোয়না শক্তি অদুবু খঙবা ঙম্লবদি ঐখোয়না ঐখোয় ইশামক্কী অশেঙবা শক্তম অদুবুসু খঙবা ঙমগনি। হৌজিক্কী মতমগী বিজ্ঞাননা অসুম অসুম চাওখৎলকপগী মতুংইন্না আত্মজ্ঞানদি অসুম অসুম ৱাৎলক্লি। মীওইবনা থাদা কাবদি ঙম্লগা মালেমদা চৎপদি হৈত্রি। মীওইবনা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা চঙবদি ঙম্লগা থম্মোয়নুংদা চঙদুনা আত্মাবুদি খঙননবা থিদ্রি। ঐখোয়গী পুন্সিগী থেংনগদবা মরুওইবা সমস্যাদি পোকপা, লায়না অমা নৎত্রগা অমনা নারকপা, অহল ওইরকপা অমসুং শিবনি। সমস্যা অসিবু কোকহন্নবা উপায়দি আত্মাবু মশক খঙলগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবনি। হৌজিক্কী চাওখৎলক্লিবা বিজ্ঞান্না সমস্যা অসিবু কোকহনবা ঙম্লোই।

নুং-দা লৈরিবা ঈশ্বরগী পীকখ্রবা খোঞ্জেল অদুবু তাবা অদুগা মদুদা থাজবা থম্বা ঙম্নবা লাক্লসি। ঈশ্বরবু উবা ফংদে হায়দুনা ঈশ্বর লৈতে হায়বা য়াদে। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজদ্রবদি ঐখোয়না ইশাবুসু থাজদ্রবনি। অচচ্চত্ত হায়দুনা লৈরিবা পূম্নমক অসিগী থৱায়শিংগী থৱায়দি ইবুংঙো মহাক্লি। হকচাঙ অসিদা ফজ-ফজরবা লৈতেং কয়া শিজিনবা য়াই অদুগা ফজ-ফজরবা ফিজোল কয়াসু শেৎচিনবা য়াই, অদুবু হকচাঙ অদুনা শিরবদা মখোয়দুনা করি কান্নগনি? হকচাঙ অদুনা শিখ্রবসু আত্মাগী শক্লোন লৌদুনা লৈরিবা ইবুংঙো মহাক্তি অমরনিনা অদুম হিংদুনা লৈহৌগনি। আত্মা হায়বদি ঈশ্বরনি, ঈশ্বর হায়বদি আত্মানি। মসিবু থাজবনা ঐখোয়গী অশেঙবা পুন্সি-নিংসানি। হকচাঙনা থবক কয়া অমা তৌজরবসু থাজববু য়াওদ্রবদি করিসু কান্নদে।

আত্মাদি শিদে হায়বসি য়ানীংদ্রিবমখৈদি ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজবা ঙম্লোই। ঈশ্বরবু থাজদবা হায়বসিদি তুংকোইদবা পোৎশিংনা পীকথন্না লৈবা মায়াসংসারবু থাজবা হায়বনি। ঈশ্বরবু থাজবা হায়বা অসিনা অশেঙবা থাজবনি। ঈশ্বরবু থাজদবা মীনা মশাবুসু মীওইবা জাতিবুসু থাজদে। ঐখোয়

অমগা অমগা থাজনরক্তবদগী মালেমসিদা চিংনবগী মহুম চাউনা শারকই। চিংনবা হায়বা অসিদি মীওইবগী থম্মোয়দা চঙলকপা য়াম্না শাথীরবা মীওইবা জাতিবু মাঙহনবা ঙম্বা মহীক অমগুম্বনি। হৌজিক্তি মালেমদা লৈরিবা মী অয়াম্বসি ঈশ্বরবু থাজদবদগী চিংনবগী লায়নানা নারে। মীনা মীগী অৱাবা পূমকোক-কোকহনবা ঙমদে। শক্তি পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বরগী লেঙদবা শক্তি অদুদা থাজবা থম্লগা চিংনবগী লায়না অসি কোক্তুনা তাইবঙগী অৱাবা ঈপাক অসি লাম্থোকপা ঙমগনি অদুগা অশেঙবা নুংঙাইবা ফংগনি।

ঐখোয়দি হকচাঙ নত্তে, আত্মানি, শিবা নাইদবনি, হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং মতুংগী মতমদসু অদুম লৈরগদবা সৎনি। ঐখোয় মীওইবা খুদীংমক ঈশ্বরগী শাবাল্লবা শক্তমনি, অমাঙ-অতা হায়বদু লৈতবনি অমসুং মশাগী মশা অদুম লৈজবনি। মালেম অসিদা লৈরিবা জীব পূম্নমক্কী মনুংদগী মীওইবনা পূমহেন-হেনবনি, অদুবু ঈশ্বরগা মীওইবগা মরক্তা মায়ানা য়ুখল অমা ওইনা লৈখিবা মরমনা অরৈববু লৈতবা ওইনা অদুগা লৈতববু অরৈবা ওইনা উহল্লি অদুগা অমাঙ-অতা লৈবা হকচাঙবুসু অমাঙ-অতা লৈতবা আত্মা ওইনা লৌহল্লি। খুৎশেমগী নৎত্রগা মায়াগী সংসার অসিদা থম্মোয়গী মফম লৈত্রে। থম্মোয়দি ঈশ্বরগী লৈফমনি। ঈশ্বরগী অশেঙবা লৈফমদা ফত্তবা ঈথিন চঙহনবা য়াদে। ফত্তবা পূক্লিং-ঈহুনশিংনা শেংহন্দ্রবা থম্মোয়নুংদা ঈশ্বরনা কবম্না লৈবা ঙমগদগে ? মীওইবনা মশাখক্তবু নত্তনা মালেমগী পোৎলম পূম্নমকপু শেংহনখিদবদগী মালেমসিদা শান্তি লৈত্রে। সমস্যা অসিবু কোকহন্নবগী উপায়দি ঐখোয়না হকচাঙগী নুংঙাইনবতা খনবা থাদোক্লগা আত্মাবু খঙননবা লাক্লগদবনি।

নুংঙাইবদি থম্মোয়নুংদা লৈরগা ঐখোয়না নুংঙাইববু মপান্দা থিরি। ঐখোয়না শিবা কিদবমখৈ পৈশা, শক্তি, মিংচৎনচিংবা তাল্লি অদুগা মমিদা ঙাওরি। ঐখোয়না সংসারগী তুংকোইদবা পোৎশিং ফংলগা অশেঙবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংগদবা নত্তে। অদুগা অমুকসু অশেঙবা নুংঙাইবদি কোক্তগী লাক্কদবা নত্তে, শেংদোক্লবা থম্মোয়নুংদগী লাক্কদবনি। মতাং অসিদা কোক্কী ৱাবু লৌগদ্রা নৎত্রগা থম্মোয়গী ৱাবু লৌগদ্রা হায়বগী ৱাহং অমা চোংথোরকই। মদুগী পাউখুমদি ঈরায়-লায়না খুম্বা য়াই মদুদি কোক্কী মতেং লৌরগা

থম্মোয়দগী থোক্লকপা ঈশ্বরগী পীকখ্রবা খোঞ্জেল অদুবু তাগদবনি। খোঞ্জেল অদুবু তাবা ফংজরবা মীনা শিরবা মতুংদতা নত্তনা মালেম অসিদা হিংনা লৈরিঙৈদসু অশেঙবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংবা ঙম্মি।

হৌজিক্তি ঐখোয়না অচুম্ববু সম্মান তৌদ্রে, চুম্না হিংদুনা লৈবা হৈনদ্রে, ইজাতিবু নুংশিবা খঙদ্রে অমসুং সংস্কৃতিবু ঙাকশেনবা ঙমদ্রে। মসি কোক্না থম্মোয়গা ফাক চৎনখিবদগীনি। থম্মোয়না হায়রি মদুদি ঐখোয় অসি আনন্দগী মশক ওইবা ঈশ্বরদগী লাকপনি অদুগা ঈশ্বরদা অমুক হনগদবনি, অদুবু ঐখোয়গী কোক্নদি ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা ওন্সিন্দে। ঐখোয়গী ৱাখলনসু মপাম্থোংগী ওইবা মায়াগী অরঙ-অরাক্তা লূপলি। মদুনদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌদুনা নুংঙাইরুবা ঙম্লোই। ৱাখলদগী থবক লাকই, থবক্তগী হৈনবী লাকই, হৈনবীদগী লমচৎ লাকই, অদুগা লমচৎতগী লাইবক লাকই। মরম অদুনা ঐখোয়না শিরগা স্বর্গদা কাদুনা নুংঙাইরুগে নৎত্রগা নরক্তা কুমদুনা ৱারুগে হায়বসি ঐখোয়গী ৱাখলগী মখা পোল্লি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী পূন্সিদা চাননবা, থক্লনবা, লৈননবা, শেৎননবা, চৎননবা, য়ুম-পান্নবা অমদি অতোপ-অতোপ্পা হকচাঙ নুংঙাইনবনচিংবগীদি থৌরাং মখল মখল তৌনরি, অদুগা শিরবা মতুংদা নুংঙাইনা লৈরুনবগী মরুওইবা খোঙচৎ অদুগীদমক্তদি থৌরাং করিমতা তৌদে। ঐখোয়না তৌরিবা পূম্নমক অসি হকচাঙগী ঙাইহাক-ঙাইহাক নুংঙাইনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। ঐখোয়না শিবা মতমদা ঐখোয়গী ঈমুং-মনুং, মরী-মতা, মরূপ-মপাং, লন-থুম অমদি লৌ-শীঙনা ঐখোয়বু যমগী দূতশিংগী মখুত্তগী কলহৌবা শুকঙম-ঙম্লোই। অদুবু ঐখোয়গী হকচাঙ অমসুং মীরম্লেনগী পোৎশিং অসিবু লন্নাইগী ওইনা শীজিন্নদনা ঈশ্বরগী সেবাগীদমক্তা শীজিন্নরবদি মদুনা শিরগা ঈশ্বরগী মনাক্তা নুংঙাইনা লৈরুনবগী মরুওইবা পাম্বে অমা শোয়দনা ওইগনি। মরম অদুনা ঐখোয়না শিদ্রিঙৈদা ঈশ্বরবু মীৎকৃপ অমফাওবা কাউথোক্তনা লৈগনি অদুগা থম্মোয় শেংনা প্রার্থনা তৌর-তৌরগা ঐখোয়গী আত্মাবু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎকনি।

ঐখোয়না শিদ্রিঙৈদা নুংঙাইবা থিবগুম্না শিরবা মতুংদা নুংঙাইরুনবা হোৎনবদা খজিক্তা ওইরবসু মতেঙ ওইগদ্রা হায়বগী আশাদা পন্দুপ

কুন্থামাথোইদা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎচবা **অমম্বদা মঙাল** হায়না মিংথোনবা লাইরিক মচা অসি ইজখিবনি। লাইরিক অসিদা অরান-অহুই অমদি হেন্দোক-হেঞ্জিন কয়া য়াওরম্লবসু ঐহাকপু ঙাকপীগনি। মখোয়বু চুমথোক্কুনা লৌবিনবা অমদি শেংদোকপীরক্লবা তোল্লবা ঐহাক্না হন্না-হন্না নোল্লুকচরি।

লাইরিক অসিবু ফোঙদোকপীরিবা **মণিপুর সাহিত্য সমিতি**, থৌবাল, মণিপুর, অমদি লাইরিক অসিবু নম্বদা অকনবা থৌদাং লৌবিখিবা **সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স**, থৌবালগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উচ্চরি, অদুগা মখোয়দা ঈশ্বরনা য়াইফ-মঙ্গল পীনবীবা ওইরসনু।

থৌবাল, মণিপুর
তাং ১২।০২।২০০৫ ইং

ময়ামগী সেবাদা
আইঃ এসঃ অকোইজম

# য়াওরিবশিং

## ১। ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চণ্ডশিল্লসি

মতম ফরিভৈদদি মীশিং অসি য়াম্না ফনরম্মী অমসুং শান্তি ওইনা লৈমিন্নরম্মী। লাইগা মীগা শম্নরিঙৈ মতম অদুদনা লাইগা মীগা চারৌ-মৌরৌনদুনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈমিন্নরম্মী, অদুবু তাইবঙ মীশিংগী মশীঙ হেনগৎলকপগী মতুংইন্না মখোয়গী ফত্তবা মগুণশিংসু হেনগৎলকখি। লাইগী মশীঙদি হেনগৎখিদে। লাইশিংনা ফত্তবা মীশিংগা লৈমিন্নবা হৈনরক্তুনা তুমিন্না শাথুপখি। যুগ অহুম চৎখ্রবা মতুংদা হৌজিক্তি কলি হায়বা যুগ অদু ওইরকপদগী অৱাবগী অৱাবা ঙাক্তা ওইখ্রে, শান্তি লৈখিদ্রে। ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা অৱাবা, অকিবা, চিংনবনচিংবগী মহূমশিং শাদুনা লৈরে। ফত্তবা মতম অসিগী অকনবা নুংশিৎ কয়ানা মীওইবা সমাজ অসিদা শীৎচিল্লকখিবদুদগীদি মীনা মখোঙ অনী পানবা শা মখল অমা ওইরকখ্রে, শাদগীসু হেন্না শাথীরকখ্রে। মীওইবনা পূক্লিং অমসুং বুদ্ধিবু শেরান্নবা লম্বীদা শীজিন্নরক্তুনা অকিবগী মশক ওইবা থৌদোক-ৱাথোক কয়া থোরক্লে। খৎন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা, লাল-তৌনবা অমদি অতৈ-অতৈ পাপকী মশক ওইবা থবক কয়াবু অথিংবা লৈতনা তৌনরকপনা হৌজিক্কী মীওইবগী সমাজদা অকায়বা চৈথেং কয়া পীররে। মদুনা মরম ওইদুনা মীওইবগী পূন্সিবু অর্থ লৈহন্দ্রে।

পূন্সি অসিদা লন্থুম য়ারিবমখে তান্সিন্দুনা পৈশিল্লগা, য়ুম মথোল-মথোল শারগা, সমাজসিদা শক্লাইবা মীশক ওইরগা নৎত্রগা অচৌ-অচৌবা ফমশিং পায়রগা, শাগৈ-নাতৈ য়াম্না চাউরগা, সম্পত্তি য়াম্না লৈরগা অমদি ইন্দ্রিয়শিংদা য়ারিবমখে মখোয়-মখোয়গী অপাম্বা মচীঞ্জাকশিং পীশিন্দুনা মখোয়বু নুংঙাইহল্লগা লোইরে হায়না অপঙবা ঐখোয়না খল্লি; অদুগা মদুগীদমক্তা ঐখোয়না অঙাওবগী মতৌগুম লাউরি, নমথাক তৌরি, ওইদবা ঙাঙলি অমসুং নত্ত-নত্তবা থবক কয়া তৌরি। অদুগা অমুকসু তুং-কোইদবা হকচাঙগী পেন্ননবগীদমক্তদি মীশিংনা মথৱায়-থাবা ফাওবা কিদবমখে হকচাঙগী মচীঞ্জাক হুল্লি, অদুগা অশেঙবা "ঐ" ওইরিবা শিবা নাইদবা আত্মাবুদি চারা হেলহল্লি। আত্মা লৈবগী হকচাঙ লৈবনি। প্রার্থনানা আত্মাগী মচীঞ্জাক্লি। প্রার্থনা তৌদনা আত্মাবু চারা হেলহনবদি জ্ঞান-য়াওদবা হিংচা-য়াইতম্বগী শাজৎনি, শিরগা নরক কোমদা মশানা চোংথদুনা ৱাজগে হায়না থৌরাং তৌজবনি।

মালেম অসিদা লৈরিবা থৱায়-পানবা ঐখোয় পূম্নমক অসি পোকপদগী হৌরগা শিবা ফাওবদা অৱা-অনা কয়ামুক নংগদবনি। মদুদগী নাম্থোকপা হায়বা অসিদি অরায়বা থবক অমা নত্তে। মালেম অসিদদি অশেঙবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংগদবা নত্তে, মসিদি অৱাবা মফমনি। মফম অসিদা ফংলিবা নুংঙাইবদি নুংঙাইবগী শক্লোন লৌবা অৱাবনি। মরম অদুনা ঐখোয়না অশেঙবা নুংঙাইবা অদু ফংগে হায়রবদি মালেম অসিদা অমুক হন্না পোক্লক্তনবা কন্না হোৎনফম থোকই। মীওইবা ঐখোয়দি জীব অতৈদগী লাইবক ফবা হেল্লি। মীওইবা ঐখোয়তনা জীব অমা ওইনা করি তৌরগা পূন্সি লেনগদবনো হায়বদু খঙই, অতৈ জীবশিংনদি খঙদে। ঐখোয়না শিদ্রিঙৈদা নুংঙাইবা থিবগুম শিরবা মতুংদা নুংঙাইরুনবা মপোকসিদা হোৎনফম থোকই। মদুগীদমক ঐখোয়না সংসারগী অপাম্বশিং অদু থাদোকপা তারকই। গীতানা হায়ঃ *নহানমুক্কী মপোক্তা অপাম্বা লৈখিবদু থুংননবা হন্দকমুক হঞ্জিন্না পোক্লকপনি।* মরম অদুনা অপাম্বা লৈরিবমখৈদি ঐখোয় অমুক হন্না পোক্লকপা তাই। অপাম্বা লৈরিবমখে মী ওই অদুগা অপাম্বা লৈরক্তবা মতমদা লাই ওইরকই। মরম অদুনা কনাগুম্বা মীওই অমনা অপাম্বা লৈরক্তবা মতমদা মুক্তি ফংই।

অপাম্বনা হকচাঙগী অমসুং পূক্নিংগী অৱাবা কয়া পোকহল্লি অদুগা পূন্সিগী লম্বী চৎপদসু অপাম্বশিংনা অচৌবা পোৎলূম অমা ওইহল্লি। ঐখোয়গী পন্থুংফমদি অপাম্বা লৈতবা অথোইবা শান্তিগী মফম অদুনি। পন্থুংফম অদু য়ৌনবা চৎপদা অপাম্বগী অচৌবা পোৎলূম পুদুনা চৎলগা ঐখোয়না ইশাবু অরেম্বদা য়াম্না ৱাহনবগী দরকার ওইদে। পেন্থোকপা তমগদবনি। ঐখোয়না অপাম্বা অদু ফংদ্রগা শাউরকই, অদুগা অমুকসু অপাম্বা অমগী মথক্তা অপাম্বা অমা নঙ্গিল্লক্কুনা অপাম্বা ময়াম অমা ওইরকই। অপাম্বশিং অদু ফংবা ঙমহৌনবা ঐখোয়না ঐখোয়গী পূন্সিবু শাংদোকহন্নীংই, অদুবু মী অয়াম্বনা, নত্তে মী পূম্নমক্না, মখোয় মখোয়না পাল্লিবশিং অদুবু ফংনবা হোৎনরিঙৈদা পূন্সিগী অশেঙবা পান্দম ফংদনা শিখিবা ঙাক্তনি। মখোয়না মখোয়গীনি হায়না লান্না খঞ্জরিবা লন্থুম, সম্পত্তি, ফম, মিংচৎনচিংবা পূম্নমক পুদনা চৎখি। তাইবঙসিদা ঐখোয়গীনি হায়বা করিগুম্বা পোৎ অমতা লৈতে, পূম্নমক তাইবঙ মপুগীনি। ঐখোয়গী হকচাঙশিংসিফাওবা ঐখোয়গী নত্তে, মতম খরগী ঈশ্বরদগী ৱাঙ্গৈবনি, অৱাঙ্গৈমল পীফম থোকই। ঐখোয়গীনি হায়বা নত্তবা পোৎশিংবু ঐখোয়গী ওইগে হায়দুনা কন্না পামশিল্লুরবদি ঐখোয় ইশা ইশানা ৱাজবা তাবনি। অদুগা অপাম্বা লৈরিবমখৈসু কনামতনা আধ্যাত্মিক্কী চাওখৎপা হায়বদু ফংবা ঙম্লোই। আধ্যাত্মিক্কী লমদা মীৎতাংলবা মী অমগী পূন্সিবু শাংদোকহল্লুবগী করিদি কান্নগনি? উ-পাম্বী অমনা চহী লীশীং লীশীং পূন্সিজরবসু মদুগী অশাংবা পূন্সি মখল অদুবু য়াম্না মরুওই হায়না লৌবা য়াদে।

সংসারগী তুং-কোয়দবা লন্থুমনচিংবা পূম্নমকপু য়াম্না কন্না পামশিল্লুগদবা নত্তে। মখোয় পূম্নমক মখোয়গী লৈফম থোকপা মফম মফমশিংদা অদুম লৈজসনু, ঐখোয়গী পূক্নিংদা মখোয়গী মমি তাহন্দনবা লাক্লগদবনি। পূক্নিংদা মখোয়গী মমি তারবদি পূক্নিংদা শান্তি লৈরোই। মখোয়বু ঐখোয়গীনি নৎত্রগা ঐখোয়গী ওইগে হায়না শেরান্ননা খল্লুবদগী ঐখোয়না ৱাবনি। মখোয়গী অশেঙবা মপু ওইরিবা ঈশ্বরবু কাউথোক্লগা ঐখোয়না মখোয়বু লান্না ইরন্নাইগী ওইনা শীজিন্নরবদি মখোয় অদুনা নুংঙাইতবা থৌদৌ কয়াগী মরম ওইরকই। ইশাগী ওইজবা থিবনা মীওইববু মায়াগী লাংদা থুহল্লি, অদুগা অৱাবদা তাহল্লি।

ঈশ্বরবু থাজসি। থাজবা লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈ। ঐখোয়না অৱাবনি হায়রিবশিংসি অৱাবা নত্তে, ঈশ্বরবু থাজদবনা অচুম্বা অৱাবনি; অদুগা ঐখোয়না ঈনাকখুন্ননি হায়রিবশিংসি ঈনাকখুন্না নত্তে, ঈশ্বরবু থাজবনা অশেঙবা ঈনাকখুন্ননি। মায়া সংসারগী লাংদা থুবা হায়বসিদি জীবাত্মানা সংসারগী কৈশুমশঙদা নান্থোকপা হেক ঙমদবমখৈ লৈবা হায়বদুনি। বন্দি অমবু য়োংহ্লৌ-কোহ্লৌনা পুল্লি, অদুগা কৈশুমশঙদা পোরোন লোন্সিন্দুনা থম্মি। অদুম হায়না ঐখোয়বুসু বন্দিশিংগুম সংসারগী শেংদবা অপাম্বশিংনা চেৎনা পুল্লি, শেংদবা নুংশিবনা পোরোন ওইরগা ঐখোয়বু সংসারগী কৈশুমশঙদা চেৎনা লোন্সিল্লগা থম্মি। ঈশ্বরবু পাম্বনা অশেঙবা অপাম্বনি, ঈশ্বরবু নুংশিবনা অশেঙবা নুংশিবনি। মায়া সংসারগী ওইনদি অশেঙবা অপাম্বা অমদি অশেঙবা নুংশিবা লৈতে। মরম অদুনা মায়া সংসার অসিদা শান্তি লৈবা ঙমদে। শান্তিদি মপান্দা লৈতে। অমোৎপা থম্মোয়বু শেংদোক্লবা মতুংদা থম্মোয়নুংদা শান্তি লৈগদবনি।

শান্তি লৈত্রবদি অশেঙবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংবা ঙমদে। অশেঙবা নুংঙাইবা অদু করম্না অদুগা কদাইদগী ফংগদগে হায়বদুগী মরমদি শুকখন-খন্থরুদনা ঐখোয়না অরেম্বদা মপান্দা নুংঙাইবা থিরি। অশেঙবা নুংঙাইবদি অপাম্বা লৈত্রগা হায়বদি থম্মোয় শেংদোক্লগা থম্মোয়নুংদা ফংগদবনি। হকচাঙগী নুংঙাইবদি নুংঙাইবগী শক্লোন লৌবা অৱাবনি, অদুগা আত্মাগী নুংঙাইবনা অশেঙবা নুংঙাইবনি, আনন্দনি। ঐখোয়না হকচাঙগী নুংঙাইববু থিরি, অদুগা মদুনা মরম ওইরগা ঐখোয়না হৌজিক ৱারি অদুগা শিরবা মতুংদসু ৱাগদৌরি। আত্মাবু নৎত্রগা ঈশ্বরবু থাজরগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লবদি ঐখোয়না শিরবা মতুংদা ঈশ্বরগী মনাক্তা চত্তুনা শেংনা নুংঙাইরুবা ঙমগনি। ঈশ্বরদি অশেঙবা নুংঙাইবগী হৌরকফমনি অমসুং তুংনফমনি।

মালেমসিদা ধর্ম্ম ময়াম অমা লৈজরবসু ঈশ্বরদি অমতনি। ঈশ্বর অনীশুনা লৈবা য়াবা হৌনদে। ধর্ম্ম খুদীংমক্না পন্থুংফম অমতদা চৎপনি, লম্বীশিং খেন্নবগী ৱাদনি। ঈশ্বরগী মনাক য়ৌবনি ধর্ম্ম খুদীংমক্না তান্নরিবসি। ঈশ্বরগী মওঙদি লৈতে, অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মওঙ কয়ামুক পুথোক্লগা লাৎনরি। ইবুংঙো মহাক্কী মমিংসু য়াম্না লৈ, অদুগা মতীক-মগুণসু থাবদা লোইবা খম্বা নাইবা নত্তে। ঈশ্বরবু উবা

ফংদে হায়দুনা ঈশ্বর লৈতে হায়বা য়াদে। নুংশিৎপু উবা ফংদে হায়দুনা নুংশিৎ লৈতে হায়বা য়াব্রা? ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজদ্রবদি ঐখোয়না ইশা ইশাবুসু থাজদ্রবনি। পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈপা ঈশ্বর মহাক্না লৈরমদ্রবদি ঐখোয় পূম্নমকসু লৈরম্লোই। ঈশ্বরনা পূন্সিনি, অচুম্বনি অমসুং মঙালনি; অহুম অসি লৈত্রবদা জগৎ অসি লৈত্রে, শূন্যনি।

ঈশ্বরবু থাজবা হায়বা অসিদি থম্মোয়দগী লাক্কদবনি, মপান্দগী লাক্কদবা নত্তে। মসিদি জীব খুদীংমক্কী থম্মোয়নুংদা ঈশ্বর লৈ হায়বা অচুম্বা অসিবু খঙবদুনি। হুরানবা মী, য়েক্কবা মী, শা-ষন, উচেক-ব্রায়া, তীন-কাঙনচিংবগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা আত্মা অদুবু উগদবনি। ঈশ্বরবু থাজবা মী অমনা তাইবঙপান অসিবু ফনা অদুম উগনি। ফত্তবা মরক্তা অফবতবু উবা ঙম্লবদি পূম্নমকপু নুংশিবা ঙম্লক্কনি অমসুং সেবা তৌনীংবা পোক্লক্কনি। অমরোমদা হায়রগনা জীব খুদীংমক্তা লৈরিবা আত্মাদুবু মহাক মশামক্কী আত্মানি হায়না লৌবা ঙম্লক্কনি, অদুগা জীবশিংবু সেবা তৌরগা ঈশ্বরবু সেবা তৌবনি হায়না লৌরক্কনি। মী খুদীংনা অচৌবা মী ওইবদি ঙমদে সেবা তৌবদি ঙমই। ঈশ্বরদি কনাগী সেবা দরকার ওইদে। জীবশিংবু সেবা তৌবনা ঈশ্বরবু সেবা তৌবনি, পূজা তৌবনি। মায়াবু সেবা তৌবনা ঈশ্বরবু য়েংথীবনি।

অচৌ-অচৌবা চীংশাং কয়া, ব্রাংল-ব্রাংলবা চীং কয়া, পাক্ল-পাক্লবা ঈপাক্লচিংবা কয়া লৈবা মরমনা পৃথিবী অসি য়াম্না লূমই, অদুবু মসিনা মালংদা অতাউবা পোৎশক অমগুম তাউদুনা অদুম লৈরি। মদুগী মরমদি ঈশ্বরনা পৃথিবীগী মনুংদা চঙদুনা লৈবিবদগীনি। ঈশ্বরনা আত্মাগী মশক লৌদুনা কনাগুম্বা অমগী হকচাঙদা লৈরিবমখেদি মহাক্কী হকচাঙ অদু ঈশিংদা তাউগনি, অদুবু আত্মানা হকচাঙ থাদোক্নুনা চৎখ্রবা মতমদদি অশিবা হকচাঙ অদু ঈশিংদা লূপখিগনি। অদুম হায়না মালেমসিদা ঈশ্বর থাজদবা মীশিংনা শারা শন্না লৈরকপা মতমদা মালেম অসি লূম্মনখিদুনা লূপখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। শূন্যগী মমাংদা মশীঙ অমা হাপত্রবদি শূন্যগী মমল লৈতে। ঈশ্বরবু থাজদদুনা কাউথোক্লবদি মালেম অসি শূন্যনি, নুমিৎ অসিসু শূন্যনি, অতিয়া অসিসু শূন্যনি অদুগা থাসিসু শূন্যনি। শূন্য ময়াম অসি ঈশ্বর লৈবগী মমল লৈবনি। মরম অদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবা তাবনি।

মশানা মশাবু থাজবা হায়বসিম্নক ঈশ্বরবু থাজবনি, মীওইবা জাতিবু থাজবনি অমসুং অতোপ-অতোপ্পা, হন্থু-হন্থুবা জীবশিংবু থাজবনি। ঈশ্বরবু থাজদবা হায়বা অসিনা তুং-কোইদবা পোৎশক্লা পীক-থন্না লৈবা মায়া সংসারবু থাজবা হায়বনি। মসিগী শেংদবা থাজবা মথাজা অসিদা *চিংনবা* হায়বদু লৈ। *চিংনবা* হায়বসিদি মীওইবগী থম্মোয়দা চঙলকপা য়াম্না শাথীরবা মীওইবা জাতিবু মাঙহনবা ঙম্বা মহীক অমগুম্বনি। হৌজিক্তি মালেমদা লৈরিবা মীশিংসে *চিংনবগী* লায়নানা নারে। মসিগী লায়না অসি কোক্লনবগীদমক্তা ঈশ্বরবু থাজরগা ঈশ্বরগী মায়কৈবোমদা চঙশিনবা হায়বদুমা দরকার ওইরকই। ঈশ্বরবু থাজবনা মমল যাম্লে য়াম্লে হায়বা তাইবঙগী পোৎশিংদগী য়াম্না হেন্না মগুণ লৈ। অনী অসি শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌনবা য়াদে। প্রোফেট মোহম্মদতা মপানা শেল য়াম্না পীগে ঈশ্বরবু থাজগনু হায়না কন্না থেমখিবা মতমদা মহাক্না হায়রকখিঃ *ঐগী খুৎ নামদনা নুমিৎ পীবিরবা, অদুগা অতোপ্পা ঐগী খুৎ অমদনা থা পীবিরবফাওবদা ঐনা ঈশ্বরবু থাজরিবসে শুক থাদোকপা ঙম্রোই।* ঈশ্বর নত্তনা ঐখোয়গী অৱাবা অসি কনামতনা কোকহনবা ঙম্লোই। ঈশ্বরবু থাজবগী ঈচেলনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা অমুক্তংবু চেনবা হৌশ্রবদি, মসিনা তাথীনঙাই ওইরবা সংসারগী পোৎশিংবু পাম্বগী ৱাখল অদু য়াম্না লাপ্পা পুথোকখিদুনা ঐখোয়গী থম্মোয় অসি শেংদোক্লক্কনি।

ঈশ্বরনা ঐখোয়গী অশেঙবা ঈমানি, ঈপানি। ঐখোয়গী নক্লবা মীশিং অসিদি মখোয় মশা মশামক্কী ফাওবা উপায় লৈজদ্রবনি। ঐখোয়সু উপায় লৈজদ্রবা ঙাক্তনি। উপায় লৈজদ্রবশিংগী উপায়দি ঈশ্বরনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মখাপোন্না হিংবা নত্তনা অতোপ্পা কনা অমগী মখাপোন্না হিংবা শুকঙম ঙম্লোই। মরম অদুনা ঐখোয় পূম্নমক্না ঈশ্বরদা চঙজগদবনি। পাপ চেল্লবা তাইবঙগী মীৎনা উবা ঙমদবা ঈশ্বরগী মফমদা অচেৎপা থাজবা থম্বা হায়বসে মায়া ঈপাক্তা তাউরিবা ঐখোয়গীদমক্তদি অরায়বা থবক অমদি নত্তে, অদুবু তাইবঙগী মীৎশিং অসি উইশিল্লগা জ্ঞানগী মীৎ পাঙথোক্লবদি ঈশ্বরবু উরক্কুনা ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা থম্বা ঙম্লক্কনি। কনাগুম্বা মীওই অমনা সংসারগী ওইনা অৱাৎ-অপা লৈতবা পূন্সি অমা ফংবা য়াই, অদুবু মহাক্কী পূন্সি অদু ঈশ্বরদগী ওইরকপনি অদুগা ইবুংঙো

মহাক্কী মখুত্তা লৈ হায়বসি খঙদ্রবদি মহাক্কী পূন্সি অদু আত্মাগী খ্বাইদগী মল্লবা মতমনি। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গীদমক্তা তৌবা ঙমদবা থবক অমতা লৈতে। ঐখোয়গী পাপ পূম্নমকপু কোকপীগে হায়রবসু ইবুংঙো মহাক্কী মখুত্তা লৈ। মরম অদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু লেঙদবা ভক্তিগা লোয়ননা পূজা তৌসি।

য়াম্না মুন্না খন্ননীংঙাই ওইবা পূন্সিগী থেংনগদবা মরুওইবা সমস্যাদি পোকপা, হকচাঙ নারকপা, অহল ওইরকপা অমসুং শিবা হায়দুনা লৈরিবশিংসিনি, অদুগা সমস্যা অসিবু কোকহন্নবা পাম্বৈ পুথোক্নুনা নুংতিগী পূন্সিদা থবক্তা থবক ওইনা আধ্যাত্মিক্কী নত্রগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লকপা হায়বদুনা পূন্সিগী অশেঙবা পান্দমদা লাকপা হায়বদুনি। ঐখোয় কনামতনা হকচাঙ নারকপা পামদে; অহল ওইরকপসু পামদে, অদুগা শিবা হায়বদুসু পামদে। অদুম ওইনমক ঐখোয়না মখোয়শিং অসিদগী নাম্থোকপদি ঙমদে। হৌজিক্কী মতমগী চাওখৎলক্লিবা বিজ্ঞান্না সমস্যা অসিবু কোকহনবা ঙম্লোই। ঈশ্বর নীংশিংবতনা মসিবু কোকহনবা ঙমগনি। ঐখোয়না শিরমদাইগী মীৎকুপ অদুদা ঈশ্বরবু নীংশিংবা ঙম্লবদি ঈশ্বরগী মনাক্তা চৎলগা মুক্তি ফংবা হায়বদু ওইগনি। অদুবু ঐখোয়না হকচাঙনা পীয়ু-পীয়ু হায়না তাল্লিবমখৈ পীনবা লাক্লরিবমখৈ ঈশ্বরবু নীংশিংবা ঙম্লোই। ঈশ্বরবু নীংশিংবা ঙমদ্রবা মীনা সমস্যা অসিদগী নাম্থোকপা খক ঙম্লোই।

ঐখোয়না হন্থ-হন্থবা মপোক কয়ারক পোক্লুরবা মতুংদা ফংঙমদ্রবা মীওইপোক্তা পোক্লক্লিবা অসিবু মায়া সংসারগী শেংদবা নুংঙাইবা অসিবু খঙননবগীদমক্তরা? নত্তে। ঈশ্বরনা মীওইববু য়াম্না নুংশি। ঈশ্বরনা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনচিংবা ঐখোয়দা লেম্না পীবিরি। ইবুংঙো মহাক্কী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লগা অশেঙবা নুংঙাইবা *আনন্দ* হায়বদু ফংননবা হোৎনজৌ হায়দুনা ঐখোয়বু মীওইপোক্তা পোকহল্লকপনি। মীওইবখক্তনা ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌবা ঙম্মি। মসিগী খুদোংচাবা অসি মাঙহনবা চুমদে। তুং-কোইদবা হকচাঙগী নুংঙাইনবা অমদি শেল-থুমগী ফীভমনচিংবা ফগৎনবগী মায়কৈরোমদদি হৌজিক মফম খুদীংদা খুমাঙ য়াম্না চাওশিল্লে, অদুবু পূন্সিগী অশেঙবা সমস্যা অদুবু কোকহন্নবগী য়াম্না তঙাইফদবা থবক অমা লৈ হায়বসিগীদমক্তদি মুন্না খন্থনদ্রে। ঈশ্বরবু য়াদবা সভ্যতা অমদা লৈবদগী মীওইবা ঐখোয়না মফম খুদীংমক্তা শান্তি ফংবা ঙমদবনি। শান্তি

লৈত্রবদা নুংশিবা লৈরোই, নুংঙাইবা লৈরোই, চাওখৎপা য়ারোই, শেল-থুমগী কান্নবা মফম খঙলোই, পূম্নমক অরেম্বদা তাগনি। ঐখোয়না কাউরোইদবা অমদি শান্তি লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈগনি হায়বা অসিনি।

অচ্চচত্ত হায়দুনা লৈরিবা পূম্নমক অসিগী অথোইবা হৌরকফম অমা লৈ হায়বসি কনামতনা য়াদবা ঙম্লোই। মদু আত্মানি, ঈশ্বরনি। ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরদগী লাকপনি অদুগা ঈশ্বরদা হনগদবনি। ঈশ্বরগা ঐখোয়গা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরী অমা লৈ। ঈশ্বর লৈবগী ঐখোয় লৈবনি। ঈশ্বরবু খক কাউগুমসি। ঈশ্বরবু পূজা তৌসি। ঈশ্বরনা পেল্লগা লোইরে হায়না খঞ্জরিবা মী অমগী মফমদদি মশাগী মরন্নাইগী অপাম্বা অমতা লৈরোই। মহাক্লা ঈশ্বরগী মফমদা লোইনা কখোক্কনি। অসুম্না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙজরবা মহাক অদুনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজৈ। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজরবা মহাক অদুগীদমক্তদি মহাক্কীনি হায়বা অৱাৎপা অমতা লৈররোই, অদুগা মহাক্লা অৱাবা মফম মর্ত্তালোক অসিদা অমুক হন্না পোক্লকপগী ৱাফম অদু লৈররোই। কনাগুম্বা অমনা মর্ত্তালোক অসিদা অমুক হন্না পোক্লক্কবদি মহাক্লা নারকপা, অহল ওইরকপা অমদি শিবা হায়বা তাইবঙ-পূক্সিগী সমস্যা অদু থেংনররোই। অদুদগীদি মহাক্লা পূক্সিগী অথোইবা পন্থুং অদু য়ৌবা ঙম্লে। মীওইবগী পূক্সিদি ৱাই, অদুগা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌরগদি নুংঙাই। মরম অদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লসি। ❑

## ২। সৎ-চিৎ-আনন্দ

*ব্রহ্ম*বু শাস্ত্রশিংনা সৎ-চিৎ-আনন্দ নি হায়না মশক তাকই। *ব্রহ্ম* হায়বসিদি পাক চাউরে হায়না কৌরি কৌরিবা হেক মখৈদুদগী হেন্না পাক চাউবনি অদুগা কূপ্পদসু কূপ্লেন কূপ্পনি। মদুদি মতম, মফম অমসুং হৈরে-শিংলে হায়রিবা মীশিংনা লাম্বা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈবা, মাঙতাকপা লৈতবা অমদি মাঙতাকহনবসু ঙমদবা *অক্ষর* মখল অমনি। *অক্ষর* হায়রগা মফম খুদীং ইথুং-থুংবা অমদি পূমশল-শল্লিববু খঙনৈ। *ব্রহ্ম* হায়বসিনা চুম্না অক্ষর ওইবখক্তা নত্তে *পরম*

*অক্ষর* নি। *ব্রহ্ম* হায়রগদি মশক নাইদবা, গুণ লৈতবা, অশেঙবা অমদি মশাগী ওইবা অদুদা মথন্তা অদুম লৈজববু খঙনৈ। মসিবু খঙবা মীনা *ব্রহ্ম* বু খঙই, সৎ-চিৎ-আনন্দবু খঙই। মীওইবগী পৃক্সিগী অশেঙবা পন্থুংদি সৎ-চিৎ আনন্দবু ফংজবনি।

সৎ-চিৎ-আনন্দবু *অস্তি-ভাতি-প্রিয়ম* হায়নসু মশক তাকই। *সৎ* হায়বসি হৌখ্রবা মতমদগী হৌরগা হৌজিক্কী মতম ফাওবদসু লৈরক্লবা অদুগা মতুংগী মতমদসু অদুম শাংথনা লৈরগদবা অদুবু খঙহল্লি। *অস্তি* হায়বা ৱাহৈ অদুনসু মান্নবা অর্থ অদু তাকই। *চিৎ* হায়রগনা খুদীংমকপু তশেংনা খঙবা অদুবু খঙহল্লি। *ভাতি* হায়বা ৱাহৈ অদুনসু মান্নবা অর্থ অদু পুই। *আনন্দ* হায়বদি লোইবা-খন্বা নাইদ্রবা নুংঙাইবগী ফীভম অমসুং হৌরকফম অদুবুনি। *প্রিয়ম* হায়বা ৱাহৈ অদুনসু মান্নবা অর্থ ফোঙদোকই। মখোয় অহুম অসি মী, শা, উচেকনচিংবা জীব খুদীংমক্তা লৈ।

হকচাঙ হায়বসিদি মাঙতাকপা নাই, শিবা নাই। নহা ওইরিঙৈদবু ওইরো অহল ওইরক্লগবু ওইরো হকচাঙদি শোয়দনা শিগনি। মদু মী খুদীংমক্লা খঙই। ঐখোয়গী হকচাঙ অসিদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক অমসুং অতিংঅ হায়বা মখোয় মঙা অসিনা শাবনি। থৱায়না নৎত্রগা আত্মানা হকচাঙবু থাদোক্লুনা চৎপ্রবা মতুংদা শিবা হায়বদু ওইরিবনি। হকচাঙনা শিরবা মতুংদা মৈনা মৈদা, ঈশিংনা ঈশিংদা, নুংশিৎনা নুংশিৎতা, লৈবাক্লা লৈবাক্তা অদুগা অতিংঅনা অতিংঅদা তিনখি। অদুম হায়না হকচাঙবু শিদোকখিববু শিবা হায়না খঙনৈ। ঐখোয় মীয়াম্না শিবা য়াম্না কিনৈ, শিনীংদে। অদুবু শিরিবদি হকচাঙনি, আত্মা ওইরিবা ঐখোয়দি শিদে। আত্মাদি পোকপা অমসুং শিবা হায়বদুগা মরী লৈনদে। আত্মাদি লেঙদবনি, অচুম্বনি অমসুং তরু-তরুবনি। হকচাঙ নত্তবা ঐখোয়না *ঐখোয়গী হকচাঙশিং* হায়না হায়নরিবসিনি, হকচাঙশিং অদুগী মপুশিংদি ঐখোয়নি। ঐখোয়দি আত্মানি, আত্মাদি সৎনি; শিবা হায়বদু লৈতবা লেঙদবা অদুমক্লুনি। থৱায় পানবা খুদীংমক্তা লৈরিবা আত্মাদু সৎনি। মদুগী ময়াই-পাঙ্গল অদুবু হোংদনা অদুম লৈবগী ফীভম অদু ঐখোয়গী পৃক্লিংদা ফাওই। মসিমদি শেংলে অমসুং শোয়নীংঙাই করিমতা লৈত্রে।

মথংদা *চিংঙ* হায়বদুনা অউবা অমসুং উদবা খুদীংমকপু খঙনবা ঐখোয়দা কন্না তক্সিল্লিবা শক্তি অদুনি। মী খুদীংমক্না কৈনোমগী মরমদা খঙনীংবনা লাঙতক্নবা পোকই অদুগা খঙনীংদুনা ৱাহংশিং কয়া হংইঃ *মসি করিনো অদুগা মদুনা করিনো? মসি মতৌ করম্না ওইরক্লিবনো?* অসিনচিংবা। মী খুদীংমক্না মানা মানা খঙনীংবমখৈ খঙবা ঙম্না হায়বসিমদি ওইথোক্তে। মরম অদুনা মরুওইবা অচুম্বা ৱা অদুদি খঙনীংবগী খৌরাংবা অদুনি, খঙনীংবগী কন্না তক্সিল্লিবা মওঙ নৎত্রগা শক্তি অদুনি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী অপীকপা অঙাংশিংগা অসুম লমকোইবা চৎমিন্নবা মতমদা মখোয়না উরিবা পোৎশিং অদু য়েংলগা ঈচম-চম্না অদুম চত্তে হায়বসি ঐখোয়না খঙই। *মসিনা করিনো অদুগা মদুনা করিনো* হায়বনচিংবা ৱাহং কয়া অমা মখোয়না মথং মথং হংগনি। মখোয়না হংলিবা পোৎশিং অদু মখোয়দা দরকার ওইরম্বা য়াই নৎত্রগা মখোয়গী খঙবা ঙম্বগী শক্তিগী ৱাংমদা লৈরম্বা য়াই। অদুম অদুম ওইনমক ৱাহং হংবগী ঈচেল অদুদি লেপ্লোই। খঙনীংবগী নুং-গী ওইবা মতৌদুদি মশা মতোমতবু ফোঙদোকচরিবা *চিংঙ-শক্তি* অদুনি। খঙনীংবা পোৎশিংবু খঙদনা হুন্দোক্লম্বা হায়বসি মদুগী মহৌশা নত্তে। জ্ঞান হেক ফংদ্রিবফাওবা মদুনা পোত্থাদুনা লৈঙমদে, অদুগা খৌরাংবা হায়বদুনা ৱাহংগী ঈচেল অমা ওইনা চেম্থোরকই। *চিংঙ-শক্তি* হায়বসি মদোম ঙাঞ্জে, কনাগী মতেং য়াওদনা ঙাঞ্জে। মরম অদুনা মশাগী মঙাল লৈজদবা পোৎশিংদফাওবা মদুনা ঙালহনবগী পাঙ্গল লৈ। মদুনা পোৎশিংবু মীওইবদা ময়েক শেংহল্লি। মীওইবগী মশাদা *চিংঙ-শক্তি* লৈ হায়বসি তশেংহনবদা মদুনা মতীক চারে।

*আনন্দ* হায়বা অদুগী মরমদা হায়বা তারবদি মীশিংদি থম্বু থম্বীখো শাশিং অমসুং উচেকশিং ফাওবা নুংঙাইবা পাম্মি। মখোয়না নুংঙাইববু ফংনবা কন্না হোৎনৈ। মখোয়না অৱা-অনা থেংনরগসু মদুবু পাম্লুদে, অদুগা করিগুম্বা মখোয়না অৱা-অনা থেংনরগসু মদুবু থুনা ফখিনবা ঙম্বমখৈ হোৎনৈ। মীওইবনদি ধৰ্ম্ম-কৰ্ম্ম পাঙথোকপদা, তীর্থ-যাত্রা চৎপদা, পূজা তৌবদা, দান তৌবনচিংবদা মহাক মশামক্কী অমদি মহাক্কী ঈমুং-মনুং অমদি মরী মতাশিংগী

নংঙাইবা ফংনবা নিজৈ। হকচাঙনা করিগুম্বা *নারকপা* মতমদনা ডাক্তরনা অনাবদু ফনবা হীদাক অমা চাউ থকউ হায়রক্লবফাওবা চাবদা অথুম্বা, অহাওবা অমদি নুংঙাইবা ওইবা পাম্মি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে অদুদি মীওইবা ঐখোয়দি মরুওইনা নুংঙাইবা পাম্মি, নুংঙাইবগী লৈখোল চেল্লি। *আনন্দ* হায়বসিদি মীওইবগী থোইদোকপা শক্তম অমনি। মসিদি হকচাঙগী লৈখোলদুনা ওইবা নত্তে, আত্মাগী লৈখোলননি।

কনাগুম্বা অমনা নুংঙাইনা লৈরিঙৈদা ঐখোয়না করিশু থুক্কত্তে অমসুং ঙক্তে। ঐখোয়না মহাক্কী নংঙাইবা অদুগী মরমদা খঙনীংউবা কয়া লৈতে, মরমদি মদু মঙোন্দা মহৌশা ওইবা করিগুম্বা অমনি। খুদম অমা ওইনা হায়রবদাঃ অঙাং অমনা মহাক্কী শান্নপোৎ খরগা শান্নদুনা লৈবা মতমদা নুংঙাইদুনা নোকই, অদুগা মদুদা কনানসু ঙক্লুদে নৎত্রগা পূক্লিং ৱারুদে। অদুবু নুংঙাইনা নোক্লগা শান্নরম্বা অঙাং অদুনা য়াম্না কন্না লাউখোংদুনা কপ্লক্লবদি তাবা ফংবা মফমদা লৈবা মীশিংনা অঙাং অদুগী মনাক্তা করি তৌরবগে হায়দুনা চেনশিন্নরক্কনি। অঙাং অদুনা নুংঙাইরিঙৈ মতমদদি মহাক্লা করিগীদমক্তা নুংঙাইরিবনো হায়বগী মরমদু খঙননবগীদমক্তদি কনামতনা ৱারুদে, অদুবু অঙাংদুনা কপ্লকপা মতম অদুদদি কপ্পগী মরম অদু থিরকই। করিগীনো? মরমদি নুংঙাইবা হায়বদু অঙাংদুগী হৌনশানি; অৱাবদি অঙাংদুগী হৌনশা নত্তে, নুং-গী (আত্মাগী) মশাগী অওইবীদু নত্তে।

অতোপ্পা খুদম অমমুক য়েংসি। ঐখোয়গী মরূপ নৎত্রগা মরী-মতা অমনা শেল-থুম, সম্পত্তি, মচা-মশুনচিংবা ময়াম অমা লৈদুনা নুংঙাইরবা মতমদা কনামতনা মহাক্লা করিগী অদুমনা নুংঙাইরিবনো হায়না মঙোন্দগী খঙগে হায়দুনা ৱানরুদে। অদুবু মহাক্লা অৱা-অনা তারবা মতমদদি ঐখোয়গী পূক্লিংবু ৱাহল্লি। নুংঙাইবা হায়বা অসিনা মহৌশাগী ওইবনি; মদুবু ফংফম থোকই হায়না লৌবা তাই। মরমদি মদু আত্মাগী লৈখোন্দুনি, মদু মী খুদীংমক্লা ওইরিবদুনি। মদুনি কনাগুম্বা অমনা করিগীদমক্তা নুংঙাইদুনতা লৈবা মনুংঙাই *আনন্দ* হায়বদুবু খৌরাংলিবদুগী মরমসে। ❑

# ৩। ঈশ্বর অমসুং মায়া

জগৎ অসিদা ঈশ্বরগী ফোঙদোক্তুবা শক্তিনা পাকচাউনা পূমশন-শন্দোকপীরি অদুগা লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক অসিনা ইবুংঙো মহাক্কী মখা পোন্না লৈরি। মায়াগী শক্তিনসু ইবুংঙো মহাকপু শোকপা ঙমদে মরমদি ইবুংঙো মহাক্না মায়াগী মপু ওই। ইবুংঙো মহাক্কী আত্মাগী মশক ওইবনি। আত্মাবু থাজদবা হায়বা অসিনা ঈশ্বরবু থাজদবা হায়বনি। ঈশ্বরবু থাজদবা মীশিংনা শিরবা মতুংদা ঈশ্বরবু ফংদনা অমুক পোক অমুক শি তৌবা মীরম্লেন তাবা লম্বেলদা অমুক হল্লক্কুনা পোক্লে অদুগা অরেম্বদা মায়া সংসারগী ঈপাক্তা অমুক লূপ অমুক তাউখৎ তৌদুনা ৱানা লেল্লগনি। মরম অদুনা মায়াগী লাংদগী নান্থোক্তুনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌনীংবা মীশিংনা ঈশ্বরদা থাজবা থমই। তাইবঙপানবা অসিগী শকউদবা মপু অমা লৈরি হায়বসি খক কাউরোইদবনি। ইবুংঙো মহাক্কী নোংদম্বনি। ইবুংঙো মহাক্কী মওঙ-মতৌ অমদি মশকপু ঐখোয়গী পাপ চেল্লবা তাইবঙগী মীৎ অসিনা উবা ফংদ্রবসু পূম্নমকসি ইবুংঙো মহাক্কী মখা পোল্লি হায়বসিমদি কাউফদে। মায়াগী শক্তিনা শুন্দৎখিদুনা জীবশিংনা পঙথৈ, মখোয়গী জ্ঞানসু অজ্ঞানগী অমম্বনা পূম্মম মমশিলহল্লি অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা মফম পূম্বা শীন্থুংনা লৈরিবা ইবুংঙো মহাকপু মখোয়না খঙবা ঙমদে। মীওইবনা মায়াগী ঈপাক্তা লূপ্লিবমখৈদি ঈশ্বরদা থাজবা নৎত্রগা প্রেম-ভক্তি থন্বা ঙম্লোই।

পোৎ খুদীংমক ঙমখৈ নাইবা ঙাক্তনি অদুগা ঈশ্বরদি ঙমখৈ নাইদবনি। ঙমখৈ নাইদবা ঈশ্বরনা জীব খুদীংমক্তা আত্মা ওইনা লৈ হায়দুনা ঈশ্বরনা জীবশিংদদা লৈ হায়বা য়াদে। *ঙমখৈ নাইদবা* হায়বদুনা *ঙমখৈ নাইবশিংদতা* করম্না লৈগনি? খুদম অমা ওইনা হায়রবদা নুংশিৎনা অহাঙবা চফুশিংগী মনুংদদা লৈ হায়বসি লানগনি। চফুশিং অদুনা কায়খিদুনা মাঙখ্রবসু নৎত্রগা মাঙদ্রবসু নুংশিৎতি মফম খুদীংমক্তা করিমতা কায়দনা অদুম লৈগনি। অদুম হায়না ঈশ্বরগী ফোঙদোক্তবা শক্তিনা মফম খুদীংমক্তা শীন্থুংনা লৈ। মসি য়াম্না ঙক্লবা ঈশ্বরগী শক্তিনি। জগৎ অসিদি ইবুংঙো মহাক য়াওদনা লৈবা ঙমদে। ইবুংঙোদগী

লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক অসি হৌরকপনি, পূম্নমক অসিবু ইবুংঙো মহাক্কী শক্তিনা পুৰীরিবনি, ঙাকশেন্বীরিবনি অমসুং য়োক-থাকপীরিবনি।

অদুবু ইবুংঙো মহাক্কা পোৎশক অমগা পকশিন-নপশিন্নবা মতৌ অমতা লৈতে। মফম খুদীং খোন্না শীৎলিবা নুংশিংনা অহাঙবা আকাশতা লেঙদুনা লৈজরবসু আকাশকা নুংশিংকা পকশিন-নপশিন্নদে। অঙকপা লৈশেমগী লৈরিবা পূম্নমক অসিগা ঈশ্বরগা শম্নদনা লৈ, অদুবু মখোয় পূম্নমক ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবগী মখা পোন্না লৈ। ইবুংঙো মহাক্তী পক্ল-শম্নদবা অসঙ্গ হায়বদু ওইজরবসু খুৎশেম-নুংশেম পূম্নমকসে ইবুংঙো মহাক্কা মপুংফানা খুদুম চন্দুনা থমই। কল্প অমা লোইখিদুনা প্রলয়গী মতম লাক্লবদা অচ্চচত্ত হায়দুনা লৈরিবা পূম্নমক অসি ঈমায়দা কাবা কোঙ্গোলশিংনা তাকখিবগুম ইবুংঙো মহাক্কী মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতিদা থৃপচিনখি, অদুগা অনৌবা কল্পগী অনৌবা লৈশেম্বা মতমদা মখোয পূম্নমকপু অমুক নৌহৌনা শেমই। মসি ইবুংঙো মহাক্কী শক্তিনি।

হৌখিবা মপোকশিংদা তৌখিবা কর্ম্মগী তৌজমল মখা পোন্দুনা জীবশিংনা তোঙান-তোঙানবা মপোক্তা পোকই। মসিদা ইবুংঙো মহাক্কী মীচং-মীখায় নাইবগী ৱাফম অমতা লৈতে। কনাগুম্বা অমতবু ইবুংঙো মহাক্কা পাপ নৎত্রগা পূন্য তৌ হায়দুনা ইন্সিন্দে। লৈশেম-নুংশেম্বা, জীবশিংবু য়োকপীবা অমদি মাঙহনবা হায়দুনা লৈরিবা ঙম্নমকসি গুণ অহুম উল্লবী প্রকৃতি কৌবী মায়া শক্তিনা পাঙথোক্লি। গুণ অহুম অসি লৈবনা সংসার অসি লৈবনি। মখোয় অহুম অসিনা ঈথক-ঈপোম হৌরক্তুনা অমনা অমদগী অৱাৎ-অহেন নাইবা ওইশ্রবা মতমদা মখোয়সে প্রকৃতিদগী পোক্লকই হায়নবনি। তশেংনমক মখোয় অহুম অসি প্রকৃতিদগী পোক্লকপদি নত্তে, প্রকৃতিদগী মওঙ ওন্থরকপনি অমসুং প্রকৃতিগা মখোয়গা অমতনি। মায়া শক্তিনা পাঙথোক্লিবা থবক পূম্নমক অদুনা ঈশ্বরবু পুনবা ঙমদে। মরমদি ইবুংঙো মহাক্লা থবকশিং অদুদা পকশিন্নরুদে।

মায়া শক্তিদি শ্রীভগবানগী মখা পূমপোন পোল্লি। মায়ানা ইবুংঙো মহাক্কী মতেঙ য়াওদনা থবক অমতা তৌবা ঙমদে। খুদম ওইনা হায়রবদা থবক হায়দুনা লৈরিবা পূম্নমক অসিবু নুমিৎকী মঙালগী মতেঙ য়াওদনা পাঙথোকপা ঙম্বা হৌনদে। অদুম হায়না ঈশ্বরগী মতেঙ লৌরগা মায়ানা জগৎ অসিগী

থবক-ইন্থাঙশিংবু শীল্লাংই। লৈশেম-নুংশেমগী থবক্তা ইবুংঙো মহাক্না য়েংলগা থৌশিল-থৌরাং তৌজরবসু ইবুংঙো মহাক্কা হকথেংননা মরী লৈনদে। মশীঙ থীঙমদ্রবা জীব পুম্নমকপু অমুক শেম অমুক মাঙহন তৌদুনা প্রকৃতিগী খোঙ্গাউদা খাঙবা হেক ঙমদবমখৈ হন্না হন্না ওন-ওন্দুনা চৎহল্লি।

শুব্ধৎলাই কৌবী মায়ানা থবক তৌই। শ্রীভগবানদি থবক তৌনা তৌনা থবক তৌদে। মায়াগী ৱাংমদা উবা ঙম্বা হায়বা অসি মীওইবা ঐখোয়গীদমক্তদি তশেংনমক অরুবা থবক অমনি। মায়া হায়বা অসিসু ঈশ্বরগী খুৎশেম্মি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী খুদুমচনবা ঙম্বগী শক্তি মখাদা লৈ। শুব্ধৎলাই কৌবী মায়ানা মীশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী মতীক-মগুণ লৈরবা মীশিংফাওবা মীকূপ্তা মমৈ-মকোক ওলহনবা ঙমই। মায়া হায়বা অসিদি মরুভূমিদা লৈবা মায়ামরিচিকাগুম্বনি। মরুভূমি খঙদবা মী ময়াম অমনা মায়ামরিচিকা তম্না হোৎচিল্লি, অদুগা অৱাবা, চোকথবা অমদি নীংবকায়বা নংই। অশেঙবা মশকপু খঙলিবা মীনদি মদুবু উদে। মায়াদি জগৎ পূম্বসিবু লৈহনবগী মরম ওই, অদুবু মদুনা ঈশ্বর লৈহনবগী মরমদি ওইদে। ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙজপ্রবা মীদা মায়ানা থৌনা ফনা মনাক নকশিল্লুবা ঙমদে। মায়াদা মপূক্লিং খোয়দানা লৈখ্রবা মীশিংগীদক্তদি মায়ানা মহাসাগরমুক চাউরবা অপনবা অমগুম্না থবক তৌদুনা লৈ। অদুবু ঈশ্বরদা মপূক্লিং লূপচপ্রবা মীশিংগী মফমদদি মায়া মশামক্লা মখোঙ থোংনা লাক্তুনা ঈশ্বর ওইনা শক উৎপীরগনি।

*মায়াবু লাকশিন্নবগী অমতা ঙাইবা পাম্বৈদি খ্বাই-পুন্নমক্কী ওইবা চপ-মান্নবা মশক্তুগী জ্ঞান অদু ফংনবা হোৎনবনি।* ❑

## ৪। জ্ঞানগী লম্বী

মীওইবনা অহানবদা নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌগনি অদুগা কর্ম্ম অদুনা মাগী থম্মোয় অদু শেংদোক্লবা মতুংদা মহাক্লা কর্ম্মগী অফা-অপুন্দগী নাম্থোক্তুনা জ্ঞানগী লম্বীদা লাকপা ঙমই। ঈশ্বরগী মফমদা পূম্নমক কখোকপা অমা ওইনা

তৌবা কর্ম্ম অদুনা কনামতবু পূন্দে। কর্ম্মনা পুন্দ্রবা মীশক অদুদি জ্ঞানী অমা ওইবদা মতীক চাই। অপাম্বা, অশাউবা, মিহৌবা অমসুং অতোপ-অতোপ্পা পূক্নিংগী ফত্ত-ঈহুনশিংনা জ্ঞানগী লক্ষ্মীদা চৎলবা মীশক অমদা শোকপা ঙমদে। নিষ্কাম কর্ম্মনা অৱাংবা থাক্কী খমথেংলবা মতোন অদু য়ৌরক্লবা মতমদা থবক্কী ফত্তবা ফল পূম্নমক উৎ ওইনা তুমখিদুনা মাঙখিগনি। নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবনা পূক্নিংগী অশেঙবা পান্দম ফংনবগী উপায়নি অদুগা জ্ঞানগী লক্ষ্মীদা চত্তুনা জ্ঞান ফংবা হায়বা অদুনা মীওইবগী পূক্নিংগী অতম্বা পান্দমনি।

জীব পূম্নমক্না হৌখিবা মপোকশিংদা মশা মশানা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী ফলশিং তুংশিল্লগা পুদুনা হন্দকপোক্তা লাক্লরি অদুগা হৌজিক হৌজিক্কী পূক্নিংগী লানফমদা মখোয় মশা মশাগা চুনবা মথৌদাংশিং অদু পাঙথোক্লরি। মথৌদাংশিং অদু খেন্নজরবসু য়ৌগদৌরিবা পন্থুংফম অদুদি অক্মানি। ঐখোয়না মালেমসিদা লৈবিঙৈ মতম অসিদা য়ারিবমখৈ কখোকপগা লোয়ননা ইশা ইশাগী চুনবা ইথৌশিং নীংথিনা পাঙথোক্কুনা পূম্নমক্কী নুংঙাই-য়াইফনবা থবক তৌবা তাই, অদুগা অসুম্না তৌরগা পূম্নমক্কী মশক ওইরিবা তাইবঙ মপু মহাকপু পূজা তৌগনি। ঈশ্বরদি আত্মানি আত্মাদি ঈশ্বরনি হায়বা অসি কাউবা য়াদে। মসিনা জ্ঞানগী লক্ষ্মী চৎপগী অকৃপ্পা ৱানি।

অপঙবা ঐখোয়বুদি তাইবঙগী থবকশিংনা পুনবা মরমনা ঐখোয়গী জ্ঞানগী মীৎ অসি পাংবা ঙমদে, অদুগা মীৎ অদু খজিক্তং পাংলগা উরবসু উবগী শক্তি অদু ঙমখৈ নাই। অদুবু মায়াগী মপু ওইরিবা ঈশ্বরবুদি কর্ম্মনা পুনবা ঙমদে। প্রকৃতিগী ৱাংমদা কনাগুম্বা অমনা চৎপ্রবদি মহাক্না ঈশ্বরগী মনাক য়ৌবা ঙমই। মীওইবনা কর্ম্মগী ফলগী মখা পোল্লিবমখৈ হন্না হন্না পোকপা নাই অদুগা মহাকপু প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না শেরান্ননা কোয়পু পুই। ঈশ্বরনদি প্রকৃতিবু লাক্সিন্দুনা থমই। মসিবু খঙবা ঙম্লবদি ঐখোয়না জ্ঞানগী লক্ষ্মীদা চৎপা ঙমগনি।

অপাম্বা লৈরক্তুবা, মশাগী ওইজবা থাদোক্লবা অদুগা থৱায়-পানবা খুদীংমক্তা লৈরিবা আত্মাসি অমতনি খঙলক্লবা মতমদা কনামতনা মায়া সংসারগী পোৎশিংগা মরী লৈনরক্রে। মদুগী ফীভম অদুদা য়ৌরক্লবদি অকিবা, অশাউবা, য়েংথীবা অমসুং তুক্কচবা হায়বনচিংবশিংদু লৈরক্লোই। অদুদগীদি মহাক্না

তাইবঙগী পোৎশিংগী ৱাখল থাদোকপগী জ্ঞান লাক্তুনা আত্মাগী নৎত্রগা ঈশ্বরগী ৱাখলদা মশানা লাকচৈ, অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজরবা মীশিং অদুগী থম্মোয় অদু জ্ঞানগী মৈনা ইকথোক্তুনা পূমশেং শেংলক্কনি। অদুদগীদি মখোয়না লাইগী ওইবা ফীভম অদু ফংলক্কনি।

তোঙান-তোঙানবা মীশিংগী তোঙান-তেঙানবা অপাম্বা লৈ। মদুগী মতুংইন্না মীওইবনা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজৈ। মীশিংনা মানা মানা হায়জরকপা মওঙশিংদুগী মতুংইন্না ইবুংঙো মহাক্কা থৌজানবী, মাগী মাগী অপাম্বা মতুংইন্না মখোয়গী অনীংবশিং অদুবু অদুম থুংহল্লি। কনাগুম্বা অমনা জ্ঞান ফংজগে হায়না ঈশ্বরবু নীংজরবদি মঙোন্দা ইবুংঙো মহাক্কা অরান-খুভম পীবিগনি। মশাগী ওইজবা থিবা মীনা মানা পামজরিবা পোৎশিং অদু পীনবীয়ু হায়না লাইশিংদা হায়জরবসু লাইশিংনা পীবি। মীওইবনা জ্ঞান তানবদি য়াম্না ৱানা থোকই অদুবু সংসারগী ঙাইহাক্কী ওইবা নুংঙাইবা ফংননবগীদমক হন্থ-হন্থবা লাই মচা-মচাশিংবু পূজা তৌদুনা কন্না হোৎনরবদি মীওইবনা খুদক-খুদক্কী পাল্লিবা মহয় অদু লায়না অমসুং থুনা ফংবা ঙমই। হন্থ-হন্থবা খোইয়ুম-লাইশিংনা পীবা অপাম্বা লন্থুম অমদি অতোপ অতোপ্পা মাল-চাংনচিংবশিংদুদি মায়া সংসারগী ওইবনি, ঙাইহাক-ঙাইহাক্কীনি অমসুং তুং-কোইদবনি। মী অয়াম্বনা হৌজিক হৌজিক্কী করিশু লৈত্রবা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা অদুতবু পামজৈ অদুগা আনন্দ হায়বা নুংঙাইবা অয়ৌবী অদুবু পীগদবা আত্মাগী জ্ঞান অদুবুদি পাম্নরুদে। মসি ঐখোয়গীদমক লাইবক য়াম্না থীবনি।

তাইবঙ মীনা থবক অমা তৌবা মতমদা থবক অদু মহাক্কা তৌবনি, মহাক্কীনি, অদুগা থবক অদু তৌরুবগী মহয়সু মহাক্কা চাগদবনি হায়না কন্না আশা তৌরবা মতমদা তাইবঙগী মায়াগী থৌরীনা মহাকপু য়াম্না কন্না পুল্লি অদুগা মহাক্কী জ্ঞানগী মীৎ অদু তাঙহল্লি। অদুদগীদি মহাক্কা পোকপা অমসুং শিবা হায়বশিং অদুদগী নাম্থোকপা ঙম্লোই। অপাম্বগী ফত্তবা ৱাখল অদু লৈত্রবা মতমদা থবক্কা কনাবুসু চেন্নবীররোই। শ্রীভগবানদি মশাগী করিমতা য়েংদনা থবক তৌই অদুগা থবক্কী মহয়সু পাম্লুবা তৌদে। মরম অদুনা ইবুংঙো মহাকপু থবক্কী য়োল্লিংনা পুন্দে অদুগা পোকপা অমদি শিবা হায়দুনা লৈরিবা অদুনসু শোকপা






ঙমদে। মসিগী জ্ঞান অসিবু লৈরবা মীনা কম্মগী লাংদা থুদ্রে। থবক্কী লীপুন্দগী নাম্বোকপা, আত্মাগী জ্ঞান ফংনবা তানখিবা মীনা অহানবদা মহাক্কী অমকপা থম্মোয় অদুবু শেম্দোক্লবা থবক কয়া মশাগী ওইজবা থিদনা ঈশ্বরগী মফমদা কখোকপগী মওঙদা পাঙথোকখি।

ঐখোয়গুম্বা মপঙবা মীশিংনা হকচাঙনা থবক তৌজববু থবক তৌদনা সাক্ষী ওইনা লৈজবা আত্মানা তৌবনি হায়না লৌই। মসি অরানবনি। মসিবু খঙলবা মীশক অদুদি মী মরক্তা জ্ঞান লৈরে হায়বা য়ারে, অদুগা মহাক্কী থবক পূম্নমক মহাক্না পাঙথোকপদা শান্তি ফংই। মহাক্না পায়খৎলকপা থবকশিংদা অপাম্বগী ঈথিন অমসুং ভাবনা শাবা ওইদবা ৱাখলশিং য়াওদবা মরমনা মহাক থবক তৌদুনতা লৈজরবসু মহাক্না নুমিৎকুম্না থবক তৌদবগা চপ মান্ননা লৈ। মহাক্কী পাপকী থবক অমসুং থবক অদুগী ফল পূম্নমকপু মৈনা শীঙ চাকথেকপগুম জ্ঞানগী য়াম্না পাঙ্গল লৈরবা মৈনা চাকথেকখি। জ্ঞান অদুনা অজ্ঞানবু মাঙহন্দুনা থবক্কা থবক তৌরিবা মী অদুগা মরী লৈনহন্দে। অসিগুম্বা মীতাবু জ্ঞানী হায়না খঙনৈ।

কনাগুম্বা অমনা অপাম-মিহৌ অমতা লৈতবমখৈ থবক খুদীংমক জগৎকী য়াইফনবগীদমক্তা মহাক্না ঙমজবমখৈ তৌরবদি মহাক্না তৌরু-তৌরুবা থবক খুদীংদা শান্তি ফংই। ঈশ্বরনা মঙোন্দা হেক পীনবীরকপা শিন্থা পূম্নমকপু অম্মাগী অম্মা ওইনা মতম পূম্বদা ইপেন্দা পেন্থোক্তুনা ইবুংঙো মহাক্কী খুৎলায় অমা ওইনা পাঙথোকই। মহাক্না পোৎ অমতগী মপু ওইনীংবগী ৱাখল ফাওবা পোক্তে। মরম অদুনা মঙোন্দা পাপ চঙদ্রে।

পাপ-চেনবা পূন্সিনা তাইবঙ-সংসার অসিদা অমুক হন্না পোক্লকবগী মরম ওই। অদুবু মপূন্সিদা তৌহৈ-তৌহৈদবা থবক কয়ামুক তৌরক্তুনা খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবা পাপী অমা ওইজরবফাওবদা মহাক্না জ্ঞানগী লম্বীদা লাক্লগা পাপগী লানঙমদবা ঈপাকপু জ্ঞানগী হি তোংলগা লান্থোকপা ঙমগনি। জ্ঞানগী পাম্বৈনা কনাগুম্বা অমগী চিংনবশিংবু মাঙহল্লগা অমদি মহাক্কী মপূক্লিং অদুবু আত্মাদা চানমক্কী লূপ্তুনা লৈহল্লগা মহাক্না মহাক মশামকপু মশক খঙজরকই। জ্ঞানগী থৌরবা থাংশাংনা খুৎলায় ওইরগা অজ্ঞানদগী পোক্লকপা চিংনবশিংবু ককথত্তুনা

মাঙহনবা ঙমই। থাঙ্গৈশেংনমক অচাকপা মৈনা শীঙবু চাকথেক্কুনা উৎ ওলহনবগুম আত্মজ্ঞান হায়বদুগী মৈনা থবক পূন্নমক্কী দোষ পূন্নমকপু চাকথেক্কুনা তাঙ্গোয় তাহল্লি।

মালেম অসিদা শেংবদগী শেংবদা জ্ঞানগা মান্ননা শেংবা অমদি শেংদোকপা ঙম্বা অতৈ করিমতা লৈতে। আত্মজ্ঞান ফংলবা মী অমনা অতোপ্পা মী অমগী আত্মাবু মশাগী আত্মাগা অক্ষানি হায়না লৌই। মহাক্না থৱায়-পানবা জীব পূন্নমক্কী আত্মাসি অমতনি অদুগা মহাক্কী আত্মাগা অক্ষানি হায়না লৌই। কনাগুম্বা অমনা কর্ম্ম-যোগ, ধ্যান-যোগ অমদি ভক্তি যোগবুং অভ্যাস তৌদুনা মপূংফারক্লবা মতমদা মহাক্না মহাক্কী মতমদু য়ৌরক্লগা মশানা মশাবু খঙজরক্কুনা অথোইবা জ্ঞান অদুবু ফংজৈ। ❑

## ৫। মুক্তিগী লম্বী

মীওইবগী মপোকসিদি মপোক মপোক হায়দুনা লৈরিবা পূন্নমক্তগী অথোইবনি। ব্রহ্মামক্না পোকঙমদ্রবা মপোক্লি হায়নরিবনি। ঐখোয়না মী ওইনা পোক্লকপগী তোংজবা হায়বদুদি মুক্তি ফংনবগী খুদোংচাবা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা পীনবিবদুনি। তাইবঙগী মপাম্বোংগী পোৎশিং অসিনা মীওইবদা মুক্তি ফংহনবা ঙমদে। মখোয়না পীবা ঙম্বশিংদি মখোয়গা মরী লৈনবা ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী ঙমখৈ-নাইবা তাইবঙগী নুংঙাইবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বা অমনা তাইবঙগী নুংঙাইবগী মশক লৌরিবা অৱাবদগী লানখৎখ্রবদি মদুদা মহাক্না ফংলিবা মনুংঙাই অদুদি ঙমখৈ নাইদ্রে, অতৈগী মখা পোন্দ্রে অমসুং মপূং-পূংফা ফারে। মদুদা তাইবঙগী অৱা-অনানা মনাক নক্লবফাওবা ঙমদ্রে। মদুদি সৎ-চিৎ-আনন্দগী স্বরূপতা লূপ্পা হায়বদুনি।

গীতাগী মতুংইন্নদি তাইবঙ পূন্সি অসি লোইরগা অওইবা পূন্সি হায়বদু হৌগদবনি, অদুগা অওইবা পূন্সি অদু ফংগে হায়রগনা আত্মাগী জ্ঞান তানগদবনি হায়বসিনি। জীব পূন্নমক্তা মহাক্কী আত্মা অদুমক লৈ হায়না খনবা ঙল্লবা মহাক

অদুদি আত্মাগী জ্ঞান লৈরবনি অমসুং মহাক্না পূম্নমকসি মহাক্কা মশাগী মশা অমতনি হায়না খঞ্জবা ঙম্লবনি। আত্মাগী অপেনবা ফংলবা মী অমগী মপূক্নিংদি মতম চুপ্পদা শান্তি ওইনা লৈরবনি অমসুং মহাকপু তাইবঙসিদা লৈনা লৈনা মুক্তি ফংলবনিসু হায়নৈ।

তাইবঙগী অৱা-নুংঙাই, অঈং-অশানচিংবা পূংবা-পূংবাশিং অসিদগী লাম্থোক্কে হায়রবদি মুক্তিগী লম্বী থিবা তাই। মুক্তি ফংননবগীদমক্তা ঐখোয়গী থম্মোয় অসি হান্না শেংদোকখিগদবনি। তাইবঙগী পোৎশিংদা পূক্নিং চঙলোইদবনি। ঐখোয়গী পূক্নিংনা শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অমসুং গন্ধ হায়বা পঞ্চভূতকী মতৌ-মরাংশিং অসিদগী নাম্থোক্লবা লাক্লগদবনি। অদুদগীদি আত্মাগী জ্ঞান লাক্কনি। থম্মোয়নুংদা লৈরম্বা অপাম্বশিং, অৱাবশিং, চিংনবশিং, অকিবশিং অমসুং খঙদবশিং পূম্নমক জ্ঞানগী নুমিৎনা থোরকপদা মাঙখিগনি। মদুগী থাক অদু য়ৌরকপদদি মুক্তিগী লম্বীদা য়াম্না চঙশিল্লক্লে।

মুক্তি ফংনবা থিবদা জ্ঞান-যোগ দরকার ওইরকই। জ্ঞান-যোগগী লৈত-য়াদ্রবা মরুওইবা মচাকশিংদিঃ *(১) ঈশ্বরদা থাজবা থম্লগা ঈশ্বরখক্তনা অওইবনি অদুগা মওঙ অমদি মমিং মখল মখা ময়াম অমা লৈরিবশিং অসিদি ওইদবনি হায়না খঙবা, (২) থবক্কী মহয়শিংবু কন্না পামশিল্লুদবা, (৩) পূক্নিং খুদুমচনবা, (৪) ইন্দ্রিয়শিং খুদুমচনবা, (৫) বুদ্ধি মকহন্দবা, (৬) অৱা-অনা খাঙবগী লিংজেল লৈবা, (৭) নাপল তৌদবা, (৮) ওজা-গুরুগী অমসুং বেদান্তগী নৎত্রগা ধর্মগী লাইরিকশিংগী অশেঙবা রাশিংবু থাজবা, (৯) আত্মাগী জ্ঞান ফংনীংবা, (১০) ঈশ্বরদা পূক্নিং থিংজিনবা, (১১) ঈশ্বরবু ফংনীংবা অদুগা (১২) মুক্তিবু পামজবা।*

জ্ঞানীশিংনদি শকফোঙদবা ঈশ্বরবু ধ্যান তৌই। আত্মাগা আত্মা-নত্তবগা করি খেন্নবগে খঙদবা মীনা জ্ঞান-যোগী অমা ওইবা ঙমদে। ঈশ্বরবু মওঙ অমদি গুণশিং লাক্না লাৎপা ঙম্বনা চপ চানা মুক্তি ফংবা য়ারে হায়বা য়াদে। মদুনা মুক্তি ফংনবা হোৎনবদা অহানবগী ওইনা মতেঙ খরগী মখৈদি ওইগনি। ব্রহ্ম নৎত্রগা ঈশ্বর হায়বদুদি ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংদবা, ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদবা, বুদ্ধিনা য়ৌবা ঙমদবা, পূম্নমক্কী মরুদা লৈবা অমসুং অমাঙ-অতা করিমতা লৈতবা শকউদবা

ইবুংঙো মহাক্তুনি। মুক্তি ফংননবগীদমক্তদি ঈশ্বরবু মওঙ অমসুং গুণশিংগী ৱাংমদা লৈবনি হায়না নীংবা তাই। হকচাঙবু আত্মানি হায়না খনবা মীতানা ইন্দ্রিয়শিং পেন্নবগীদমক্তা থবক তৌবনিনা ঈশ্বরগী ৱাখল কাউথোকই, মুক্তি ফংনীংবগী ৱাখল লৈতে। মুক্তি হায়বসিদি হকচাঙবু আত্মানি হায়বা ৱাখল অদুদগী লাম্থোরকপা অদুবুনি। অমরোমদা হায়রবদা মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্তুনা ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌশিল্লক্তুনা ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইশিন্নখিবা অদুবু মুক্তি ফংবা হায়না কৌই।

মীওইবা মপোক অসিদা আত্মানা মায়াগী লাংদগী লীথোক্লগা মুক্তি ফংবা ঙম্বা মরমনা ঐখোয়না মায়া ঈপাক অসি লাম্থোকপা ঙম্লবা কন্না হোৎনবা তাই। মুক্তি ফংনবগীদমক্তা ঐখোয়না তৌরিবা থবকশিং অমদি থবকশিং অদুগী অফবা নৎত্রগা ফত্তবা ফলশিং অদু ঈশ্বরদা পূমকৎ-কখোকপা তারকই। অদুদগীদি ঈশ্বরগী মফমদা কখোক্লবা থবকশিং অদু ঈশ্বরগী অশেঙবা থবকশিং ওইখ্রে, অদুগা অপাম্বগী ৱাখল লৈত্রবা ঐখোয়গী পূক্নিংবুনা পূমশেং-শেংদোকখ্রে। মদুগী মতুংদদি তাইবঙগী পোৎশিংদা পূক্নিং চঙলক্তদুনা মুক্তিগী লম্বীদা লাকপা ঙম্লে।

অশেঙবা ভক্ত অমনা মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু ঈশ্বরগী সেবা তৌবখক্তদা শীজিন্নে অদুগা অতৈ অতৈ মতমদদি মখোয়বু ফাজিন্দুনা থমই। ঈশ্বরগী অশেঙবা ভক্ত অমা ওইরবা মতমদা ভক্ত অদুনা হোৎনরুবা নাইদনা মশানা মশা মথন্তা অদুম সংসারগী নুংঙাইনীংবা পোক্লক্তদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিনবা ঙম্লকই। অদুবু মপাম্থোংগী পোৎলম ময়ামগী সংসার অসিনা পূক্নিংবু চিংথোক্লিবমখৈদি মদুদগী পোক্লক্কদবা পূক্নিং-ঈথীনশিংদগী লাক্কদবা খুদোংথীবশিং অদুদি অদুম মলৈরি। পূক্নিংনা লাম্নুরিবা অপাম্বা অদুগী চৈথেংদি অদুম লৈগনি। মরম অদুনা মপানগী ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুমচনবদগীদি ইন্দ্রিয়শিংগী নিংথৌ ওইরিবা পূক্নিংবু খুদুমচনবনা হেন্না মরু ওই। পূক্নিংবু খুদুমচনবা ঙম্লবদি মদুখক্তনা য়ারে। পূক্নিংনা নীংলগা মপানগী ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী মচীঞ্জাকশিং ওইরিবা পোৎশিংদা থবক তৌরকপনি। পূক্নিংনা ইন্দ্রিয়শিংগী চাক্তাফম ওইরিবা পোৎশকশিংগা শম্নদ্রবদি ইন্দ্রিয়শিংগী চাক্তাফম লৈরক্লোই। অদুদগীদি পূক্নিংগী শান্তি লৈরকই। কনাগুম্বা অমনা মদুগী ফীভম অদুদা য়ৌরক্লবদি মহাক্লা মুক্তিগী লম্বীদা য়াম্না চঙশিল্লক্লে হায়বা য়ারে। মদুদি সংসারগী থাক্তা লৈতবা ঈশ্বরগী ফীভম অদুনি।

ভক্তশিংনা ঈশ্বরদা চান্নমক থৱায়-হকচাঙ য়াওনা ভক্তি তৌজরগা ইবুংঙো মহাকপু পুনবা ঙমই। ভক্তিনা অসুম অসুম হেনগৎলকপগী মতুংইন্না ভক্তনা মশাগী অশেঙবা শক্তম অদু খঙজবা ঙম্লকই, অদুগা মহাক্কা ঈশ্বরগা লৈনরিবা মরী অদুবু খঙলকই। ভক্তগা ভগবানগা অমতনি। ভক্ত অমনা মহাক্কী শিদবা শকওঙদুবু ফংলক্লবা মতমদা শ্রীভগবানগা অমতা ওইশিন্নখিদুনা মুক্তি ফংজৈ।

অতৈ অতৈ করিমতা হেক খল্লুদনা পুম্নমকপু ঈশ্বরগী মফমদা কখোল্লগা ইবুংঙো মহাক্কী পেন্নবতা তৌজরিবা, ইবুংঙো মহাক্কী মতীক-মগুণবু শক-শোন্দুনা, তাদুনা অমদি নীংশিংদুনা লৈজরিবা, ইবুংঙো মহাকপু অথোইবা পন্থুংফম অমা ওইনা লৌরগা থৱায়-হকচাঙ য়াওনা সেবা তৌজরিবা, পূক্লিং অনী লোঙদনা ভক্তি তৌরগা ইবুংঙো মহাক্তবু ফংলগা লোইরে লৌজরিবা অমসুং অতৎ-অখম নাইদনা থম্মোয় শেংনা ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌজরিবা ভক্তশিংনা সংসারগী পোৎশকর্শিং থাদোকপগী জ্ঞান অদু ফংলকই, অদুগা মমৈথংদা মখোয়গা সংসারগা মরী লৈনরক্তে। অদুদগীদি মখোয়না ঈশ্বরগী নাক্তা চঙশিল্লকই। অসুম্না ঈশ্বরদা চঙশিঞ্জরক্লবা ভক্তশিংবু ইবুংঙো মহাক্না হিরোই ওইদুনা পোকপা, অহল ওইরকপা অমসুং শিবা হায়বদুগা য়াওন্নরবা মায়া সংসারগী ঈপাক্তগী থীন্থবা তৌদনা লান্থোকপীরগা মুক্তি ফংহল্লি। ❑

## ৬। অমরগী লক্ষ্মী

কলি যুগ অসিদদি মীওইবগী পূন্সি অসি য়াম্না তেল্লে; অদুগা তৌগদবা থবক্না য়াম্না য়ামই। ঐখোয়গী পূন্সিগী মতমদি মীৎকূপ খুদীংগী অসুম অসুম তেন্সিল্লকই, অদুগা ঐখোয়গী তৌগদবা অশেঙবা ইথৌদি তৌহৌদে। মী অয়াম্বনা মখোয়গী পূন্সিগী অশেঙবা মথৌদু খঙবা ঙমদ্রিঙৈদা পূন্সি লোমখিবনা হানবা ঙাক্তা ওইনা তৌনৈ। ঙসি শিগনি হয়েং শিগনি কনানা খঙবগে? মরম অদুনা মতম য়ৈথোকপা তৌদনা ঐখোয়না খুদক্তা ঐখোয়গী পূন্সিগী অথূপ্পা নৎত্রগা অশেঙবা পন্থুংফম অদু থিফম থোকই। ঐখোয় কানমতনা মতৌ করম্না শিগনি অদুগা করম্বা

মতমদা অমদি করম্বা মফমদা শিগনি হায়বদুমদি খঙদ্রে। ফনা বুদ্ধি লৈবা নৎত্রগা ফনা ঈনাকখুনবা নৎত্রগা ফনা ফম অচৌবা পায়বা নৎত্রগা ফনা ধর্ম্ম লৈবা মী অমা ওইগে ওইজসনু মহাক্কা শিবদগী নাম্থোক্কুনা চেনবদি ঙম্লরোই। ঐখোয়না শিরগা ঐখোয়গী পৃন্সি লোইরে হায়না লৌবদি য়াদে, শিরবা মতুংদা ঐখোয়গী অওইবা পৃন্সি লাক্কদবনি। পোকপনা ঐখোয়গী অহৌবা নত্তে, অদুগা শিবনা অরোইবা নত্তে। পোকপা অমদি শিবা নাইরিবদি হকচাঙনি, আত্মা নত্তে। ঐখোয়দি হকচাঙ নত্তে আত্মানি। আত্মাদি শিবা নাইদবা ঈশ্বরনি। ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরদগী লাকপনি অদুগা ঈশ্বরদা হনগদবনি। ঐখোয়দি শিদবগী মচাশিংনিনা শিদে, অমরনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মচাশিং ওইবনিনা নুংঙাইবা পামই মরমদি ঈশ্বরদি নুংঙাইদুনতা লৈ। অমর ফংলগা মতম পূম্নমক্কী ওইনা নুংঙাইরুনবা ঐখোয়না ঈশ্বরবু খক কাউরোইদবনি।

ঐখোয়না মতম পূম্নমক্কী ওইবা নুংঙাইবা **আনন্দ** হায়বদু ফংগে হায়রবদি অমরগী লম্বী থিবা তাই। অচুম্বা লীচৎ-শাজৎ চৎলগা অমরগী লম্বী ফংগনি। অমরগী লম্বী হায়বদি অচুম্বা লম্বী হায়বনি। ধর্ম্ম কায়দবা, লমচৎ ফবা, মীচঙ-মীখায় নাইদবা, নুংশিহৈবনচিংবা অচুম্বা লম্বীশিংবু ফংননবা হোৎনরকপদা অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, নাপল, য়েংথীনবনচিংবা ফত্তবা পূক্লিং-ঈহুনশিং অসি লৈহন্দনবা লাক্লগদবনি।

ঈশ্বরগা অমতা ওইনা লৈমিন্নবগী ফীভম *অমর* হায়বদু ফংগে হায়রবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী পৃন্সিদা ফংলিবা মীৎকূপ খুদীংমক মাঙহনবা তৌদনা জীব পূম্নমক্কী য়াইফনবা থবকশিংদা পূক্লিং চঙগদবনি। মদুনা অমর ফংনবগী লম্বী অমা ওইগনি। ঐখোয় পূম্নমক্কী মপুদি ঈশ্বরনি, অদুগা থবক পূম্নমক্কী মপুসু ঈশ্বরনি। *ঐনা থৌবু ওইবনি* হায়বা অরানবা ৱাখল অদু থাদোকপা ঙম্নবা লাক্লসি। ঈশ্বরবু নীংলগা ঈশ্বরবু খঙননবা লাক্লসি। সংসারগী পোৎশিং য়াম্না পামশিল্লুরবদি কনামতনা অমরগী লম্বীদা লাকপা ঙম্লোই। সংসারগী মোৎলবা ঈপাক্তা অমুক লূপ অমুক তাউখৎ লৈরগা অশেঙবা নুংঙাইবা *আনন্দ* হায়বদু ফংবা ঙম্লোই। ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা মায় ওন্সিনসি, ঈশ্বরবু থাজসি, ঈশ্বরবু নুংশিসি অমসুং ঈশ্বরবু মতম পূম্নমক্তা কাউগুমসি। ঈশ্বরবু অসুম অসুম নুংশিবা হেল্লকপগী মতুংইন্না সংসারগী

পোৎশিংবু অসুম অসুম কাউথোরক্কনি। অদু ওইরবদি অমরগী লন্থীদা লাকপা হৌরবনি।

অমর ফংগে হায়রবদি ঐখোয় ধর্ম্ম লৈগদবনি। ধর্ম্ম লৈত্রবদি ঐখোয় মী নত্তে, মখোঙ অনী পানবা শানি। অতোপ্পা জীবশিংদা অৱা-অনা পীগদবা থবক অমতা তৌদনবা ধর্ম্মনা ঐখোয়দা পারা কয়া তন্থী। ধর্ম্মনা পূক্সিগী অর্থ খঙহল্লি, অশেঙবা পন্থুং উৎপী, অদুগা অশেঙবা পন্থুংফম অদু করম্না য়ৌগদগে হায়বগী লমজিং-মঙালদুসু পীবী। হৌজিক্তি মীওইবগা ধর্ম্মগা শেত্তোক-খায়দোক্লবগুম তৌখ্রে, অদুগা মীওইবা ঐখোয়সে মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ চত্তদুনা হিংচাবা রাবনগী শাগৈদা তিনখ্রে। মীওইবনা মীগী শওঙদা লৈজরবসু শাগী গুণশিং চেন্দুনা শাগী লীচৎ-শাজৎ চৎখ্রে। ঐখোয়না জ্ঞান তাদবমখৈ কান্নদ্রবা পূক্সি খৃৎলেন অমদা লেন্দুনা লৈরে। মদুননি ঐখোয়না অমরগী লন্থীদা চৎপা ঙমদ্রিবসে।

অপান্থনা লাকহৎখিদুনা মীওইবা ঐখোয়গী থম্মোয়দা চিংনবা অমসুং অকিবনা পীক থন্না লৈখ্রে। মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয়দা শান্তি লৈত্রে। ঐখোয়দা শান্তি লৈত্রবনিনা ঐখোয়না অতোপ্পদা শান্তি পীবদি লায়রদুনা মখোয়গী শান্তিদুম থুগায়রে। থাঙ্গৈশেংনমক হায়রবদা মালেমসিগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসিদি কিনীংঙাইগী মশক ওইরে। মসিনা অমরগী লন্থী থিংজিল্লি। জগৎ অসিদা ঈশ্বরদগী হেনবা কনা অমতা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্কী অওইবা ফীভম অদুবু খঙলগা ঐখোয়না থিংজিনখ্রবা অমরগী লন্থী অদু হাংলসি। মদুগীদমক্তা ঐখোয়না ঐখোয়গী নুং-দা লৈরিবা লাইগী ওইবা অশেঙবদু খঙদোক্লসি। তাইবঙগী পোৎশিংগী অপান্থা অদু থাদোক্লবা মতুংদা ঐখোয়না অমরগী লন্থী অদু খঙবা ঙম্লক্কনি। ঐখোয়না অশন্থা লন্থী চৎলগা অমরগী লন্থী অদু ঈশ্বরনা থুনা হেক্তা ঐখোয়দা খঙহল্লক্কদবা নত্তে। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মতেঙ নৎত্রগা থৌজাল ফংনবা হোৎনদ্রিঙৈগী মমাঙদা ইবুংঙো মহাক্না পীবিরকপা পাঙ্গল অমদি লৌশিং অদু হান্না শীজিন্নদুনা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌ অদু ঙম্বমখৈ পাঙথোক্কদবনি, অদুগা মদুগী মতুংদা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা মতেঙ শোয়দনা পীবিরক্কনি।

ঈশ্বরনা ঐখোয়বু শেম্বীরকপনি, হিংহনবীবনি অদুগা অরোইবদা লৌশিনবীবনি। শিংবা ঙম্লরোইদবা ঈশ্বরগী লমন ময়াম অমা ঐখোয়দা তোল্লি।

ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু মতম লৈবা খিবিক্তা কাউগুমসি। ঈশ্বরনা পীবিরকপা লৈয়েং অসি ঈশ্বরগী অশেঙবা মিংলেন শোনবদা, অচুম্বা ৱাবু থোৎনা-নৌনা ঙাঙবদা অমদি অশেঙবা চীঙ্গাক্কী মহাও য়েংবদা শীজিন্নগদবনি, ণাকোংনা লাইশোল ঈশৈশিং অমদি ঈশ্বরগা মরী লৈনবা ৱারীশিং তাবদা শীজিন্নগদবনি, মীৎপুনা ঈশ্বরগী ফজথ্রবা মওঙ-মতৌশিং, ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অমদি ঈশ্বরগা মরী লৈনবা অশেঙবা মফমশিং অমসুং পোৎশিং য়েংবদা শীজিন্নগদবনি। অফবা য়েংসি, অফবা ৱাখল খনসি, অফবা ৱা ঙাঙসি অমসুং তাসি, অফবা থবক তৌসি অদুগা অফবা ওইসি। অৱাবনা পীকথল্লবা তাইবঙ অসিদা অমুক হন্না পোক্লক্তনবা ঈশ্বরদা হায়জসি। ঈশ্বরগী থৌজাল য়াওদনা ঐখোয়না অমরগী লম্বী ফংবা ঙম্লোই। মায়াগী লাংদা থুরিবমখেদি অমরগী লম্বীদা লাকপা ঙম্লোই। ঈশ্বরবু শেংনা নুংশিরগা লোইরে। ঈশ্বরদা পূন্নমক কখোল্লগা অমরগী লম্বী ফংনবা লাক্লরসি। ❑

## ৭। *ইন্দ্রিয়শিং লাকশিনবদা ঈশ্বর*

অপঙবা মীশিংনা ইন্দ্রিয়শিং নুংঙাইহন্নবগীদমক্তা লম্থুম পৈশিনবগী, তেকথ-কায়থরক্কদবা অচৌ-অচৌবা য়ুম-বঙ্গলাশিং শাবগী, লৌ-ইঙ্খোলশিং ময়াম অমা লৈশিনবগী, চারোল-শুরোল য়াম্না হেনগৎহনবগী, উপাধি ময়াম অমা তানশিনবগী, ফম অচৌ-অচৌবা কাবগী, অদুগা অতৈ-অতৈ ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বা কয়া অমা ফংনবগী ৱাখল খন্দুনতা লৈরগা ঈশ্বরবু কাউথোকই। মখোয়শিং অদু পূন্সিগী অশেঙবা পান্দম নত্তে।

নহা ওইরিঙৈগী মতমবু পূন্সিগী নুংঙাইবা তাঙ্কক অমনি হায়বসে হায়নীংদে। মরমদি নহা ওইরিঙৈগী মতমদদি অপাম্বগী অপাম্বা ঙাক্তা পীক থন্না লৈ। নহাশিংনা মওঙ অমসু অমসু পামই, থবক অমসু অমসু তৌনীংই, মহাও অমসু অমসু তংনীংই, মনম অমসু অমসু নমনীংই, শোক্লীংবা পায়নীংবা কয়া অমসু লৈ অদুগা খোঞ্জেল কয়া অমসু তানীংই। অপাম্বা লৈবা মফমদা অশেঙবা নুংঙাইবদি লৈফম থোক্তে। হৌজিক্কি কলিগী য়ুগ নৎত্রগা বিজ্ঞানগী সভ্যতা অসিদদি ইন্দ্রিয়শিংবু

পেলহন্নবা পাম্বে কয়া অমা পুথোক্লরক্লে। ইন্দ্রিয়শিংবু মরাং হৌহনবা ঙম্বা মওঙ মখল মখল উবা ফংহল্লে, রেডিওনচিংবা কয়াদগী তানীং-তানীংবা খোঞ্জেল কয়া তাবা ফংহল্লে, অদুগা অথোৎ-অথোৎপা হকচাঙশিংসু সিনেমানচিংবশিংদা উহল্লে। পূম্নমক অসিগী মরক্তা মীওইবা ঐখোয়গীদমক্তদি অথিংবা খর থম্বা চুম্মি। নহাশিংনা শিগনি হায়বফাওবা কাউথোক্লগা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনবতা থিদুনা লৈ। মখোয়না অমগা অমগা কাহেন্না শাগুম্না তিন্নদুনা মায়াগী তুং-কোইদবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা ঈরাক্লদুনা লৈরি। নহা ওইরিঙৈগী মতমদা য়াম্না কন্না ইন্দ্রিয়শিং নুংঙাইথোকখিবা য়াই, অদুবু মদুগী ফল অমা ওইনা নহা ওইবগী মতম অদু থুনা চৎখিদুনা থনা অহল ওইরক্কনি অদুগা শিবগী ৱাখল তৌরমদবদগী শিবা কিরক্কুনা য়াম্না ৱারক্কনি। মখোয়না আত্মাগী মঙাল ফংহৌদবদগী নরক্কী থোঙ হাংদোক্লগা নরক্কী অমম্বা কোমদা চোংথখিনি।

থরায়-পানবা জীব খুদীংমক্না মহৌশাগী নিয়মবু ইল্লি। ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা প্রকৃতিগী ওইবা মচাকশিংবু খোইদারুবা অদুগা মখোয়না পামদবশিংবুনা হঙ্গোইরুবা হায়বা অসি ঐখোযগী অনেম্বা শারমচত্তা মবা তাদুনা লৈ। অদুগুম্বা অপাম্বা অমসুং পামদবা অনীসিগী শক্তি অসি ঈশ্ববগী মায়কৈরোমদা চৎপদা য়াম্না খুদোংথীনঙাই ওইবা খুদি-থীফর্মনি। হৌজিক্কী মতমদদি মীওইবনা মহৌশাগী নিয়মবু থুগায়দুনা চৎলক্লে। শাশিংদি মহৌশাগী নিয়ম ঙাক্লা চৎলি। খুদম ওইনা হায়রবদা শাশিংদি চহি অমগী মনুংদা অকক্লবা থা অমদা নৎত্রগা থা খরদা লাবা অমোম হকতিন্নে। নোংশাদি চহি অমগী মনুংদা নোংমতমক লাবা-অমোম হকতিন্নে। মীওইবগীদি থা অমগী মনুংদা অমুকখক্তং হকতিন্নফম থোকই। অদুবু হৌজিক কালগী মী অয়াম্বদি মতম হায়বা নাইখিদ্রে, ছায়খ্রবা পোৎপু হন্না হন্না ছায়দুনা লৈরগা শাদগীসু হন্থবা থাক অমদা কুমথখ্রে। মরম অদুদগী মালেম লূম্নবা মচা ঙাক্তা পোক্লক্কুনা মালেমসিদা শান্তি লৈত্রে।

ঐখোয়না হকচাঙগী নুংঙাইনবা ঙাক্তো খল্লগা আত্মাবু চারা হেলহল্লবদি অৱাবতা নংগনি। মীওইবনা পোকপদগী শিবফাওইবদা মখল কয়াগী অৱা-অনাশিং থেংনৈ। মখোয়শিংসিদগী নাম্থোক্লে হায়রবদি ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিং অসি পূক্লিংগা য়াওনা ফাজিল্লগা ঈশ্বরদা লৈশিনহনবা তাই, অদুগা মতম পূম্বদা

ইবুংঙো মহাকপু নীংবা তাই। ঐখোয় পূম্বসে কদাইদগী লাকপনো, করি থবক তৌগদবনো অমদি ঐখোয়গী পন্থুংনা করিনো হায়বশিংসে ঐখোয়না নীংথিনা খঙলবতদা ঐখোয়গী পূন্সিগী অর্থ অদু থোক্লক্কনি, অদুগা ঈশ্বরবু ঐখোয়গী পূন্সিগী যুম্ফমনি হায়বা খঙলক্কনি। অদুদগীদি হিংনা হিংনা শিবগী মহুত্তা শিরবসু হিংবা পাম্লক্কনি।

কনাগুম্বা অমগী ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা হায়বা অসিদি চহি ৪০ রোম শুরকপা মতমদা লোইশিনখিবা য়াই। অহল ওইরক্লবা মতমদদি ইন্দ্রিয়শিংগী মপাঙ্গল শোন্থরক্কুনা থবক পাঙথোক্লক্লীংলবসু পাঙথোকপা ঙম্লক্লোই অদুগা য়াম্না নীংবকায়বা নৎত্রগা অৱাবা ফীভম অমদা লাক্কনি। সংসারগী নুংঙাইবা পূম্নমক অহল ওইরক্লবা মতমদদি মমি শামখিগনি। কনাগুম্বা অমগী লন্থুম, সম্পত্তি, নুপী-অঙাংশিংনচিংবা ময়াম অমা লৈবা য়াই, অদুবু মহাক্না অহল ওইরক্লবা মতমদদি মখোয়বু শীজিন্নদুনা নুংঙাইবা নীংথিনা ফংবা ঙম্লরোই। মরম অদুনা ঐখোয়না নহা ওইরিঙৈদগী হৌদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু নত্ত-নত্তবা লম্বীশিংদা চৎখিদনবা লাক্লিন্দুনা থমগনি অদুগা ঈশ্বরগী সেবাখক্তদা শীজিন্নগনি। অদু ওইরবদি ঐখোয়না অহল ওইরক্লবসু ঈশ্বরগী মঙালদা নুংঙাইবা ফংগনি।

লাকঙম-ফাঙমদ্রবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্লিন্দুনা থম্বা হায়বসি ঈরায়-লায়বা থবক অমদি নত্তে। ঐখোয় মীওইবদি থম্বু থমখো দেব-দেবীশিং ফাওবা ইন্দ্রিয়বু লাক্লিন্দুনা থম্বা ঙমদবা মতাং লাকখি। মতম অমদা শিব মহাদেবনা ধ্যান তৌদুনা লৈরিঙৈদা পার্ববতীনা ইন্দ্রিয় পেম্নবা কাইহৌরকখি। মদুদা মহাদেবনা খাঙবা ঙম্লক্তদুনা দেবীগা হকতিন্নখি, অদুগা মদুগী ফল অমা ওইনা কাত্তিকেয় হায়বা মচা অমা পোকখি। অদুবু হরিদাস ঠাকুরগী মফমদদি ফনা পার্ববতীনা মহাদেবদা কাইহৌবগুম মায়াদেবীনা মঙোন্দা মিহৌহল্লবসু মায়পাকপা ঙমখিদে। মদু পূম্নমক অদু হরিদাস ঠাকুরনা শ্রীভগবানগী মফমদা মক্তুবা অমদি অচেৎপা ভক্তি থম্বননি। ঐখোয়গী লন্থুম, সম্পত্তি অমসুং শক্তি পূম্নমক পাঙ্গল লৈরিঙৈদা ঈশ্বরগী সেবাদা শীজিন্নরগা ঈশ্বরগী অশেঙবা ভক্ত অমা ওইরক্কনি, অদুগা ইন্দ্রিয়শিংবু মপান্দা থোকহন্দনা লাক্লিন্দুনা থম্বা ঙমগনি। ইন্দ্রিয় খুদুম চনবগা ভক্ত অমা ওইবগা অনী অসি য়াম্না নক্লিন্ননা মরী লৈনৈ। অমনা অমবু মতেঙ পাঙনৈ।

ঈশ্বরগী অশেঙবা ভক্ত অমনা তাইবঙগী অৱাবশিং হায়বদি পোকপা, নারকপা, অহল ওইরকপা অমদি শিবা হায়বা মরুওইবা অৱাবশিং অদু তুংদা ফংলরোই। মহাক্না তাইবঙদা হিংদুনা লৈরিঙৈদসু শিরগা ঈশ্বরগী নাক্তা শোয়দনা য়ৌগনি অদুগা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরুগনি খন্দুনা শিবা কিদে, নুংঙাইনা লৈ। অসিগুম্বা লাইগী ওইবা ফীভম অসিদা য়ৌরকপা হায়বা অসিদি ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্সিন্দুনা থমদনদি ওইবা য়াদে।

অশেঙবা ভক্ত অমনা মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিবু ঈশ্বরগী সেবা তৌবখক্তদা শীজিন্নে অদুগা অতৈ মতমশিংদদি মখোয়বু থূপচিন্দুনা থমই। মহাক্না হোৎনরুবা নাইদনা মশা মথন্তা ঈশ্বরগী থৌজালদগী সংসারগী নুংঙাইবা মনুংঙাই অদু পান্নক্তদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু মপূংফানা লাক্সিনবা ঙম্নকই। ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিল্লগা ঈশ্বরবু থৱায়-হকচাঙ য়াওনা নীংদুনা লৈরিবা মহাক অদুনা মায়া ঈপাক লাম্থোকপা ঙমগনি, অদুগা তাইবঙসিদা হিংন-হিংনফাওবা মুক্তি ফংবা ঙমগনি। ❑

## ৮। ধ্যাননা আত্মাবু থাঙ্গৎপা

অতৈ করি-করা অমতা খল্লুদনা আত্মাতবু খল্লিবা মহাক অদুনা আত্মাগী অশেঙবা মশক্তু খঙবা ঙমই। অদুদগীদি মহাক্না ঈশ্বরদা পূক্নিং লূপশিনবা ঙম্নকই। ধ্যানবু তশেংনা তৌবা ঙম্লবদি জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা অমতা ওইশিন্নখি।

কনাগুম্বা অমনা ধ্যান তৌরিঙৈদা তাইবঙগী ওইবা পোৎশিং নীংশিংলক্লবদি মহাক্কী ধ্যান অদু কায়রক্কনি, ধ্যান ওইরক্লোই। শেংদবা পূক্নিংদি তাইবঙগী মপাম্থোংগী অরঙ-অরাকশিংদা কোয়চৎ চত্তুনা লাকঙম-ফাঙমদবমখৈ লৈগনি। মরম অদুনা ধ্যান-যোগবু কন্না আশা তৌরিবা মী অমনা অহানবদা পূক্নিং শেংদোক্লবা উপায় অমা ওইনা নিষ্কাম-কর্ম্মবু মপূংফানা তৌবা ঙম্নবা কন্না হোৎনগনি। থবক্কী মহয় থাদোক্লগা মহাক্না ঈশ্বরগী সেবা ওইনা থবক তৌরবদি মহাক্না তৌরিবা থবক অদু সাধন ওইরে। অদুদগীদি ধ্যান তৌবা য়ারে। সাধক অদুনা তাইবঙগী পূক্নিং-ঈরাং হৌহনবা থবকশিং তৌবা লেপ্লকই। ঙাচক্না হঙোই

ওইদ্রিঙৈদা ঈশিংদগী কংফালদা কাখৎলক্লবদি ঙাচক অদু শিগনি। অদুবু ঙাচক অদুনা হঙোই ওনখ্রবদি ঈশিংদা চোংথরগা লৈগে লৈয়ু কংফালদা কারগা লৈগে লৈয়ু মহাক্কী কুসিনি। অদুম হায়না নিষ্কাম কর্ম্ম মপৃংফানা পাঙথোকপা ঙমদ্রিফাওবদি সাধক অমনা কর্ম্ম-যোগবু থাদোকপা য়াদে। মহাক্না নিষ্কাম কর্ম্মবু মপৃংফানা পাঙথোকপা ঙম্লবা মতমদদি ধ্যান-যোগদা কাখৎপা য়ারে।

মরুওইনা ধ্যান-যোগ শান্নরিবসি পৃক্লিংদনি। পৃক্লিংবু শেংদ্রবদি ধ্যান তৌবা য়ারোই। আত্মাবু নৎত্রগা ঈশ্বরবু পৃক্লিংদা শেংনা লৈহনগে হায়রবদি পৃক্লিং অদু হান্না শেংদোকপা তাই। পৃক্লিং শেংনা লৈহন্লবগীদমক্তা হকচাঙ শেংনা লৈগনি, ইন্দ্রিয়শিংবু নীংথিনা ফাজিন্দুনা থমগনি অমসুং ফংনীংবা নৎত্রগা মপু ওইনীংবা য়াওহন্দনা পৃক্লিংবু খুদুম চল্লগা থমগনি। ধ্যান তৌবা হায়বা অসিদি আত্মাদা পৃক্লিংবু অরৎপা লৈতনা থম্বনি। থম্মোয়নুংদা ঈশ্বরবু ধ্যান তৌবা তারবদি ইবুংঙো মহাকপু অরোইবা পন্থুং অমা ওইনা লৌগনি। সংসারগী পোৎ ফংনীংদুনা হকচাঙগী যোগ শাজেল উৎলিবা অদুদি অশেঙবা ধ্যান-যোগ নত্তে। ঐখোয়না ধ্যান তৌরগা তানগদৌরিবা পন্থুংফম অদুদি আত্মাবু মায়াগী ঈপাক অসি লাম্থোকহল্লগা ব্রহ্মগী হায়বদি ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌহনবা অদুগা তাইবঙ মায়া সংসার ঈপাক্তা অমুক হল্লক্তবা হায়বনি। পান্দম অসিগা লোয়ননা মহাক মশামকপু কাঙলম চাহন্দুনা থল্লগা পৃক্লিং ফাজিন্দুনা ধ্যান যোগ অভ্যাস তৌরিবা যোগী অদুনা থম্মোয় লাকানুংদা আত্মাগী শকফম লৌদুনা লৈবিবা ঈশ্বর মহাকপু খঙবা অমদি উবা ঙমই। অদুদগীদি ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা লৈরিবা অথোইবা শান্তি অদু ফংজে।

ধ্যান তৌবনা ঐখোয়গী থম্মোয়গী অমম্ববু ঙালহল্লি অদুগা ঐখোয়গী শাথীরবা য়েক্লবা ওইরিবা তাইবঙগী অপাম্বা অদু লৈহন্দে। ধ্যানগী অহৌবা ওইরিবা পৃক্লিংবু আত্মাদা চিংশিনবা হায়বদু য়াওদনদি ধ্যান তৌবা য়াদে। ধ্যান তৌবা হায়বা অসিদি ঐখোয়গী নুং-গী পৃক্সিগা মরী লৈনবনি। আত্মাগী জ্ঞান লৈরগা ঈশ্বরগা তিন্নবা ফংই। মশাগী ইখন-খন্দবা মীনা নুংঙাই অদুগা মশাগীদমক্তা খনমনবা মীনা ৱাই। খ্বাইদগী ৱাবদি মশাগী ফীভমবু নুংশিজবদুনি। মদুনা মশামক্কী পোৎলূম ওইজবতা নত্তনা মালেম পৃম্বগী পোৎলূম অমসু ওইরকই, অদুগা মহাক্কী আত্মানা মখাদা কুমথখি।

ঐখোয়না নুমিৎ খুদীংগী ধ্যান তৌনবগী মতম থমগদবনি। ধ্যান তৌনবগী মতম থমদ্রবদি অৱাবা ফংনবগী মতম য়াম্না লৈরক্কনি। ঐখোয়না ধ্যান তৌবদা ঐখোয়বু শেম্বীরকপা মপু মহাক্কা ৱা-ঙাঙনবা ফংনবা লাক্কসি। ঐখোয়না তৌথ্রিবা থবকশিং অদু চুমব্রা, লানব্রা অদুগা ঐখোয়গী পূন্সি পীবিরিবা ঈশ্বর মহাক্কী মমাঙদা যুৎ-চারব্রা হায়না বিচার তৌথোক্লগা অরেপ্পা অমা খঙদোক্কনি। থবকশিং অদুবু ঐখোয়না মরম চানা তৌখিবা ওইরবদি কনাবুসু কিনীংঙাই ওইদে। ঐখোয়না লম্চুম, সম্পত্তি অমসুং অতোপ্পা ইশাগী ওইজ-ওইথক ফংগনি হায়দুনা হিংগদবা নত্তে, ধ্যান তৌর-তৌরগা জীবাত্মাবু ৱাংনা পরমাত্মা তান্না থাঙ্গৎনবা লাক্লগদবনি।

ধ্যান যোগীদি সংসারগী অপাম্বগী মখা পোন্দে। মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনঙাই ওইবা পোৎশিংগী অপাম্বা লৈরোই। মহাক্কী পূক্নিংনা মশাগী আত্মাতদা কাইদোংদুনা লৈ। অদুগুম্বা পূক্নিং অদুবু চেঞ্জরবা মহাক অদুনা আত্মাতবু পামই, আত্মাতদা পোত্থাজৈ অমসুং নুংঙাইজৈ। মহাক্কী আত্মানা মহাক্কী হকচাঙনুংদা লৈনা লৈনা ব্রহ্মগা হায়বদি ঈশ্বরগা মান্নবা ওইদুনা লৈ। ফীভম অসিবু মালং-ঈথিল নাইদবা মফমদা থাউমৈগী মৈরীনা লেঙদনা ঙান্দুনা লৈবগুম মহাক্লা মহাক্কী ধ্যানদা অদুম লেঙদনা লৈ হায়বনি। কনাগুম্বা অমগী পূক্নিংনা সংসারগী পোৎশিংগী অপাম্ববু থাদোক্লবা মতমদা মহাক অদুনা মশাগী অওইবা শক্তম আত্মাবু ধ্যান তৌরগা শংশঙনা উবা ঙম্লকই। অদুদগীদি মহাক্লা ঙমখৈ লৈতবা অথোইবা নুংঙাইবা *আত্মানন্দ* হায়বদু ফংজৈ। আত্মাগী নুংঙাইবা ফংবা হায়বা অসিদগী হেনবা অতোপ্পা অফংবা অমা লৈত্রে। মসিদি আত্মাবু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপনি।

শ্বাইদগী অহকপা অৱা-অনানা ধ্যান-যোগী অমবু লেঙহনবা ঙমদে। মখল কয়াগী অৱা-অনা খঙহল্লিবসি হকচাঙ অমসুং পূক্নিং অনী পূন্না লৈমিন্নবদগীনি। ওপরেসন তৌবা মতমদা ক্লোরোফোর্ম থারগা হকচাঙবু পঙথহল্লি অদুগা পূক্নিংগা হকচাঙগা লৈমিন্নদবা মতম অদুদদি হকচাঙদা ফনা থাংনা লেন্দুনসু অনাবা ফাওদে। মরম অদুনা পূক্নিংনা হকচাঙদগী হন্দোকখিদুনা আত্মাদা লূপখ্রবদা যোগী অদুনা অৱা-অনা ফংলরোই। মহাক্কী আত্মানা ৱাংনা কাখৎখিদুনা ব্রহ্মগা অমতা

ওইদুনা লৈখিগনি। মানা হান্না লঙশিল্লম্বা পাপ পূম্নমক অদুসু কোকখিদুনা আত্মাবু দর্শণ ফংদুনা আনন্দ ফংবা হায়বদু ওইরে। মহাক্লা জীব খুদীংমক্তা মাগী আত্মানা লৈবা অদুগা মাগী আত্মাদা জীব পূম্নমক্লা লৈবদু উবা ঙম্লকই। ফীভম অদু য়ৌগ্রবদা মহাক্লা মহাক্কী আত্মাসি ব্রহ্মগা অম্মানি হায়না লৌরকই। মরম অদুনা মহাক্লা জীব খুদীংমকপু নুংশিরক্তুনা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈরকই।

খেন্নবা মীৎয়েংবু থাদোক্লগা ধ্যান-যোগী অমনা তাইবঙপানবা পূম্নমকপু মঙোন্দা লৈবা অদুগা মহাক মশামকপুনা তাইবঙপানবা পূম্বদা লৈবা উবা ফংলকই। মহাক্লা পূম্নমক্তা ঈশ্বর উরকই অদুগা অমুকসু মহাক্লা ঈশ্বরদা পূম্নমকপু উরকই। মহাক্কুম্বা ধ্যান-যোগী অসিদি অথোইবা যোগী অমনি। মরম অদুদগী ঈশ্বরনা মহাকপু খক থাদোক্তে অদুগা মহাক্লসু ঈশ্বরবু খক থাদোক্তে।

ঈশ্বরনা পরমাত্মাগী শক্তম লৌরগা থব্রায়-পানবা খুদীংমক্তা লৈবীরি। পূম্নমক্কী হৌরকফমদি ঈশ্বরনি। ঈশ্বরনা মরম ওইরগা জগৎ অসিনা ফল ওইবনি। মরমগা ফলগা অমতনি। পূম্নমক অসি ঈশ্বরমক্লি। ধ্যান-যোগ শান্নরিবসি অমতা ওইবা মতৌ অদুবু খঙননবনি। ঈশ্বরবু পূম্নমক্কী পরমাত্মানি হায়না লৌদুনা যোগীনা ধ্যান তৌই। মহাক্লা জীব পূম্নমক্কী অব্রা-নুংঙাইবু মহাক মশামক্কী অব্রা-নুঙাইনি হায়না লৌই। মতৌ অসুম তৌদুনা মহাক্লা ধ্যান তৌর-তৌরগা মহাক্কী জীবাত্মাবু ব্রাংনা থাঙ্গত্তুনা ঈশ্বরদা হায়বদি ব্রহ্মদা তিলহনখি। ❑

## ৯। ভাগবত পুরাণ

ভাগবত পুরাণ হায়বা অসি মীওইবা জাতিগী লমজিং-লাইরিক্লি। অমম্বদগী মঙালদা লাকপদা লাইরিক অসিনা অঙকপা ফংনা মতেঙ পাংই। মফম, মতম অমদি পূল্গিগী ফীভম খুদীংমক্তা ঈশ্বরগী ব্রাখল চেনগদবনি হায়বদু অশেঙবা লাইরিক অসিনা তাকই। মসি কর্ম্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী পাউতাক লৌফম খনিনি, আত্মাগী জ্ঞান ফংনবা মমল নাইদ্রবা পুক্কেনি। লাইরিক অসিবু নৈনরুরবদি আত্মাগী জ্ঞান লাক্কনি, ভক্তিগী ব্রাখল পোক্লক্কনি অমসুং বৈরাগ্য

লৈরক্কনি। ব্যাসনা ইবা ভাগবত পূরাণ অসিদা ভগবান বাসুদেবগী মতীক-মগুণ পুন্নমক ময়েক শেংনা তাক্লি।

ভাগবত পূরাণগী মনুংদা শ্লোক লীশীঙ তরানিপাল, অধ্যায় চহুম কুন্থ্রানিথোই অমসুং স্কন্ধ তরানিথোই য়াওই। লাইরিক অসিবু ভাগবত কৌরুবগী মরমদি লাইরিক অসিনা শ্রীভগবানগী মতীক-মগুণবু শক-শোল্লি। হিন্দু ধর্ম্মগী লাইরিকশিংগী মনুংদা ভাগবতনা অথোইবা লাইরিক্লি। লাইরিক অসিনা মীওইবগী ৱাখল অমসুং পূক্লিংদা মঙালগী অকনবা ঈথিল অমা পীবা ঙমই। মসিনা তাইবঙ সংসারগী মরমবু মথং মনাও নাইনা নৈনৈ। পুরাণ পুন্নমক্কী মচং অদু লাইরিক অসিদা য়াওই।

পুরাণ পুন্নমক্কী মনুংদা ভাগবতনা মীয়াম্না পান্নবা মমিং চৎপা অশেঙবা লাইরিক অমনি। মসিগী অশেঙবা লাইরিক অসিমক লৈরমদ্রবদি ঈশ্বরসি খরদি তুমিন্না লৈরমগনি। মরম অদুনা ধর্ম্ম চেনবা মীশিংনা মফম অয়াম্বদা ভাগবতপু ব্যবহার তৌনৈ। লাইরিক অসিগী মগুণবু হিন্দু পণ্ডিতশিং, সাধুশিং অমদি সন্ন্যাসীশিংনা শক-শোল্লি। ভাগবতপু ইবীরম্বা ব্যাস মশামক্না হায়রম্মীঃ *ভাগবত হায়বা লাইরিক অসি মহাভারত পুরাণগী সার মচিনি অদুগা বেদ সাহিত্য পুন্নমক্কী অমুনবা উহৈনি। মসিগী অমুনবা উহৈ অসিবু চাবা ফংজরবা জ্ঞানীশিংনা সংসারদা হন্না হন্না থেংনরিবা জীবগী অৱাবশিংসি কোক্কনি।*

হিন্দু ধর্ম্মগী ফজবা মওঙ অমসুং মীওইবগী চৎনরোলনচিংবা পুন্নমক ভাগবত লাইরিক্তা ফংই। ধর্ম্মগী অৱাংবা থাক, হৌন-শাজৎকী অৱাংবা মওঙনচিংবা পুন্নমক অদুবু নীংথিজনা লাইরিক অসিদা শুগায়না তাক্লি। লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ফজ-ফজরবা ৱারীশিংসে মীওইবগী শাজৎ-নুংচৎ, অফবা হৈনবী, ধর্ম্মনচিংবা তন্বীনবগীদক্তা পুথোকখিবা উপায়শিংনি। ৱারীশিং অসিনা মীওইবদা তূমদুনা লৈরিবা জ্ঞান অদুবু য়াকাইহল্লি অদুগা অৱাবা পূক্লিংবু থেমজিনবীদুনা নুংঙাইহল্লি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লাইরিক অসিগী মরুওইবা শক্তমনি। মসিদা শ্রীভগবাননা খোইথুম্নরবা পাউতাকশিং মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা পীরি। মসিদা ভক্তিগী নৎত্রগা জ্ঞানগী হায়বা অমা খায়দোক্তে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা সংসারদগী

বিদায় লৌদুনা চৎলমদাইদা উদ্ধবকী মফমদা পীখিবা পাউতাকশিং অদু তরামাথোইশুবা স্কন্ধদা য়াওই। ইবুংঙো মহাক্কী শিষ্যসু মরূপসু ওইবা উদ্ববতা পাউতাক কয়া অমা পীবিখি। য়াম্না মরুওইবা পাউতাক অমদিঃ *পুন্নমক্তা ঐবু উ। ঐঙোন্দা চঙজৌ। কর্ম্ম পুন্নমক ঐগীদমক্তা তৌ। মখল খুদীংগী অপাম্বা থাদোকউ। মপুংফাবা লেঙদবা পুক্নিংগী ভক্তি ঐঙোন্দা থম্মু। ঐগী ইতীক-ইগুণবু শক -শোল্লু।*

তরাশুবা স্কন্ধবু কল্লক-মিহৌবা অমদি অপাম্বনা তাহৎলবা মীনা পারবদি ঙাওগনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা নহা ওইরিঙৈগী হরাও-তয়াম্বা, শান্ন-খোৎনবা, চোংফনবনচিংবগী কুম্মৈ, নহা ওইবগী লীলা, দ্বারকাগী লীলা, বৃন্দাবনগী লীলা, মথুরাগী লীলাশিং স্কন্ধ অসিগী মনুংদা য়াওরি। ধর্ম্ম খুদীংমক্কী ৱারীশিংদা নায়ক-নায়িকাগী মওঙদা উৎপা মউৎ য়াওরিবসে সংসারগী ৱাখলদা লূপ্লিবা মীনদি য়ৌনা খঙবা ঙমদে। স্কন্ধ অসিদা মীওইবগী থম্মোয়না শেংলক্লবা মতমদা আত্মানা প্রেমানন্দগী ঈপাক্তা লূপলকপগী মতৌ অদু উৎলি। পুক্নিংগী অমোৎপশিং শেংদোক্লুনা থম্মোয়না পূমশেং-শেংলক্লবা মতমদা আত্মানা পরমাত্মারোমদা মহৌশাগী ওইনা চঙশিল্লক্লুনা অমতা ওইশিন্নখি।

থম্মোয়না নুং-গী ওইবা অতিয়ানি। ঐখোয়গী থম্মোয়গী অতিয়াদা ঙাল্লিবা নুমিৎ অদুনা বুদ্ধিনি, থানা খঙন-লৌশিংনি। অজ্ঞানগী মংলিবা নোংনা, নাপলগী অথাবা লৈচিন্না অমসুং অপাম-মিহৌবগী মৈখুনা নুং-গী অতিয়াদা নৈশিন্দুনা লৈরবা মতমদা বুদ্ধিগী নুমিৎ অদু লোত্তুনা লৈখি অদুগা পোৎশকশিং অদু শেরান্ননা উরকই। নুং-গী অতিয়াদা হায়বদি থম্মোয়দা অজ্ঞানগী নোংনা, নাপলগী অথাবা লৈচিন্না অমসুং অপাম-মিহৌবগী মৈখুনা লৈরক্লবা মতমদা ঐখোয়গী থম্মোয় অসি শেংলক্কনি। থম্মোয়নবু শেংলবদি থম্মোয়নুংদা আত্মাগী শক্লোন লৌদুনা লৈরিবা শ্রীভগবানবু উরক্কনি হায়না ভাগবতনা তাকপীরি।

ভাগবততা তোঙান-তোঙানবা সাধকশিংগা চানগদবা মখলগী ধ্যান-যোগশিং তাক্লি। অনীশুবা স্কন্ধদা সাধক অমনা তাইবঙপানবা পুন্নমকসি শ্রীভগবানগী মূর্ত্তিমক্লি খনগদবনি হায়না তাকপী। স্কন্ধ অসিমক্তদা অমদি

অহুমশুবা স্কন্ধদসু শ্রীভগবানগী মূর্ত্তিগী মখল খুদীংগী কায়াৎশিংবু শ্রীচরণদগী হৌরগা থম্মোয়নুংদা থমদুনা ধ্যান তৌনবসু তাকলি। তরামাথোইশুবা স্কন্ধদসু থম্মোয় মনুংদা অগ্নিনা অহানবা, সূর্যনা অনীশুবা অদুগা থানা অহুমশুবা ওইনা মথং মথং মরোল অহুম লৈরগা হৃদিদা লৈরিবা শ্রীভগবানদা ধ্যান তৌনবসু তাকপিরি। যোগদা মপূংফারবা মীশক অদুনা আনন্দ ফংগনি হায়নসু তাকপীরি।

ভাগবত পুরাণগী মনুংদা কর্ম্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী মফম ফজনা থমই। তাইবঙ সংসার ঈপাক্তা লূপলিবা, হকচাঙগী ৱাখলদা অপাম্বা থল্লিবা অদুগা পূক্নিংবু নীংথিনা ফাজিনবা ঙমদ্রিবা মীশিংগীদমক্তা কর্ম্ম তৌনবা তম্বী। অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবনচিংবা লৈতবা মীশিংগীদমক্তনা জ্ঞানগী লম্বী তাকপী। হেঞ্জিন্না পামশিল্লুদবা, পামদবদসু হেঞ্জিল্লুদবা, সংসারগী পোৎশিংদা হেঞ্জিন্না পূক্নিং থমলুদবা অমদি থৌশারুবা লৈতনা নাকোইননা লৈবা মীশিংগীদমক্তনা ভক্তিগী লম্বী তাকপী। মসিনা প্রেম ভক্তিগী মরম পূম্নমকপু তাকপী।

কর্ম্ম-যোগ, জ্ঞান-যোগ অমসুং ভক্তি-যোগ অহুম অসি অমগা অমগা মরী ইরৈ লৈনৈ অমসুং ইতিন-তিন্নৈ। মখোয় অহুমসিগী মনুংদা ভক্তি-যোগনা ইৱাং-ৱাংই। অতৈ যোগশিং অদুদি ভক্তি-যোগগী থাক য়ৌনা কাবা ঙম্নবগী যোগশিংনি। ঈশ্বরদি ঙমখৈ-নাইদবমখৈ মতীক মগুন চাউই। মীওইবদি লায়রদুনা ব্রহ্মামরুফাওবা ইবুংঙো মহাক্কী মতীক মগুণবু নীংথিনা খঙবা ঙমদে। অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মতীক মগুণশিংগী মনুংদগী খজিকখক্তা ওইরবসু কনাগুম্বা অমনা ভাগবত পারগা নৎত্রগা তারগা খঙজরবা মতুংদা খঙজরিবদুগী মতুংইন্না ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা পূক্নিং চেৎনা থমদুনা থাজবগা লোয়ননা পূকচেল শেংনা ভক্তি কচ্চরবদি অশেঙবা যোগী অমা ওইবা ঙমই হায়না ভাগবতনা তাকপী। ফজ-ফজরবা পাউতাক ময়াম অমা ভাগবততা য়াওরি। মরম অদুনা মসিগী ধর্ম্মগী অথোইবা লাইরিক অসি য়ুম খুদীংদা থম্বদা অঙকপা ফংনা কান্নগনি। ভাগবতনা ঐখোয়দা ধর্ম্মগী মঙাল পীবিরগা হকচাঙ, পূক্নিং অমসুং আত্মাগী শান্তি ফংহনগনি। ❑

# ১০। গীতা

শ্রীমদ্ভগবদ গীতা হায়বা অসি পুস্নি-ঈশৈনি। মসিগী ঈশৈ অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না শকখিবা ঈশৈনি, শ্রীকৃষ্ণগী খোঞ্জেলমক্নি। ইবুংঙো মহাক্কী খোঞ্জেলগা ইবুংঙো মহাক্কা খেন্নদে, খায়দোক্লবা য়াদে। গীতা হায়বদি কৃষ্ণনি, কৃষ্ণ হায়বদি গীতানি। গীতা নৈনবা হায়বা অদুনা মায়া সংসারগী ঈপাকপু ঈরোইদুনা লাপ্তোকপগী মহৈবু তম্বা হায়বনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ইহান-হেক-হানবদা সূর্যদেব বিবস্বান্দা হায়বদি নুমিৎতা গীতা তম্বীখি, মদুগী মতুংদা বিবস্বান্না মদুবু মীওইবা জাতিগী মপা, মহাক্কীদি মচানুপা মনুদা তম্বীখি, অদুগা মনুনা অমুক মদুবু মহাক্কী মচানুপা লাইনীংবা নিংথৌ ইক্ষ্বাকুদা তাকপীখি। মঙোন্দগী অমুক মীরোল মথং মথং য়ৈদুনা চত্খি হায়বা অথূপ্পা ৰা অদু গীতাগী মরিশুবা তাঙ্কক্কী অহানবা শ্লোক অহুমগী মনুংদা য়াওরি। মীরোল মথং মথং য়ৈনা লত্তনা পীথরক্লুনা ঋষি ওইরবা নিংথৌশিংনা গীতাবু খঙখি। অদুবু মমৈথংদা তাইবঙ অসিদা যোগ অসি (গীতা যোগ) মতম শাংনা তৎখিবদগী মাঙখি। মদুনা মরম ওইরগা মালেম অসিদা ধর্ম্ম লৈনরকখিদে।

*ধর্ম্মনা মরায় চায়থরকপা অদুগা অধর্ম্মনা*
*মরায় হাইগৎলকপা খুদীংদা, হে অর্জ্জুন,*
*ঐহাক ইশামক্লা লাংওল্লি।*

*(গীতা ৪ঃ৭)*

*অফবশিংবু ঙাক শেন্নবগীদমক, ফত্তবশিংবু*
*মাঙ-তাকহন্নবগীদমক অদুগা ধর্ম্মবু অমুক*
*হন্না লিংননবগীদমক ঐনা যুগ যুগ খুদীংগী*
*ওইনা তাইবঙসিদা লাংওল্লি।*

*(গীতা ৪ঃ৮)*

*অসুম্না ঐনা খোইয়ুম লাংওল্লিবা অমদি*
*তাইবঙগী য়াইফনবা তৌরিবা ইথৌশিংবু*
*থাঙ্গৎশেংনমক হেক খঙবা ঙন্নবা মীশক*

*অদুনা শিরগা অমুক হন্না পোক্ক-শিরা*
*পোক্ক-শিরা তৌররোই যরমদি মহাক অদু*
*তশেংনা ঐঙোন্দা লাক্কে, হে অর্জ্জুন!*

*(গীতা ৪ঃ৯)*

ধর্ম্মনা মরায়-চায়থখ্রবা মতমদা হায়বদি খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈগী মমাঙ তাং ২০।০৭।৩২২৮ গী নোংঙান্দ্রিঙৈ পৃং ৩(অহুম) তাবা মতমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মালেমদা অমুক হন্না অবতার তৌরক্লগা মীওইবগী মহুৎ শিল্লিবা অর্জ্জুনদা গীতা অসি তম্বীখিবনি। উপনিষদতগী শুমথরকপা শঙ্গোমবু ষন্নাও অর্জ্জুন্দা পীথকখিবনি। গীতানা বেদ পুম্নমক্কী অর্থগী চিশিল্লকপা মচিনি।

অর্জ্জুনদা গীতা তম্বীখিবা মফমদি ধর্ম্মক্ষেত্র কুরুক্ষেত্রদনি অদুগা মতমনা কলি যুগ হৌদ্রিঙৈ মমাঙ হায়বদি খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈগী মমাঙ চহি ৩০১২ গী ফেব্রুৱারি তাং ১৮ দনি হায়নরি। লানফম অদুগী নাকল অমদনা পাণ্ডবকী হায়বদি ধর্ম্মগী লান্মী মপৈশিং অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদুদনা কৌরবকী হায়বদি অধর্ম্মগী লান্মী মপৈশিং লৈখি। অফবা অমসুং ফত্তবা অনীসিগী মরক্তা অর্জ্জুনদি নুংবঙননা লৈখি। অদুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা লমজিং-মঙাল অমদি থৌনা পীবিখি। অর্জ্জুনগী অৱাবা অদু অর্জ্জুন মশাখক্তগীনি, মহাক্কী অততাইনি, মহাক মশাখক্তগী সমস্যানি, ঐখোয়গী য়াওদে অমসুং অতোপ্পা অতৈ কনাগীসু য়াওদে হায়না লান্না খনগুমসি। ঐখোয় পুম্নমক্কী পুক্নিংদা অফবগা ফত্তবগা লাল অমদি তত্তনা থেংনরিবনি। ঐখোয় মীওইবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পাউতাক পীনীংবদগী মীওইবগী মহুৎশিল্লিবা অর্জ্জুনদা গীতা তম্বীখিবনি। মরম অদুনা অর্জ্জুনগী সমস্যা অদু ঐখোয় মীওইবা পুম্নমক্কী সমস্যানি। গীতাগী পাউতাকশিং অসি ঐখোয় পুম্নমক্কী কান্নবা ঙাক্তনি। গীতাগী মরমদা মরৈ-য়েৎপা মীওই কয়ানা হায়নীংবমখৈ হায়জরবসু গীতাগী যুম্ফম ওইরিবা অচুম্বা অদুদি লেঙদনা অদুম লৈরক্লি অমসুং লৈখিগনি। পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক্না মসি খঙনরবনি।

গীতা হায়বা অসি ভারততগী নত্তে, মালেম পুম্বগীনি; হিন্দু ধর্ম্মখক্কীদা নত্তে, ধর্ম্ম পুম্নমক্কীনি; অদুগা কনাগুম্বা মীওই খরগীদা নত্তে, মীওইবা জাতিগীনি।

গীতানা অচুম্বা উহল্লি। মমাংঙৈদা গীতানা মালেমগী লৈবাক খুদীংমক্তা য়ৌখ্রবনি। হৌজিক্তি গীতাবু মালেমগী লোল ১৪০০ দগী হেনবদা হন্দোক্নুনা লাইরিকশিং ওইনা পুথোকখ্রবনি। গীতাবু মালেমগী জাতিশিংগী লোন্দা লৈহন্দুনা জ্ঞানগী মায়কৈদা চাওখৎনবা লাক্লুরি অদুগা মখোয় মখোয়গী সাহিত্যগী লৈকোলশিংদা পুথোক্নুনা লেন্নরি। গীতা হায়বা অসি মপূংদা য়েংলগদি করিগুম্বা ধর্ম্ম অমতগী নত্তে। মসিদি ধর্ম্ম পূম্নমক্কী ৱা মচং য়াওবা থোইদোক-হেন্দোক্লা মমিং চৎলবা লাইরিক অমনি।

গীতাবু কর্ম্ম-যোগ শাস্ত্রনি হায়বা য়ারোই, জ্ঞান-যোগ শাস্ত্রনি হায়বসু য়ারোই অদুগা ভক্তি-যোগ শাস্ত্রনি হায়বসু য়ারোই। গীতাদি যোগ পূম্নমক্কী শাস্ত্রনি। মরম অদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লা গীতাবু *যোগ শাস্ত্র* অমনি হায়না হায়বীরম্মী। তশেংনা গীতা হায়বা অসিদি ধর্ম্ম, কর্ম্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী অহাও-অহাওবা মচলশিং য়াওবা পাত্র অমনি। অরাম-খৌরাংবা ফীভমদা লৈখিবা অর্জ্জুননা মহাও খঙনা চাখি। ঐখোয় খুদীংমক্লা পূন্সিগী লাল থেংনবদা অর্জ্জুন অমমম ওইনবা নৎত্রগা মহাক্কী মতুংইনবা মীশক অমমম ওইনবফাওবদি লাক্লুফম থোকই। ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা লেঙশিনবীদুনা লৈরিবা ইবুংঙো মহাক্লা ঐখোয়বু লমজিংবীগনি। গীতাগী মহাও অসিবু খঙনা চাসি অদুগা পূক্লিংগী অশেঙবা নুংঙাইবা অমদি শান্তি ফংনবা লাক্লুসি। লামদ্রবদি চীঞ্জাক্কী মহাও অমসুং কান্নবা চপ চানা ফংবা ঙম্লোই। গীতাগী শ্লোক ৭০০ নি। গীতাগী শ্লোক পূম্নমক চীনফা পূবনদি কান্নবা করিসু ফংলোই। চীঞ্জাক অদু ছায়বা তাই, য়োৎশিনবা তাই অদুগা হক্চাঙগী শদোং, ঈনচিংবা ওলহনখিদুনা চীঞ্জাক্কী কান্নবা অদু লৌবা তাই।

চীঞ্জাক হায়বসে চানীংই হায়দুনা য়াম্না চামল্লবসু খুদোংথীনঙাইনি। গীতাগী শ্লোক অমখক্তংবু থম্মোয়নুংদা পুশিন্দুনা ঐখোয়গী নুংতিগী পূন্সিদা থবক্তা থবক ওইনা শীজিন্নরবদি আত্মাগী জ্ঞান ফংবা ঙমগনি। খুদম ওইনা হায়রবদা মৈখেৎ উপু অমগী মনুংদা মৈখেৎ মরূ ৪০/৫০ রোম য়াওই। মৈখেৎ মরূশিং অদুদগী অমখক্তংবু খেৎলগা থাউমৈ চুখৎপা য়াই। অদুম হায়না গীতাগী শ্লোক অমখক্তংবু থম্মোয়নুংদা পুশিল্লগা মদুগী মতুংইন্না থবক পাঙথোক্লবদি গীতাগী মঙাল অদু ফংবা ঙমগনি। গীতাগী মনুংদা মীওইবগী আত্মানা মায়া-লাংদগী ৱানা লীখোক্নুনা

ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চৎনবগী অকনবা লাঞ্জাও অদু য়াওরি। মরম অদুনা ঐখোয়না গীতাবু নৈনরগা মায়া-লাংদগী নাম্থোক্নুনা অরান-খুভম ফংনবা লাক্করসি। ❑

## ১১। *কৌরব অমসুং পাণ্ডব*

কৌরবনা অমম্বনি অদুগা পাণ্ডবনা মঙালনি। কৌরবকী মচিন্মনাও চামনি অদুগা পাণ্ডবকীনা মঙানি। কৌরব হায়রগনা হিংচা-য়াইতম্বা মতৌবু খঙনৈ অদুগা পাণ্ডব হায়রগনা লাইগী ওইবা মতৌবু খঙনৈ। মখোয় অনীগী মরক্তা থেংনখিবা লাল অদু ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্ম অনীগী মরক্তা থেংনখিবনি। অমনা অরানবনি অদুগা অতোপ্পা অদুনা অচুম্বনি, অমনা অফবা অদুগা অতোপ্পা অদুনা ফত্তবা। অফবা অমসুং ফত্তবা হায়বা অনী অসিগী মরক্তা লাল অমদি অসুম থেংনদুনতা লাক্লি অদুগা মতুংদসু থেংনরকখিনি।

কৌরবশিংগী মপাবুং ধৃতরাষ্ট্রনা অধর্ম্মগী মশক্লি, অদুগা পণ্ডব মচীন্মনাওশিংগী ময়াম্বুং অহল যুধিষ্ঠিরনা ধর্ম্মগী মশকনি। মাগী মাগী মীচঙ অয়াম্বা মান্ন-মান্নবা মীতা ঙাক্তা ওইনা তৌখি। ধৃতরাষ্ট্রনা ধর্ম্মগী লাল অদুদা ধর্ম্ম-লৈতবা মচাশিংনা মায়পাকপা ঙমগনি হায়বদুদি থাজবা ঙমখিদে। মরম অদুনা মহাক্কী থম্মোয়দা চিংনবা অমা অদুম লৈখি। অদুমকপু পাণ্ডব মচীন্মানাওনা ধর্ম্ম লৈবনিনা মমৈদা লাল তৌরক্তবা য়াই অদুগা অমরোমদনা মহাক্কী মচাশিংনসু কিদুনা লাল তৌরক্তবা য়াই হায়না ধৃতরাষ্ট্রগী ৱাখলদা মমি তাখি। মহাক্না মহাক্কী পূক্নিংগী ৱারেপ খঙলমখিদে।

*ঐগী* হায়বা ৱাখলনা ধৃতরাষ্ট্রবু পঙথহনখি। মদুনা ফত্তবা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইখি। কৌরব অমসুং পাণ্ডব অনীমক শাগৈ অমতনি। অদুবু মনাওনুপানা পোকপা পাণ্ডবশিংগা মহাক্না পোকপা কৌরবশিংগা তোঙান-তোঙান্না থমখি অদুগা মহাক্না মহাক্কী মচাশিংবু অধর্ম্মগী লম্বীদা চঙশিনহন্দুনা পান্দব মচিন্মানাওশিংবু অৱাবা কয়াদা তাহনখি। মহাক্কী মচানুপা দুর্যোধনদি মরৈ-মরা চাউনা লমহেনবা

মীশক্তি। মহাক্লা মশাগী ওইজবা থিবদা ঙাওদুনা লাল তৌবা তাখি। মশাগী ওইজবা থিবদগী মীফত্তা ওইখিবা মহাক্লা মশাগী মরী-মতাশিং, মচিম্মনাওশিংনচিংবা হাৎপগী পাপ তৌবা তাখি। মদুগী লম্বীদা মহাক্লা ঙাওদুনা চঙশিনখি। মদু রজঃগুণগী ওইবা মীওই অমগী হৌনশানি। মহাক্লা অচুম-অরান খঙখিদে অদুগা অধর্ম্মগী লম্বীদা খোঙদাখি। মহাক্লা ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বদুতা থিখি, কান্নদবা তাইবঙগী অহেনবা তানখি, মীশিংনা মহাকপু সম্মান তৌহন্নীংখি, মখোয়গী মরন-মথুম অমদি শক্তিনা মীগী পূক্লিং ফাগে লাক্লখি, ঐ মণ্ডায়রে হায়দুনা নাপল কাখি অদুগা অতোপ-অতোপ্পা ধর্ম্মনা য়াদবা থবক কয়া তৌখি। কৌরবশিংদি অপাম্বদু ফংলগসু পেনবা নাইদনা হেন্নমুক ফংবা পামখি।

গুরু দ্রোণ অমসুং ভীষ্ম অনীসিবুদি কৌরবকী মীচঙদা কৌরবকী চেঙ চারুবদগী লৈত-য়াদদুনা লৈজরবসু ধর্ম্ম লৈতবা থবকশিংদা পঙশী-শীজিন্নবা য়াখিদে। অদুদসু নত্তনা গুরু দ্রোণনা পাণ্ডব মঙাবু য়াম্না লুনা লৌদুনা খুৎলায় তম্বীখি, অদুগা অর্জ্জুনবু মানা হেক পোকচবা মচানুপা অশ্বত্থামামক্তগীসু হেন্না নুংশিবীখি। মদুদা দুর্যোধননা চিংনখিদবা নত্তে। অদুগা মহাক্লা পাণ্ডবগী ভীম অমসুং অর্জ্জুনগী অকনবা মপাঙ্গল, অথৌবা মথৌনা অমসুং হৈশিংবা মতৌদু খঙলম্মী। মহাক্লা মরুওইনা ভীমবু মতম পূম্বদা কল্লক-য়েংথীরম্মী মরমদি মহাক্লা শিবা তারবদি ভীমতনা মাবু হাৎকনি হায়বসি মহাক্লা নীংথিনা খঙলম্মী। অদুবু মহাক্লা আশা তৌখিবদি ভীষ্ম য়াওরিবনিনা কৌরবনা লান্দা মায়পাকপা য়াই হায়বসিনি। ভিষ্ম অমসুং দ্রোণ অনীনা মায় ওন্সিন্দুনা লাম্ভেংনরবদি লাল জয় ওইবদি শোয়রোইদ্রা হায়নসু মহাক্কী ৱাখলদা খনখি।

অদুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবকী মায়কৈদা লৈশ্রবদা করম্না কৌরবনা জয় ওইবা ঙমগনি? মীওইবগী তৌবা ঙম্বা শক্তিদি ঙমখৈ নাই, অদুগা ঈশ্বরগীদি মদু নত্তে। ইবুংঙো মহাক্কীদি নীংবু নীংশ্রবদা থবক তৌরে অদুগা তৌবা ঙমদবা থবক অমতসু লৈতে। ধর্ম্মনা লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈ। ধর্ম্মনা জয়নি। মরম অদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লৈরু-লৈরুবা মফমদা জয় লৈগনি। অদু ওইরবদি ইবুংঙো মহাক্লা মীচঙ চঙদবা পাপী দুর্য্যোধননা জয় ওইবগী ৱা লৈতে। পাণ্ডব মঙাগী যুধিষ্ঠিরদি ধর্ম্মরাজনি,ধর্ম্মনি। ভীমনা ধর্ম্মগী পাঙ্গল য়াম্না কনবা মনাওনুপানি,

ধর্ম্মগী পাঙ্গলনি। ময়াম্বুং ধর্ম্মরাজগী য়াথং লৌরগা অধর্ম্মবু মাঙহনবা ঙম্বা কল্লবা ভীমনি। অর্জ্জুননা পাণ্ডব মঙাগী অহুমশুবা মনাওনুপানি। অর্জ্জুনদি মক্রবা সত্ত্বগুণগী মশক্তি। মহাক্তী ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনীংঙাই ওইবা পোৎশিং মাঙখিগনি অমসুং লাল তৌনবদা মায়থীবা ফংলক্কনি হায়বগীদমক্তা ৱাবীখিদে। মহাক্তী ইন্দিয়শিংবু খুদুমচনবা ঙমখিবা মীশক্তি অদুগা গুড়াকেশ হায়বা মিংথোলদুবুসু ফংখিবনি। ভগবান শীকৃষ্ণনা ইন্দ্রিয় পূম্বদা ফম্বাল লাঙবীরিবা হৃষীকেশ হায়বদুনি। কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা অনীমক অমনা গুরুগুম অদুগা অতোপ্পা অদুনা শিষ্যগুম দোলাই মশা অমতদা তোংমিন্নখি। ধর্ম্মবু পুখৎনবা অদুগা অধর্ম্মবু মাঙহন্নবা শিষ্যবু গুরুনা তাকপী-তম্বীখি।

মীগী লম্বুম মুনবা নৎত্রগা হূরানবা, মীগী লৌরী-য়ুম্ফম কাদা শোকপা, মীগী নুপীগী কাদা শোকপা, মীঙোন্দা শিবা য়াবা খুৎলায়না থাবনচিংবা অচৌবা পাপকী মশক ওইবা থবকশিং তৌবা মীফত্তশিংবু হাৎপদা পাপ পুদে হায়না অর্থশাস্ত্রনা হায়, অদুগা ধর্ম্মশাস্ত্রনদি *অহিংসানা পরম ধর্ম্মনি, গুরুনচিংবা হাৎহৈদে অমদি পাপনা পাপকী লমন শিংহৈদে* হায়বনচিংবা হায়রি। ধর্ম্মশাস্ত্রনা অর্থশাস্ত্রদগী মতীক-মগুণ য়াম্না হেল্লি। অর্জ্জুননা মহাক্কী মরী-মতাশিংবু হাৎনীংদবতা নত্তনা মহাক্কী য়েক্লবশিংফাওবসু হাৎনীংলকখিদে। মহাক্কী থম্মোয়দা পোকখ্রিবা মীনুংশি মখল অদু মরীংজেল ৱাৎপগী মরমনা নৎখিদে। মদুদি *নুংশিহৈবা* হায়বা ঈশ্বরগী অশেঙবা ভক্ত অমগী গুণদুনি। ঈশ্বরদা চঙজরবা ভক্ত অমনা মরাললৈবা মীগী মথক্তা লমন খুন্নীংদে, অদুগা ঈশ্বরনদি ফত্তবা মীশিংনা মনাই ভক্তদা অকায়বা তৌরকপা মতমদা খাঙবা ঙমদে। শ্রীভগবাননা ইবুংঙো মশামক্তা অকায়বা তৌরকপা মীশিংবুদি ঙাকপীবা ঙমই, অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী ভক্তশিংগী মাঙননবা তৌবা মীশিংবুদি ঙাকপীদে। ইবুংঙো মহাক্লা মহাক্কী ভক্তশিংবুদি য়াম্না নুংশিজৈ। অর্জ্জুননা মখোয়গী য়েক্লবশিংবু ঙাকপীনীংলবসু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনদি মখোয়বু হাৎলগে হায়দুনা পূক্লিং চপ য়ুংনা নীংখ্রবনি।

ভক্তনা ভগবানগী অনীংবা মতুংইন্না থবক তৌই। অর্জ্জুননা মখোয়গী য়েক্লবা কৌরব মচিন্মনাওশিংগী মথক্তা লাল তৌররোই হায়না হায়খিবদু মহাক্লা শ্রীভগবানগী অচৌবা ভক্ত অমা ওইখিবদগী মবুক পেখরকখিবগী ৱানি। শ্রীকৃষ্ণনা

মদুমা তৌ হায়রকখিবদা খক মায় হায়খিদবা অশেঙবা ভক্ত অর্জ্জুননদি শ্রীভগবানগী অনীংবা অদু পাঙথোকপদা খুৎলায় অমা ওইখি। শ্রীভগবানগী য়াথং মতুংইন্না মহাক্না মী হাৎপগী থবক তৌখিবদু মহাক্না মী হাৎপগী পাপ পুখিদে। লান্মী অমনা মকোক থোংবা অঙম্বা অমগী য়াথং মতুংইন্না মী হাৎপগী থবক তৌবদা মহাকপু মী হাৎপগী দণ্ডি পীরোই।

ধর্ম্মনা জয় ওই হায়বসি চুম্মি। পুণ্যগী মশক ওইরবা শেংলবা লানফম কুরুক্ষেত্রদা পাণ্ডব অমসুং কৌরবকী লান্মী তেঙ্গোল অনীনা লালগীদমক্তা পৈনরম্মী। মতাং অদু য়ৌরবফাওবদা পাণ্ডব মচিম্মনাও মঙাগী অহল ধর্ম্মরাজ যুধিষ্টিরনা খুদক্তা মহাক্কী খোঙউপ অমসুং লালগী হক্কন-ফুরীৎ লৌথোক্লগা য়েক্লবা কৌরবকী লান্মী তেঙ্গোলবু ঙাকশেনখিবা মবুধৌ ভীষ্মগী মনাক্তা চঙশিনখি। মদুবু দুর্য্যোধননা উরম্মী। মদু উবদা মহাক্না অদুক্কী মতীক নুংঙাইজরম্মী মদুদি ধর্ম্মরাজদি ধর্ম্ম লৈবনিনা লাঙ্গোক্লরগা ঈহিং-নাহিং তাহনবা পামদবদগী কৌরবতা চঙজরক্লবনি হায়না মহাক্না লান্না খল্লম্মী। ধর্ম্মরাজগী মনাও মরিদুনসু য়াম্না ঙক্লম্মী।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী দোলাই মথক্তগী ফীভম মতা অদুবু য়েংলম্মী। মহাক্না ধর্ম্মরাজগী মনাও মরি অদুদা ময়াম্বগী মতুং ইল্লু অদুগা মহাক্না তৌ হায়বমখৈদু তৌ হায়না পাউমেল্লকখি। ধর্ম্মরাজদি ধর্ম্মগী শাবাল্লবা ফীভম অদুমক ওইরম্মী। মহাক্না অচুম্ববু খঙলম্মী অদুগা লাক্লীং-লাক্লীংবা ফলশিং লাকচরবসু মহাক্না অচুম্বনি হায়না খল্লবা থবক অদুদি তৌরম্মী। ধর্ম্মবু ইল্লিবা মীশিংবুদি ধর্ম্মনা কনবীগনি হায়বসে মহাক্না খঙলম্মী। মহাক্না বেদনা য়াদবা থবক অমতা তৌখিদে। ভীষ্মগী মমাঙদা খুৎ লোন্নরগা লেপ্তুনা মকোক-নোল্লগা ধর্ম্মরাজনা মবুধৌ ভীষ্মদা হায়জরকখিঃ *ঈবুধৌ! ঈপাগী নুংশিবা ফংবগী তাক্সা অদু ঐখোয়দি ফংজহৌদ্রবনি, ঈপাদি য়াম্না ঙম্না শিখিদো! ঈবুধৌনা ঐখোয়বু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না নুংশিনা অমদি চোকশিন্না য়োকপীরকপনি অদুগা ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক ওইরিবসিসু ঈবুধৌনা ওইহনবীরকপনি। ঈবুধৌগী মায়োক্তা ঐখোয়না লাঙ্গোক্লবগী হক লৈতে, অদুবু বিধীনা তক্লকপনা হৌজিক্তি ঈবুধৌখোয়গা ঐখোয়গা লাঙ্গোক্লবা তারেদো! ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু। হৌজিক ঈবুধৌগী মায়োক্তা খুৎলায় থাঙ্গৎনবগী য়াথং পীনবীরো।*

ধর্ম্মরাজগী নোল্লুকপা মতৌ অমদি ধর্ম্মবু উরগা ভীষ্মনা অঙকপা ফংনা নুংঙাইজরম্মী অদুগা বিধীনা তন্নকপা থৌদোক অদুবু খন্থুরুরগা মহাক্কী মমীত্তা মপি শীন্থুরকখি। অদুদগীদি মহাক্না ধর্ম্মরাজদা বর অসুম্না পীবিরকখিঃ *ধর্ম্মরাজ! নহাক্কী মতম পুন্নমক্তা অমদি ফীভম পুন্নমক্তা ধর্ম্ম কায়দবনি। কয়াদা ফজখ্রবা খুদম অমা নহাক্না তাইবঙ-সংসার অসিদা থম্লম্লবনোদো! নহাক্না চৎলিবা ধর্ম্ম অসিমক্না নহাকপু লান্দা মায়পাকহনগনি।*

মতুংদা ধর্ম্মরাজনা পাণ্ডব অমসুং কৌরব অনীমক্কী মচিন্মনাওশিংবু লীরুং-তেন কাপ্পগী মহৈ তম্বীরকখিবা গুরু অদুগা মতম অদুদনা কৌরব লান্মী-তেঙ্গোলগী সেনাপতি ওইরিবা দ্রোণগী মখোঙদা তুরগা হায়জরকখিঃ *ঈকাইখুম্নবদা খাইদগী হেন্না মতীক চারবা গুরু! মতৌ করম্না ঐখোয়না গুরুগী মায়োক্তা খুৎলায় পায়খত্তুনা লান্সোক্লগদগে? অদুবু মতমনদি থাঙ্গৈশেংনমক শেরাম্নমনা চৎখ্রেদো! অরাম্বা অসিগীদমক্তা ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু। হৌজিক্তি গুরুখোয়গা ঐখোয়গা লান্সোক্লবগী অয়াবা অদু পীনবিরো।* ধর্ম্মরাজনা অদুম্না থৱায় য়াম্না য়াওনা হায়জরকপদুদা গুরু দ্রোণগী থম্মোয়দু পেথখিরম্মী। গুরু দ্রোণনা খন্থুরকখিঃ *আঃ কয়াদা মতীক চাখ্রবা অমদি ফগ্রবা ধর্ম্মরাজনোসে! লান্সোক্লরমদাইগী মীৎকুপ অসি য়ৌরবফাওবদা মহাক্না ধর্ম্মগী পাউতাকশিং অদুবু চপ-চানা ইল্লি।* ৱাখল অদু খন্থুরুবদা গুরু দ্রোণগী তু খ্যাও খ্যাও চুংলম্মী। মহাক্না ধর্ম্মরাজবু চেজেৎ-কোন্সিল্লম্মী অদুগা হায়রকখিঃ *ঈচানুপা! ঐহাক্না নহাকপু ঐহাক ইশামক্কী ঈচানুপা অশ্বত্থামাদগী হেন্না নুংশি। ঐহাক্না ইথৌ অমা ওইনা ঐগী ঈচানুপা অশ্বত্থামাগা লৈমিন্নবগী রাদনি, অদুবু নুংশিবগী থৌরীনদি ঐহাকপু নখোয়রোমদা চিংশিল্লি। নখোয় পুন্নমক ঐহাক্কী ঈচা ঙাক্তেনি, মরমদি ঐহাক্না নখোয়বু নুংশি। নহাক্কী ধর্ম্মনা জয় ওইগনি। জয় ওইরো।*

কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা কৌরবপু পাণ্ডবনা মায়থীবা পীখি; অধর্ম্মবু ধর্ম্মনা মায়থীবা পীখি। পাণ্ডবনা লান্দা জয় ওইখিবসে ধর্ম্মগা শম্নখিবদগীনি। ধর্ম্ম লৈফমদা ঈশ্বর লৈ। ঈশ্বরনা তৌবা ঙমদবা অমতা লৈতে। ❑

# ১২। স্থিতপ্রজ্ঞ

তাইবঙগী অৱা-নুংঙাই, অঙৈং-অশা, পাম্বা-পামদবা হায়বনচিংবা লৈরিবশিং অসিদগী লাম্থোক্নে হায়ববদি নিষ্কাম কর্ম্ম তৌদুনা মুক্তি ফংনবা থিবা তাই। কর্ম্ম-যোগী অমনা মাগী তৌরিবা থবক অমসুং থবক্কী ফলশিং অদু ঈশ্বরদা লোইনা কখোক্লুনা থম্মোয়বু হান্না শেংদোকখিগনি। মহাক্না মহাক্কী থম্মোয়বু শেংদোকপা ঙমখ্রবদি ঈশ্বরগী থৌজাল শোয়দনা ফংগনি অদুগা মদুনা উপায় ওইরগা মহাক্না তত্ত্ব-জ্ঞানদা পূক্নিং লৈতানা লৈবা ঙম্লক্কনি। মহাক্না তাইবঙগী পোৎশিংদা পূক্নিং চঙলক্লোই। মহাক্কী পূক্নিংনা শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অমসুং গন্ধ হায়বা পঞ্চভূতকী লৈক্ষনাশিং অসিদগী হন্দোকপা ঙম্লকই। অদুদগীদি আত্মাগী অশেঙবা শ্বরূপ অদু ঙান্থোরকই। মদু ওইরবদি স্থিতপ্রজ্ঞগী থাক্তা লাক্লে।

স্থিতপ্রজ্ঞদি অপাম্বা পূম্বদগী লাম্থোক্লবনি অদুগা আত্মজ্ঞানখক্তদা লৈবনি। মহাক্না নুংঙাইরিবা মনুংঙাই অদুদি মপান্থোংগী ওইবা পোৎশকর্শিংদগী পোক্লকপা নত্তে। তাইবঙগী ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমনা মঙোন্দা অৱাবা নৎত্রগা নুংঙাইবা মখল অমতা পীবা ঙমদে। মশামক্কী অওইবা মশক আত্মাবু খঙজবা অদুনা মরম ওইরগা মহাক্না মথন্তদা মথন্তনা নুংঙাইজবা অমদি পেঞ্জবা ঙম্লকই। মসিগী নুংঙাইবা অয়ৌবী মখল অসিদি কনামতনা খঙবা ঙম্লোই, স্থিতপ্রজ্ঞ মশা অদুতনা খঙজে। মহাক্কী শেংদোক্লবা পূক্নিংগী মীৎনা ঈশ্বরবু উবা ঙম্মি। তাইবঙগী নুংঙাইবশিংসি মঙোন্দদি করিশু লৈত্রে। নুমিৎনা থোরকপা মতমদা থৱাম্মিচাকশিংগী মশক উবা ফংখিদবগুম মহাক্না স্থিতপ্রজ্ঞ ওইদ্রিঙৈগী মমাঙদা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা থূপ্পুনা লৈরম্বা অপাম্বশিং, অৱাবশিং, চিংনবশিং, অকিবশিং অমসুং খঙদবশিং পুম্নমক জ্ঞানগী নুমিৎনা থোরকপা মতমদা মাঙখি।

বুদ্ধি, পূক্নিং অমসুং ইন্দ্রিয়শিং— মখোয় অহুম অসি অমগা অমগা মতেঙ পাংনরগা থবক পাঙথোকই। বুদ্ধিগী মখা পোন্না থবক তৌরবদি ফৈ, অদুগা ইন্দ্রিয়শিংনা বুদ্ধিগী মখা পোন্দুনা থবক তৌখ্রবদি অৱাবগী মশক্কি। পূক্নিংবু বুদ্ধিগী মখা পোলহল্লবা মতমদা আত্মজ্ঞান ফংনবগী তাঞ্জা ফংলকই, মরমদি বুদ্ধিনা আত্মাগা নক্লনা লৈ। বুদ্ধিনা ৱা লেপ্পগা ৱারেপ অদুবু ইন্দ্রিয়শিংনা পাঙথোক্লবদি,

মখোয়না কৈদৌনুংদসু কাহেনবা ঙম্লোই। জগৎ গুরু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অৰ্জুনদা অসুম্না তাকপীখিঃ *হে অর্জুন, ইন্দ্রিয়শিংবু মপূংফানা খুদুম চল্লু, অদুদগীদি নহাক কিন্নীংঙাই লৈত্রে; মখোয়শিং অদু হূইয়া শত্রোরুবা লিলশিং ওইরে।* অদুবু ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চন্দুনা থম্বা হায়বসিদি অরায়বা থবক অমদি নত্তে। ঈশ্বরবু মতম পুম্নমক্তা কাউদবমখৈ নীংলগা ইবুংঙো মহাক্কী ভক্ত অমা ওইরকপা ঙম্লবদি ইন্দ্রিয়শিংবু ইরায়-লায়না খুদুমচনবা ঙম্লকই। অশেঙবা ভক্ত অমনা হোৎনরুবা নাইদনা মশা মথন্তা অদুম সংসারগী পোৎশিংদা নুংঙাইনীংবা পোক্লক্তদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু মপূংফানা লাকশিনবা ঙম্লকই। মহাক্না পূক্লিং উন-ব্রাইমুক চীক্না পোত্থাবা ফংই, অদুগা মহাক্কীদমক্তদি তাইবঙগী অৱা-অনা পূম্বা কেমদুনা মাঙখি। মদুনা স্থিতপ্রজ্ঞ অমগী খঙনবা খুদমনি।

স্থিতপ্রজ্ঞ অমগী মফমদদি তাইবঙগী অপাম-পামদবা হায়বদু লৈতবা মরমনা মহাক্না আত্মাদগী পোক্লকপা অশেঙবা নুংঙাইবা অদুদা অদুম লূপ্তুনা লৈ। আত্মাগী অপেনবা ফংলবা মী মহাক অদুগী বুদ্ধিদি মতম চুপ্পদা মোং-হাদনা লৈ। সংসারগী অপাম্বা পূম্বনা মঙোন্দা চঙশিল্লক্লবফাওবদসু মপূক্লিং ইহোং হোংদনা লৈবা মীশক অদুনা শান্তিদা অদুম লৈগনি। মহাক্কী অহিং ওইবা মতমদা সাধারন মীশিংগীদমক্তদি অয়ুক-নুংথিলনি। মসিগী নুং-গী অর্থদি ওম্থোক্না নীংথিজে। *তূম্বা* নৎত্রগা *অহিং* হায়বসিদি করিনো? অহিংদা ঐখোয়না তূম্বা মতমদা ইন্দ্রিয়শিংদি পোত্থাদুনা লৈ। *তূম্বা* হায়বা অসিদি ইন্দ্রিয়শিংবু থবক-ইথ্বাঙ তৌহন্দবদগী পোক্লকপা মনুংঙাই অদুবু খঙনৈ। অদুগা *হৌগত্তুনা লৈবা* নৎত্রগা *অয়ুক-নুংথিল* হায়বসিনা করি? অয়ুক-নুংথিলদদি ঐখোয় হৌগত্তুনা থবক-ইথ্বাঙ তৌরগা লৈ। মতম অসিদা সাধারন মীশিংনা মহৌশাগী ওইনা য়াকাইদুনা মীৎকূপ-নাহুম শেন্নরগা লৈ। মখোয়না ইন্দ্রিয়শিংদা মচীঞ্জাক হুল্লি অদুগা ইন্দ্রিয়শিংনা তাল্লক-তাল্লকপশিং অদুগী মতুংইল্লি। মখোয়না হকচাঙগী ব্রাখলদা লূপ্তুনা লৈ। স্থিতপ্রজ্ঞদি অদুম হায়না তৌদে। মহাক্কী আত্মাগী থাক্তা হৌগৎলি অদুগা হকচাঙগী মরমদদি থৌশাবীরুদে। মীচমশিংনা আত্মাগী থাক্তা তূম্মী অদুগা হকচাঙগী থাক্তা হৌগৎলগা মীৎকূপ-নাহুম শেন্নদুনা লৈ। তশেঙনা হায়রবদা মীচমশিংনা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা থিবদা মমীৎ শিংই অদুগা স্থিতপ্রজ্ঞনা আত্মা-নীংবগী মতাঙদা মমীৎ শিংই।

মীচম্না আত্মাগী তত্ত্ব থিবগী মতাঙদা তূম্বগা চপ মান্ননা লৈথোকই অদুগা স্থিতপ্রজ্ঞনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা থিবগী মতাঙদা তূমখুল হুন্দুনা লৈথোকই। অনী অসি ওন্ন-তৈনবনি। মরম অদুনা স্থিতপ্রজ্ঞদি মীচম্না থৱায় য়াওনা শেন্নদুনা লৈরিবা মপানগী ইন্দ্রিয়শিংগী ওইবা সংসারগী অৱা-নুংঙাইসিবু থৌশাবীরুদে। মহাক্না ঈশ্বরগী ৱাখলদা লূপ্তুনা লৈগনি অদুগা ঈশ্বরবু ফংলবদি পূম্নমক ফংলবনি হায়না মহাক্না লৌগনি। ❑

## ১৩। ঈশ্বরগী মঙাল ফংবা

ঈশ্বরগী মঙাল ফংনীংবা মীশিংনা লাইশঙশিংদা নৎত্রগা ধর্ম্মগী ওইবা মফমশিংদা তত্তনা চৎনৈ। অসুম্না ধর্ম্মগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লকপা হায়বা অসিনা পূন্সিগী অশেঙবা পান্দম অদু ফংনবা হোৎনবদা উপায় ওই। ঈশ্বরবু থাজদবা মীশিংনদি ধর্ম্মগী ওইবা অশেঙবা মফমশিং থম্ববু য়াম্না থীনা নিন্দা তৌনবা য়াওই। মদু ধর্ম্মনা য়াফম থোক্তে, ঈশ্বরনা য়াফম থোক্তে। পাপ চেল্লবা ঐখোয়না অদুগুম্বা অশেঙবা ঈশ্বরগী মফমশিং অদুদা চৎলগা ঈশ্বরবু নীংশিংজবা অমদি খূরুমজবা ফংজবসিদি ঐখোয়গী অমোৎপা থম্মোয়বু শেংদোকপদা থোইদোক্না কান্ননীংঙাই ওই। ঈশ্বরবু থৱায়-হকচাঙ য়াওনা তত্তনা নীংদুনা পূজা তৌজরগা ঐখোয়গী থম্মোয়বু শেংদোক্লকই অদুগা মদুনা ঈশ্বরগী মঙাল ফংনবগী পাম্বৈ অমা ওইরকই। কবো-কঙশিংনা পীক থন্না কুপশিন্দুনা লৈবা পৃথ্বী অমগী মনুংদা নুমিৎকী মঙাল য়ৌবা ঙমদবগুম তাইবঙগী অপাম্বা, কল্লক-মিহৌবনচিংবগী কবো-কঙশিংনা থম্মোয়বু কুপশিন্দুনা থমখ্রবদি ঈশ্বরগী মঙাল ফংবা ঙম্লোই।

ঈশ্বরদি অশেঙবনি। অশেঙবগা অশেঙবগা তিন্নগদবনি। ঐখোয়না ঐখোয় ইশা ইশাবু শেংদোক্রিবমখৈদি ঈশ্বরগী অশেঙবা মঙাল অদু ফংবা য়ারোই। কখোকপগা লোয়ননা মতম পূম্নমক্তা থবক তৌরবদি ঐখোয়গী থম্মোয় অসি মশানা অদুম শেংদোকচরক্কনি। ঈশ্বরগা মরী লৈনবা ৱাফমশিংবু তারগা, ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনবু তত্তনা শোল্লগা অমদি ধর্ম্মগী লাইরিকশিংবু নীংথিনা নৈনরগা ঈশ্বরগী মঙাল অদু মমি-শামি ওইনা উবা ফংলক্কনি।

বেদগী ওইবা থোইদোক্লবা মহৈ-মশিংনা নৎত্রগা ধর্ম্মগী ওইবা লাইনীংনা নৎত্রগা তপস্যাগী খম-থেংবা মতৌনা ফংবদা ব্রারবা ঈশ্বরগী অশেঙবা মঙালবু ভক্তশিংনদি ফংই। অশেঙবা ভক্তশিংনা ঈশ্বরখক্তবু উই, অদুগা মখোয়না তৌজবা থবক হেক মখৈ ঈশ্বরবু পূজা তৌজবনি হায়না খল্লগা তৌই। মখোয়গী মীৎতা ঈশ্বরগী মঙাল নত্তনা অতোপ্পা অমতা উদে, অদুগা মণাকোঙনসু ঈশ্বরগী ব্রাখক্তবু তাই। অদুগা মখোয়গী ব্রাখলসু ঈশ্বরগী ব্রাখল নত্তনা অতোপ্পা অমগী ওইদে। মতম অমসুং মফম পূম্নমক্তা মখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনতমক শোঞ্জে। অসিগুম্বা ভক্তশিং অসিদদি ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালগী মতেঙখক্তনা ফংবা ঙম্বা *লৌশিংগী মীৎ* অদু পীনবী, অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী ইরং-লংবা মঙাল অদুবু উহল্লি। মরুওইনা হায়রবদা কলি যুগ অসিদদি ভক্তিগী লম্বীদা চৎলগা ইবুংঙো মহাক্কী মঙালবু উবা ফংগনি।

মীওইবা ঐখোয়সে জীব অতৈদগী থোইদোক হেন্দোক্লা লাইবক ফরবা জীবশিংনি। মীওইবনা আত্মাগী জ্ঞান ফংলগা ঈশ্বরগী মঙালবু মশক খঙবা ঙম্মী। মালেমসিগীদা নত্তনা মরোল পূম্নমক্কী ব্রাখল লাকশিনবা ঙমহল্লিবা অমসুং ঈশ্বরগা আত্মাগা লৈনরিবা মরীবু খঙহল্লিবা হায়বদি ঈশ্বরনা আত্মাগী মশক লৌদুনা জীব খুদীংমক্কী থম্মোয়নুংদা লৈবীরি হায়বা অশেঙবা ব্রাখল অসিবু পোকহল্লিবা পূম্নমকসে ধর্ম্মগী মতেঙননি। জীব পূম্নমক্কী অব্রাবা অমদি খুদোংথীবা পূম্নমকপু মায়পাক্লা থেংননবগী মরুদ-মরুওইবা খুৎলায় ওইরিবা ধর্ম্মগী মতেঙবু লৌরগা ঈশ্বরগী মঙাল ফংগনি। ধর্ম্মগী মতুংইন্নদি ঐখোয়বু ব্রাহল্লগা ইবুংঙো মহাকপু নীংশিংহন্দুনা করিগুম্বা অফবা পঙ্থুং অমদা ঐখোয়বু পুবীনবগীদমক্তা ঈশ্বরনা অফবা থৌরাং অমা তৌবীবনি। ঐখোয়না য়াম্না ব্রারবা মতমদা ঐখোয়গী থম্মোয়সে অদুম শেংদোরক্তুনা ঈশ্বরবু তশেংনা নীংশিংলকই। ঈশ্বরবু নীংশিংবা ঙম্বা হায়বসিমক ঈশ্বরগী মঙালবু মমি-শামি উবা ফংলক্লবনি।

মমাংঙৈদা য়াম্না ফজরম্বা মালেমসি হৌজিক্তি অসুম অসুম মমশিল্লক্তুনা মশক থীজিল্লক্লে। হৌজিক্কী মতমগী মী ঐখোয়সে পূক্লিংগী পোলেপফম খঙদদুনা য়াম্না চমম্লরে, তৌফম খঙনদ্রে, অদুগা আশাগী মমি শাল্লক্লে। মসিগী মরমদি ঐখোয়না তুং-কোইদবা হকচাঙগী নুংঙাইনবতা খল্লুবা, আত্মাগী নৎত্রগা ঈশ্বরগী

ৱাখল অমতা তৌরুদবা অদুগা ঈশ্বরগী মঙালদগী অসুম অসুম লাপথোরকপদগীনি। ঐখোয় পূম্নমক্না মপোক অমদগী মপোক অমা লান্না পাপ লেপ্তুনা তৌরক্নি। ঐখোয় পূম্নমক পাপী ঙাক্তনি। তৌবতবু পাপ চাউনা তৌবা অমদি পাপ পীক্না তৌবা হায়বগী ৱাদনি। পাপতি অমম্বনি, মায়াগী মশক্নি। ঈশ্বরনা অমম্ববু কোকহনবা ঙম্বা অমদি মায়াবু লাকথুবা ঙম্বা মঙালগী মশক্নি। মরম অদুনা ঐখোয়গী অমম্বগী মশক ওইবা পাপ অদুবু কোকচগে হায়রবদি ঈশ্বরগী মঙালবু ফংবা ঙম্নবা হোৎনবা দরকার ওইরকই। মঙাল লৈবা মফমদা অমম্বা লৈতবগুম, ঈশ্বরগী মঙাল লৈবা মফমদা পাপ লৈরোই।

ঈশ্বরগী মঙাল ফংননবা হোৎনবা তারবদি শাগী লম্বীদা অকিবা লৈতনা চৎকদবা নত্তে, ঈশ্বরগী লম্বীদা অকিবা লৈতনা চুমদ্রিং চুম্না চৎলগতা ইবুংঙো মহাক্কী মঙাল ফংগনি। ঈশ্বরগী মঙাল ফংলবদি পাপকী অমম্বা কোকখিদুনা ঈশ্বর ফংগনি। ঈশ্বরগী মঙাল ফংননবা হায়দুনা ঐখোয়না লাপ্না চৎলগা থিরুগদবা নত্তে। পোৎ অমা থিবা তারবদি পোৎ অদুগী লৈফম অদু হান্না খঙদোক্কনি। জীব খুদীংমক্কী থম্মোয়নুংদা ঈশ্বর মশামক্না আত্মাগী শক্লোন লৌদুনা ঙাম্থোইরি। পূম্নমকপু নুংশিরগা ঈশ্বরগী মঙাল ফংগনি।

টুকারাম হায়না কৌবা ঈশ্বরগী মঙাল ফংলবা ভক্ত অমা লৈরম্মী। মহাক্কী লম খর লৈরম্মী। মহাক্না লম অদুদা চু-পাম্বী খর থারম্মী। চু-পাম্বীশিং অদুনা মপূং-মরৈ ফারক্তুনা মখোয়বু য়াল্লগা যুমদা পুশিল্লক্লবগী মতম য়ৌশিল্লক্তুনা মহাক্না নোংমগী নুমিদাংৱাইরম অমদা চু ষণ-গাড়ী মপোৎ অমা য়াল্লগা ষণ-গাড়ীদা হাপ্তুনা মযুম্লোমদা পূরক্লম্মী। লম্বীদা খুঙ্গং অদুগী অঙাংমচা ময়াম অমনা ষণ-গাড়ী অদুগী অকোয়বদা ক্রক-ক্রক ইন্নবমখৈ কোয়শিল্লম্মী অদুগা লাউনরকখিঃ *ঈপু! ঈপু! ঐখোয়দা চু অমমম পীয়ু!* টুকারামদি অশেঙবা ভক্ত অমা ওইবনিনা মী পূম্নমকপু নুংশিরম্মী অদুগা থোইদোক হেন্দোক্না মরাল লৈজদবা অঙাংশিং অদুবু মচাদ-মচাদৌনা নুংশিজখি। মহাক্না অঙাংমচা খুদীংমক্তা চু অমমম পীখিরম্মী।

মহাক্না যুম য়ৌরকপা মতমদদি মহাক্কী ষণ-গাড়ী অদুদা চু অমখক্তং য়াওরম্বা থেংনখি। মহাক্কী নুপীনা থোঙজিন্দা লেপ্তুনা মহাকপু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী মপুরোইবনা চু গাড়ী মপোৎ অমা পুরক্কনি হায়বদুনা মহাক্কী আশা ওইরম্মী।

ষণ-গাড়ী অদুদা চু অমখক্তং য়াওরকখিবদু উবদা মহাক্কা মহাক্কী মপুরোইবা টুকারামদা য়াম্না শাউনা য়েংলম্মী অদুগা খোল্লাউ থীনা লাউরকখিঃ *নহাকপু ঙাওরব্রা? নহাকপু নয়ুমদা নুপী-অঙাংশিং লৈরি হায়বসে কাউরব্রা? নহাক্কা চু-গাড়ী মপোৎ অমা অঙাংমচাশিংদা লেম্না পীথোকখ্রবকো। নহাক্কা ঐবুসু নচাশিংবুসু লোইনা শিব্রো হায়রবনিনে, নৎত্রা?* নুপী অদুনা লেমহৌবা চু অমখক্কু লৌরগা মহাক্কী নুপাদা ফূরম্মী। চু অদু মতেক অহুম থোক্কা তেকখিরম্মী। টুকারামনা য়াম্না হরাওনা লাউরকখিঃ *ঐগী নুংশিরবী ইবেম্মা! নহাকসে কয়াদা হৈ-শিংখ্রবনোসে! নহাক্কা ঐহাক্কী সমস্যা কোক্নবগী পান্থে অমা পীবিরে, য়াম্না নুংঙাইরে। ঐহাক্কা চু অমখকসিবু নহাকনে অদুগা ঐখোয়গী ঈচা অনীদুনে নখোয় অহুমদা মতৌ করম্না য়েন্থোক্কদগে খনবদা য়াম্না রারম্বনি। হৌজিক্তী চু মতেক অহুম লৈরে, নহাক্কা অমা লৌব্রো অদুগা ঐখোয়গী ঈচা অনীদুদনা লেমহৌরিবা চু মতেক অনীদু লৌরসনু।* মদুনি ঈশ্বরগী মঙাল ফংলবা ভক্ত অমগী মতৌ-মগুণ হায়বদো— *পুন্নমকপু মপুংফানা নুংশিবা অমদি মহাকপু মাঙননবা তৌরকপা মীফাওববু নুংশিবা।*❑

# ১৪। প্রার্থনা তৌবগী কান্নবা

ঈশ্বরনা ঐখোয়গী অশেঙবা ঈপানি, ঈমানি, মরী-মতানি অমসুং মরূপনি। ঐখোয়গী নক্লবা মীশিং অসিদি মশা মশামক ফাওবা করিং করি তৌসিগে হায়বফাওবা খঙদবমখে লৈরিবনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মতেঙ য়াওদনা হিংবা ঙম্লোই। মরম অদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু কাউবা য়াদে, ঈশ্বরদা হায়জদবা য়াদে। ঈশ্বরদা হায়জবা হায়বা অসি প্রার্থনা তৌবনি। প্রার্থনা য়াওদনা ঐখোয়না হিংদুনা লৈবা ঙ্গাগনি। প্রার্থনানা ঐখোয়গী পূন্সিগী য়াঙলেন-শরূনি।

প্রার্থনা তৌবদা থম্মোয় য়াওনা তৌদ্রবদি প্রার্থনাগী কান্নবা ফংলোই। ঙ্গাহে য়াওদনা থম্মোয়না প্রার্থনা তৌবনা য়াম্না থোইদোক-হেন্দোক্কা ফৈ। মরোল থোক্তবা মীনা প্রার্থনা তৌবদি থম্মোয়না তৌবনিনা ঈশ্বরনা নীংথিনা লৌবী।

থম্মোয়গী প্রার্থনানা পূক্লিংগী শান্তি পী অদুগা তাইবঙ সংসার অসিদা লৈনা লৈনা মীওইববু নুংঙাইনা অমদি শান্তি ওইনা লৈহল্লি। অদুগা প্রার্থনা তৌদবা মীশিংনা ব্রানা লৈগনি অদুগা অতোপ্পা মীশিংদসু অব্রাবা কয়া পীগনি। প্রার্থনা তৌবা হায়বা অসিদি থম্মোয়গী থবক্নি, চীনগী থবক নত্তে। হূনা পীক থন্না লৈবা থম্মোয়দগী লাকপা প্রার্থনানা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংহনবা খক ঙম্লোই। মরম অদুনা থম্মোয়গী অমোৎপশিং অসি হান্না শেংদোক্লবা মতুংদা প্রার্থনা তৌগদবনি।

প্রার্থনা তৌবা হৈনবা মীদি কৈদৌনুংদসু অয়ম্বা ওইদে, মরমদি প্রার্থনানা মঙোন্দা কনামতনা পীবা ঙমদবা শক্তি, পাঙ্গল অমসুং পূক্লিং লৈতানা লৈবা মতৌ অদু পী। ঐখোয়না তুং-কোইদবা হকচাঙগীদমক্তদি নুমিৎ খুদীংগী চীঞ্জাক পীরি। আত্মা য়াওদ্রবদি হকচাঙ মাঙখিগনি, অদুবু আত্মাদি হকচাঙ য়াওদ্রবসু অদুম মাঙদনা লৈগনি। হকচাঙদগী য়াম্না হেন্না মরুওইবা আত্মাগী চীঞ্জাক্কী প্রার্থনানি। মরম অদুনা য়ামদ্রবদা অয়ুক অঙনবদা চারা ব্রালহনবা ওইনা অমুক, নুমিৎ-য়ুংবগী অদুব্রাইদা চাকলেন চাহনবা ওইনা অমুক অদুগা তূন্নমদাইদা তূন্নমদাইগী চারা চাহনবা ওইনা অমুক তঙায়ফদনা আত্মাগী চীঞ্জাক পীজবা ওইনা প্রার্থনা তৌফম থোকই।

তূম্বা হায়বা অসিদি শিবা হায়বদুগী মনাও-নুপানি। তূন্নম্বদগী হৌগৎলকপা হায়বসিনা শিরুবদগী অমুক হৌগৎলকপগুম্বনি। অয়ুক অয়ুক্কী তূম্বা হৌগৎলকপা নুমিৎ খুদীংদা নুমিৎ অদু ঈশ্বরগী সেবাগীমক্তা মপূংফাবা নুমিৎ অমা ওইহনবীয়ু হায়দুনা ঈশ্বরদা হায়জগদবনি। অয়ুক অঙনবগী প্রার্থনা অদুদা *নোংমদুগী অচুম্বা রাখল খঞ্জগে, অচুম্বা রা ঙাঙজগে অদুগা অচুম্বা থবক তৌদুনা ঈশ্বরগী সেবা তৌবা ঙমজগে* হায়দুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরগা নোংমদুগী থবকশিং তৌবা হৌরবদি মদুনা আধ্যাত্মিক্কী লমদা য়াম্না কান্নবা ওইগনি। অদুগা তূম্মমদাইদনা অমুক *ঐহাক হৌজিক শিগদৌরবনিনা, ইবুংঙো নহাক্কী নতম্বাক্তা হিপ্লবনি, ননাই ঐহাক্কা লানখিবা পূন্নমক ঙাকপীয়ু* হায়দুনা প্রার্থনা তৌরবদি মদুনা আত্মাগী য়াইফবা হায়বদু ওইগনি।

প্রার্থনা তৌবগী পান্দমদি ঈশ্বরবু থাগৎপা নত্তে, ঐখোয়দা লন্থুম, সম্পত্তি, মিংচৎ, ফম, ইজ্জৎনচিংবা পীবিয়ু হায়জবা নত্তে; ঐখোয়গী পূক্লিংবু শেংদোকচবা

ওন্থখক্কুনি। পৃক্লিং শেংদোক্লবা হোৎনরকপা মতম অদুদা ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ঈশ্বরনা আত্মাগী মশক লৌদুনা লৈ হায়বসি খক কাউরোইদবনি। প্রার্থনা তৌবা হায়বা অসিদি ঈশ্বরবু য়ৌনা থাজবগী থবক্কুনি। তুমিন্না তৌবা প্রার্থনানা অফোওবা প্রার্থনাদগী মপাঙ্গল কনবা হেল্লি। ঐখোয়না চীন্দা ঈশ্বরদা হায়জবগী ৱা লেপ্তুনা ঙাঙলগা প্রার্থনা তৌরবদি থম্মোয়নুংদগী থোরকপা পীকপদগীসু হেন্না পীক্লবা ঈশ্বরগী খোঞ্জেল অদু তাবা ফংলোই। ব্রত তৌরগা প্রার্থনা তৌবদি য়াম্না কান্নে অমসুং ব্রত তৌবগী অৱাবা অদু খঙদে। অদুগা প্রার্থনা তৌদনা ব্রত তৌবদি য়াম্না ৱানা থোকই। প্রার্থনা তৌবসি পোৎলূম অমনি হায়না ঐখোয়না লৌরবদি ঐখোয়না প্রার্থনা তৌরুবগী কান্নবা করিমতা ফংলোই।

ঈশ্বরনা ঐখোয়দা প্রার্থনা তৌদবা য়াদে হায়দে। অদুবু ঐখোয়গীনি হায়না খঞ্জরিবা পোৎশিং অসিদি ইবুংঙো মহাক্না পীবিবনিনা ইবুংঙো মহাক্কী লমন ঐখোয়দা অঙকপা ফংনা তোল্লি। মসিগী তৌবীমল উৎপা ওইনা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু মতম লৈবা খিবিক্তা কাউফম থোক্ত, অদুগা তত্তনা প্রার্থনা তৌফম থোকই। প্রার্থনা তৌবা হায়বা অসিদি মীৎ উইশিল্লগা অমদি ণাকোঙ মেনশিল্লগা ঈশ্বরগা ৱা তান্নবনি। তাইবঙগী পোৎশিং অসি উরগা অমদি সংসারগী ওইবা মপানগী ৱাশিংসি তারগা ঐখোয়গী লাকঙম-ফাঙমদ্রবা পৃক্লিং অসিনা ঙাওরক্কুনা ঈশ্বরদা লেঙদনা লৈবা ঙম্লক্তে; মরম অদুনা ঐখোয়না প্রার্থনা তৌবা মতমদা মীৎ উইশিনগদবনি অমসুং ণাকোঙ মেনশিনগদবনি। প্রার্থনা তৌবা মতমদা মপানগী ৱাখল পোল্লকপা য়াদে, তাৎ তৌবা য়াদে। ঈশ্বরদগী পৃক্লিং চোয়খিদনবা তাইবঙগী মীৎ-ণাকোঙ খুমজিল্লগা জ্ঞানগী মীৎ-নাকোঙ শীজিন্নরবদি ঈশ্বরবু উরক্কুনা ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা থম্বা ঙম্লক্কনি।

অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা প্রার্থনা তৌবগী কান্নবা উৎপা ৱারী অমা লৈঃ খুঙ্গং অমদা পুরোহিত অমা লৈরম্মী। মহাক্না নুমিৎ খুদীংগী য়ুমগী লাইখুরুমশঙ অদুদা লাই সেবা তৌরম্মী। নোংমদি মহাক্না লাইসেবা তৌবগী থবক অদু মহাক্কী পীক্লিবা মচানুপা অদুদা তৌ হায়না শীন্নরম্লগা চখোকপা তারম্মী। মহাক্না চখোক্লমদাইদা মচানুপাদা অসুম্না হায়রম্মীঃ *ইবুংঙো, ঐহাক্না নুমিৎ খুদীংগী লাইদা লুক কৎপদৌনা নহাক্সু কৎলম্মুকো, অদুগা কৎলিবশিংদু লাইনা*

*লৌশিনবীখিগনি।* মচানুপা অদুনা মপাগী য়াথং ইল্লগা নুমিত্তুগী কৎকদবা পোৎলমশিং অদু লাইগী মূর্ত্তি অদুদা কৎলম্মী, লাই অদুনা লুক অদু ফংগদবা (চাগদবা) মতম অদু ঙাইদুনা লৈরম্মী। অঙাং অদুনা মতম কুইনা লাই অদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। লাইনা থোরক্কুনা কৎলিবা লুক অদু শোয়দনা চারগনি হায়বসি অঙাং অদুগী অচেৎপা থাজবনি। অদুবু লাই অদুনদি থোক্লকপা কৌবা লৈখিদ্রে। অদুদগীদি অঙাং অদুনা প্রার্থনা তৌরকখিঃ *হে ঈশ্বর! ইবুংঙো নহাক থোকপীরক্লো, অদুগা ঐনা কচ্চরিবা লুক অসি হাবীররো। করিগীনো ইবুংঙো নহাক্লা হৌজিকফাওবা থোকপীরক্লিবসিবো? ঈপাগী মনাক্তদি ইবুংঙো নহাক্লা লাক্লগা ঈপানা কচ্চবশিং অদুবুদি হাবীখি হায়। ঐঙোন্দদি লাকপীদে, অদুগা ঐনা কচ্চরিবশিং অসিবুসু হাবীদে। ঐনা ইবুংঙো নহাক্কী নফমদা করি লানখ্রবগে?*

লাই অদুনা থোকমল্লক্ত্রবদুদা মহাক্লা মতম কুইনা প্রার্থনা তৌনা তৌনা থম্মোয় শোকপমখৈ কপ্লম্মী। অদুদগীদি মহাক্লা য়েংথোক্লকপদা লাই অদুনা মীগী শওঙদা ফম্লগা মহাক্লা কচ্চরিবা পোৎশিং অদু চারম্মী। লাই সেবা লোইরগা নুপামচা অদুনা লাইখুরুমশঙ অদুদগী হরাও হরাওনা থোরকখি। মহাকপু উবমক্তদা মহাক্কী ঈমুংগী মীশিংনা মঙোন্দা হায়রকখিঃ *লাইগী সেবা লোইরবদি নহাক্লা কৎখিবা পোৎশিং অদু পুথোকরক্লো।* নুপামচা অদুনা খুম্লক্লম্মীঃ *করিনো হায়রিবসিবো? ইবুংঙো মহাক্লা লোইনা লৌশিনবীখ্রেনা (চাবীখ্রেনা)!* মখোয়না য়াম্না ঙকলম্মী অদুগা মঙোন্দা হংলকখিঃ *নহাক্লা হায়খিবদুবো করি হায়বা?* করিমতা লৌথূপ-লৌকোই লৈতনা নুপামচা অদুনা অমুক হায়রকখিঃ *করিনো? ঐনা কচ্চখিবা পূম্নমক ইবুংঙো মহাক্লা লোইনা লৌশিনবীখ্রে, চাবীখ্রে হায়রিবমক্তদা।* অদুদগীদি ঈমুং অদুগী মীশিং অদুনা লাইখুরুমশঙ মনুংদা চঙশিনখি, অদুগা পূখম-তেঙ্গোৎশিং অমদি অতোপ্পা পাত্রশিং অদু হাংদুনা লৈবদু উবদা ঙক্কুনা ৱা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈনখি।

*মসিনি অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা প্রার্থনা তৌবগী কান্নবা হায়বদু।* ❑

# ১৫। শিক্ষা অমসুং আত্মা-বিদ্যা

জ্ঞান হায়বসিদি লাইরিকশিংদগী ফংলকপা জ্ঞান অদু নত্তে; মশা মশামক্তা থেংনরকপা অমসুং থেংনরগা খঙলকপা মহৈ অদুনা খুৎলায় অমা ওইরগা ফংলকপা অদুবুনি। ঐখোয়গী লাইরিক তম্ফমশঙশিংসিদি মীনাইশিং পুথোক্লবগীদমক্তা লৈবা কারখানাশিংনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। স্কুল, কোলেজ অমদি বিশ্ববিদ্যালয়গী শিক্ষানা হৌজিক হৌজিক থবক্তা থবক ওইনা উত্তুনা পূন্সিদা করি কান্নহল্লিবগে? কান্নহনবগী মহুত্তা অমাঙ-অতা কয়া অমা থোকহল্লে। ধর্ম্মবু নৎত্রগা ঈশ্বরবু নৎত্রগা আত্মাবু থাজদবা, মজাতিবু নুংশিদবা, লীচৎ-শাজৎ চুমদবা অমদি হিংন-হিংনা শিরবা মীওইশিংসি লাইরিক হৈরে-হৈরে হায়রিবা মীওইশিংদনা অয়াম্বা ওই। ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইদবা শিক্ষা অদুদি কান্নদবতা নত্তনা পূম্নমক্কী ওইনা খুদোংথীনঙাইনি।

হৌজিক্কী লাইরিক তম্ফমশিংদা তোঙান-তোঙানবা বিষয় কয়া হাংদোক্লবসু বিষয় খুদীংমক্কী য়ুম্ফম ওইরিবা বিষয় অদুগী মরমদদি করিমতা খন্থবিদ্রে। আত্মা-বিদ্যানা শিক্ষা পূম্নমক্কী য়ুম্ফম ওইগদবনি। মসিনা মহাসাগরনি, অদুগা অতোপ-অতোপ্পা শিক্ষা মখলশিং অদুনা মহাসাগরদা চেন্থরক্লিবা তুরেল মচা-মচাশিংগুম্বনি। আত্মা-বিদ্যাগী মরূদ-মরূ ওইবা মচলদি ঈশ্বরবু থাজবা অমসুং কখোকপনি। মালেমদা লৈরিবা সমস্যা ময়াম অসিগী মরমদি ধর্ম্মগী ওইবা মতা অদু লৈতবদগীনি, শিক্ষাদা আত্মাগী জ্ঞান পুরক্লবা বিষয় য়াওদবগীনি।

মহৈরোইশিংনা মখোয় মশা মশাবু নৎত্রগা আত্মাবু থাজবা ঙমগদবনি। মখোয়না মশা মশাবু থাজবা হেক ঙল্লবদি মখোয়না ঈশ্বরবু থাজরে মরমদি মখোয় মশা মশাগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা অত্মাদু ঈশ্বরনি। মশাবু থাজবা হায়বদি ঈশ্বরবু নৎত্রগা আত্মাবু থাজবনি। মখোয়না ফংলকপা আত্মাগী মঙালখক্তনা হৌজিক হৌজিক মীওইবা জাতিদা পীরিবা অৱাবগী চৈথেংশিং অসি কোকহনবা ঙমগনি। অদুবু লাইবকথীবদি হৌজিক্কী মতমগী মহৈরোইশিংনা ঈশ্বরনা পীরকপা শক্তি পূম্নমক পরিক্ষা পাস তৌনবখক্তদা শীজিন্নরে। মদুনা মখোয়দা করি কান্নরিবা? হকচাঙ মাঙহনবা অদুগা মফম খুদীংমক্তা অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা উবা নত্তনা অতৈ করিমতা ওইদে।

হৌজিক্কী মতমগী ওজাশিংসু পরিক্ষাদা করি-করি হংলকপা য়াবগে হায়বদুখক্তদা মহৈরোইশিংগী পূক্লিং চিংশিল্লি। তৌববুদি পূক্সিগী কান্নগদবা বিষয়শিং নৈনবা তারবসু মহৈরোই অয়াম্বনা মদু তানীংদে। মমা-মপাশিংনসু মচাশিংনা পরিক্ষা পাস তৌরকপা অদুখক্তবু খল্লি, অদুগা মচাশিংগী হকচাঙ, লীচৎ-শাজৎ অমদি ৱাখলগী মওঙ অদুগীদমক্তদি থৌশা-ৱাশারুদে। মখোয়দুগা শিক্ষাগা মরী লৈনহন্দে; দেষা-উপায় অমা তৌদুনা পরিক্ষা পাস তৌরগা সার্টিফিকেট ফংবদুখক্তগা মরী লৈনহল্লে। মদুগীসু মথক্তা মমা-মপানা মচাবু অচৌবা মীতমক ওইহন্নীংই, অদুগা অফবা মীদি ওইহন্নীংদে। হৌজিক্তি মালেম অসিদা অচৌ-অচৌবা মী য়াম্না লৈরে, অচৌবা মী শাবা কয়াসু লৈরে; অদুবু অফবা মীদি থিবদা য়াম্না তাঙনা থোক্লি।

লম্বুম লৈরগা লোইরে হায়দুনা ধর্ম্ম য়েংদবমখে মশাগী ওইজবা থিবনা পূক্সিগী য়ুম্ফম ওইনরে, আত্মাবু কাউথোক্লগা ইন্দ্রিয়শিংগী মনাই ওইবনা নুংঙাইবা ওইনরে, ঐ মঙাইরে হায়না উৎপনা হৌজিক মতমগী চৎনবী ওইনরে, নাপলদা তোংদুনা চৎপনা হৈনবী ওইনরে, অদুগা ৱা কন্না ঙাঙবনা অঙম্বা শক্লরে। মখোয়শিং অসিনা মরম ওইরগা মফম খুদীংদা শান্তি লৈত্রে। চিংনবা অমসুং অকিবনা ঐখোয়দা অৱাবা পীরে। থাঙ্গৈশেংনমক হায়রবদা মালেমসিগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসিদি কিনীংঙাইগী মশক ওইরে। ঐখোয়না চৎলু-চৎলুবা অমদি য়েংউ-য়েংউবা মায়কৈশিংদা অকিবগী অকিবা, অৱাবগী অৱাবা অমদি চিংনবগী চিংনবা ঙাক্তা ঙায়খ্রে। য়ুমদবু লৈরবসু মপান্দবু থোক্লবসু অকিবনা নৈশিন-নৈশিন্দুনা লৈরে। অৱাংদবু ওইরো, মখাদবু ওইরো, নোংপোক্তবু ওইরো, নোংচুপ্তবু ওইরো মালেমগী মফম পুম্নমক্তা ধর্ম্মগী মঙাল উরক্রে, অদুগা মীয়াম্না আত্মাবু চারা হেলহল্লগা হকচাঙগী নুংঙাইনবা থিবগী মায়কৈরোমদা ওনসিনখ্রে। হিংসা তৌবা, ময়াইকাবা হীদাক শীজিন্নবা অমসুং অতোপ-অতোপ্পা মখল মখলগী পাপশিং তৌবনচিংবা ময়াম অমা নুমিৎ খুদীংগী হেনগৎলক্লি। পুম্নমক অসি ধর্ম্মনা লৈখা তারকপনা থোকহল্লকপনি। ধর্ম্মবু তঙায়ফদনা য়োকখৎপা দরকার ওইরে। মসিগী ফীভম অসিদা অসুম অসুম চত্থিবা তারগদি মালেমসিদা অশান্তিনা পীক থল্লগনি, অদুগা শান্তি লৈরক্তদুনা মালেমসে লূপখিবা য়াবগী অকিবা লৈ।

মীওইবনা হৌজিক হৌজিক অৱা-অনা কয়া অমা থেংনরিবসিদি আত্মা মশক খঙদবদগীনি, আত্মা-জ্ঞান লৈতবগীনি। ঐখোয়না করিগীদমক্তা মী ওইনা পোক্লক্লিবনো? মীওইবা সমাজগী মনুংদা ঐখোয়গী লৈফমনা কদায়দনো? ঐখোয়না কদায়দা চৎকদৌরিবনো? ঐখোয়গী পুন্সিগী অশেঙবা পান্দম্না করিনো? ৱাহংশিংসিগী পাউখুমশিং অদুনা থূপ্তুনা লৈরিবা জ্ঞান অদুবু য়াকাইহনগনি। অচুম্বমক হেক হায়রবদা মীওইবা জাতি অসিবু মাঙখিগদবদগী কলহৌসি হায়রবদি হৌজিক্কী মতমগী শিক্ষা অসিবু আত্মাগা মরী লৈনবা বিষয়শিংদা খর কন্না মায়ওন্সিনহনবা দরকার ওইরে। লাল-তৌনবা, মীবু কিহনবা, ময়াইকাবা হীদাকশিং শীজিন্নবা, শাথীরবা লায়না কয়া থোক্লকপা, মহৌশাগী খল কায়রকপা, অকিবা থৌদোক ময়াম অমা থোরকপনচিংবা ময়াম অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা ধমকা তৌরিবা সমস্যাশিং ওই। আত্মাদা য়ুম্ফম ওইবা শিক্ষানা সমস্যাশিং অদুবু কোকহনবা ঙমগনি। থৱায়-পানবা পুন্নমকসে অমতনি নৎত্রগা মখোয়দা লৈরিবা আত্মাদু অমতনি হায়বা অশেঙবা ৱাখল অদু ঐখোয়দা লৈরবদি মালেমদা শান্তি লৈগনি।

মীরম্লেনগী পোৎশিং ফংননবা হোৎনবদা মীনা মীবু মাঙহঞ্জরে। তাইবঙগী তুং-কোইদবা পোৎশিংনা ঐখোয়দা শান্তি পীবা ঙম্লোই। মখোয়দি অওইবা নত্তে, মায়াগী পোৎশিংনি-মায়ানি। আত্মাদি অওইবনি। মালেমদা শান্তি পুরক্কে হায়রবদি মহৈরোইশিংগী আধ্যাত্মিক্কী মীৎশিংবু পাঙহল্লগা ঈশ্বরবু চেৎনা থাজহনগদবনি। লেঙলি-পাল্লিবা পুন্নমক অসিগী থৱায়দি ঈশ্বরনি। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয় পুন্নমক্কী ঈমা-ঈপানি। ইবুংঙো মহাকপু লৈত্রবদি জগৎ অসি লৈফম থোক্তে। মরম অদুনা শিক্ষাগা ঈশ্বরবু খঙহনগদবা আত্মা-বিদ্যাগা থাদোক্লবা য়াদে। ❑

## ১৬। *নুংশিবা*

*নুংশিবা* হায়বদু মী খুদীংগী থম্মোয়দা লৈ। ঐখোয়না হেক পোক্লকপদগী ঐখোয়গা লোয়নরক্লবা নুংশিবা হায়বদুবু ঐখোয়দা য়াওরক্রবদি ঐখোয় মী নত্রে।

ঐখোয়দা নুংশিবা মচেৎ অমফাওবা পক্লবদি ঐখোয় শেংদ্রবনি, অদুগা নুংশিবা য়াওদনসু ঐখোয়না হিংদুনা লৈবা ঙম্লোই। নুংশিবা মশক খঙদবা মী অদুদি অশিবা হকচাঙগা চপ মান্নে। অদুগা নুংশিবা য়াওদবা থম্মোয় অদুনা লৈহাও য়াওদবা লমগা চপ মান্নে। কনাগুম্বা মীশক অমনা মহৈ-মশিং য়াম্না হৈবা য়াই নৎত্রগা ফম অচৌবা পায়বা য়াই নৎত্রগা লম্বুম য়াম্না লৈবা য়াই, অদুবু মহাক্কী থম্মোয়দা নুংশিবগী গুণ য়াওদ্রবদি মহাক করিমতা কান্নদ্রে। মহাক পূন্নমক্কী য়েক্লবা ওইরে। মহাক্কী হিংনা হিংনা শিরবনি, মরমদি নুংশিবদি পূন্সিনি।

মীওইবগী পূন্সিদি মাশা অনী পানবা উচেক অমগুম্বনি। মাশা অনীদুগী মনুংদগী মাশা অমনা *নুংশিবা* অদুগা অতোপ্পা মাশা অদুনা *কপ্নোকপা* হায়বদুনি। মাশা য়াওদ্রবা উচেক অদুদি উচেক অমা ওইবগী মতীক-মগুণ য়াওদনা অরেম্বদা চৈতূপ তাবগুম লৈরবনি। *কপ্নোকপা* হায়বসিসু নুংশিবা য়াওদ্রবদি লৈরোই। মরম অদুনা *নুংশিবা* য়াওদ্রবা মী অমগী পূন্সিদি পূন্সি নত্তে, হিংন-হিংনা শিরবনি। মহাক্না ধর্ম্মগী অকারম কাবা ঙমদনা অরেম্বদা লৈখা তাদুনা মাঙগনি।

মীওইবগী পূন্সি অসিদি য়াম্না শেংবা অমদি ফিদম্নফম ওইবা অমা ওইহনগদবনি। ঈশ্বরনা মীওইবদা অঙকপা শক্তি পীবি, অদুবু মীওইবনা পঙবদগী মশাগী পোকপদগী য়াওরক্লবা শক্তিবু খঙজদে। ঐখোয়না জীব পূন্নমক্তা লৈরিবা মান্নবা আত্মা অদুবু খঙননবা লাক্লগদবনি। আত্মাদি অমতনি হায়না খঙবগী অমৃতবু থকপা ফংজরবা মহাক অদুদি জগৎ অসিদা লম্বা লৈত্রে। আত্মা হায়বসিদি অকক্লবা মওঙ অমা নত্তে। মসিদি মপূংওইবা নুংশিবগী মশক অদুনি। ঐখোয়না হায়রিঃ *ঐখোয় শান্তি পাম্মি, ঐখোয় শান্তি পাম্মি।* শান্তিদি স্বর্গদগী থাধরক্কদবা নত্তে। মদুদি নুংশিবদগী লাক্কদবনি। ঐখোয়না অমগা অমগা নুংশিনরবদি শান্তি ফংগনি।

আত্মাগী মূলতত্ত্ব অদু খঙগে হায়রবদি শ্রীরাম মচিন্নুনাওগী নুংশিনবগী ফিদম্নফম ওইরবা ৱারী অমা নীংশিংবা য়াইঃ নোংমা শ্রীরাম মচিন্নুনাও মরিনা অঙাং ওইরিঙৈদা বোলগী মশান্না অমা শান্নরম্মী। শান্নবা অদু লোইরগা শ্রীরামনা মমা কৌশল্যাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লম্মী অদুগা মহাক্কী মতম্বাক্তা পোত্থারম্মী। মহাক নুংঙাইবনা মপূং ফারম্মী। কৌশল্যানা মঙোন্দা মহাক্না অদুক্কী মতীক নুংঙাইরিবদুগী

মরম করিনো হায়না হংলম্মী। শ্রীরামনা খুম্লকখিঃ *ঈমা! ঙসিদি ঈনাও ভরতনা ঐবু মায়থীবা পীরগা জয় ওইখ্রে, মরম অদুদগী ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরে।* রামগী ৱাহৈশিং অদু তাবদা কৌশল্যানা য়াম্না হরাওজরম্মী। ইকুই কুইদনা ভরতসু মমীৎ অনীদগী মখজায়দা মপি শীন্থরগা কৌশল্যাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লম্মী। কৌশল্যানা মঙোন্দা হংলকখিঃ *নহাক্না মায় পাক্লগা নুংঙাইগে-হরাওগেদি হায়দ্রগা করিগীদমক্তা কপ্লিবনো?* ভরতনা মমাদা হায়রকখিঃ *ঈমা! শান্নবা মশাম্না অদুদা ঐহাক শোয়দনা পোরমগনি, অদুবু ঈয়াম্বা রাম মশামক্না মশাবু পোহল্লগা ঐহাকপু অঙম্বা ওইহনখিবনি। ঐহাক্কী ঈয়াম্বনা মায়থীফম থোক্তবদুবু মশানা তৌগে য়াওনা মায়থীহনখিবা অদুদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজদে।*

মচিম্মনাওগী নুংশিনবগী মতৌ অদু কয়াদা ফজখ্রবনো। ময়াম্বনা বোল শান্নবা অদুদা পোজরবফাওবদা মনাওনুপাগী মায়পাকপদু উরগা নুংঙাইজে। মনাও অহুম্মক্না রামগুম্বা ময়াম্বা অমা জগৎ অসিদা ফংবা ঙস্লোই হায়না খনখি। মখোয়না রামগা মতম্ন লৈবা খিবিক্তা লোয়ননীংখি অদুগা মহাকপু সেবা তৌনীংখি। মীওইনা পোক্লবদি মীওইবা পূম্নমক্কা মচিম্মনাওশিংগুম লৈমিন্নগদবনি। মীওইবগী খ্বাইদগী মরুওইবা মথৌদি অমগা অমগা নুংশিননা লৈমিন্নবনি। ঐখোয় পূম্নমক অসি ঈপা ঈশ্বরনা পোকপীবা মচাশিংনি হায়বসি কাউরোইদবনি। পূম্নমক অমতা ওইবগী ৱাখল চেল্লবা মীনা জীব পূম্নমকপু নুংশিরক্কনি। ঐখোয়না য়েক্লবা মী অমা উনবা মতমদা মহাকপু ঐখোয়গী ঈয়াম্বনি নৎত্রগা ঈনাওনি হায়না খল্লগা নুংশিনা কৌবা ঙম্নবা লাক্লগদবনি। মদু ঙম্লবদি য়েক্লবা মী অদুগী থম্মোয়দু পেত্থরক্কনি অদুগা য়েংথীনরম্বা মতৌ অদু মাঙখিগনি। নুংশিবগী শক্তি অসিবু ঐখোয়দা মপূংফানা লৈহল্লবা মতমদা ঐখোয়না জগৎ অসিফাওবা জয় তৌবা ঙমগনি।

থম্মোয়দগী চেম্থোরকপা নুংশিবগী ঈচেলনা থবক্তা থবক ওইনা মীওইবা সমাজদা উৎলক্লবা মতমদা মীবু মী হায়না কৌনরিবনি, মদুমক নৎত্রবদি মীনা মী অমগী মতীক-মগুণ লৈত্রবনি। ৱাহৈনা থুম্লগা থম্মোয়না খারবদি মীওইবনা মীওইবগী গুণ চেন্দ্রে; মহাক্তী শাগী নৎত্রগা হিংচাবগী থাক্তা কুমথখ্রবনি। মী অমা

ওইনা মালেম অসিদা লৈবা তারবদি মী অদুগী ৱাখলদা, ৱাহৈদা অমদি থবক্তা অথুম্বগী অথুম্বা ঙাক্তা ওইগদবনি। মদুনা মী অমা ওইবগী খুদমনি। ঐখোয় নুংশিবদগী লাকপনি, পূন্সি অসি নুংশিবনা পীক থলহনগদবনি, নুংশিবদা লৈগদবনি অদুগা নুংশিবদা হনগদবনি। মদুনা পূন্সিগী অশেঙবা পান্দমনি। জগৎ অসিদা নুংশিবদগী হেনবা করিমতা লৈতে। মী ওইনা পোক্লকপগী মপোকপু পোকঙমদনা পোকপা মপোক্কি হায়নরিবসিদি মীওইবদা নুংশিবগী গুণ লৈবদগীনি অদুগা মীওইবতনা নুংশিবগী মশক ওইরিবা ঈশ্বর ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা য়ৌবা ঙম্বদগীনি। ঈশ্বরনা মরক মরক্তা মালেমদা অবতার তৌবীরক্লিবসিসু ঐখোয় মীওইবদা নুংশিবগী পাউ শন্দোক্লবগীদমক্তনি। ঐখোয়গী থম্মোয়দবু নুংশিবা মপূংফানা লৈরবদি গ্রহ পূন্নমক ঐখোয়গী মীচঙদা লাক্কনি।

ঐখোয় পূন্নমক্কী থম্মোয়দা নুংশিবা লৈ, অদুবু ঐখোয়না নুংশিববু য়োকখত্তুনা মপূংফাহল্লগা নীংথিনা ফোঙদোকপা ঙমদে। নুংশিবা হায়বা অসি অথোইবা শক্তি অমনি। নুংশিবনা জয় তৌবা ঙমদবা করিমতা লৈতে। মী অমা ওইনা পোক্লকপগী কান্নবদি মীওইবা মশেল নুংশিনরগা ধর্ম্মগী অকারম কামিন্নবনি, অদুগা ঈশ্বরগী মনাক য়ৌবনি। হৌজিক্কী মতম অসিদদি মশা মশাগী সংসারগী ওইবা নুংঙাইবা থিবদা নুংশিবগী গুণ অদু মাঙহনখ্রে। নুংশিবসি ঈশ্বরনি হায়বা কাউথোক্লখ্রে। নুংশিবগী ঈচেল অসি থম্মোয় অমদগী থম্মোয় অমদা চেলহনসি। নুংশিবা হায়বা অসি পূন্সিনি। ঐনা কনাবুসু নুংশিদ্রবা অদুগা কনানসু ঐবু নুংশিদ্রবদা ঐবু হিংনবগী শক্তি লৈখিগদ্রা? জগৎ অসিদা নুংশিবদগী হেনবা লল অমা থিবা ফংলোই।

ঙসি ঐখোয়না নুংশিবদি ঈশ্বরনি হায়না চীন্দা হায়রি অদুগা ঐখোয়গী থবক্লদি নুংশিবগী খুদম অমতা উখোক্তে। কনাগুম্বা অমনা লাইরিক য়াম্না হৈবা য়াই নৎত্রগা লৈবাক কয়া কোয়রুবা য়াই, অদুবু নুংশিবগী অমৃত অদুবুদি মহাও য়েংলুদে। নুংশিবগী মহাও অদু হেক খঙলুবদা পূন্নমক্কী অমতা ওইবা শক্তম অদু খঙলক্কনি। মরম অদুনা ঐখোয়না নুংশিবগী ঈপাক্তা লুপশিন্দুনা নুংশিবগা অমতা ওইসিন্নবা লাক্লগদবনি। মদুদা ঈরাক্লদুনা শিগনি হায়না কিবগী দরকার ওইদে। অমর পদবীদুম ফংবনি।

নুংশিবদগী অচুম্বা নৎত্রগা ধৰ্ম্ম লাকই। অচুম্বনা ঐখোয়গী পূন্সিগী যুম্ফমনি। ঐখোয়না লাইরিক মখল মখল কয়া পাৰুবা য়াই। অদুবু নুংশিবদি লাইরিকশিংদগী ফংগদবা নত্তে, থম্মোয়নুংদগী ফংগদবনি। থম্মোয়দা অমোৎপনা পীক থন্না লৈরগা লাইরিক ময়াম অমা পারুদুনা করি কান্নগনি? থম্মোয়দা অমোৎপা লৈবদগীনি ঐখোয়না হৌজিক শাগী নৎত্রগা হিংচাবগী থাক্তা হন্থরক্লিবসি। মরম অদুনা অহানবদা থম্মোয়দগী অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, য়েংথীবা, নাপলনচিংবা অমোৎপশিং অসি শেংদোক্লগা নুংশিববু মপূংফানা য়োকখৎসি।

নুংশিবগী লম্বী চৎপদগী হেনবা শিক্ষা অমা লৈতে। নুংশিবগী লম্বীদা চৎসি। নুংশিবগী চীঙ্গাক চাসি, চাবদা নত্তে চারিবা নুংশিবগী চীঙ্গাক্তু তুমহনসি। অদু ওইরবদি চাখিবা নুংশিবগী চীঙ্গাক্তুগী মচি অদু হকচাঙগী মচাক নৎত্রগা কায়াৎ খুদীংমক্তা লৈগনি, অদুদগীদি মতীকচাবা পাঙ্গল অমদি লৌশিং লৈরকপগা লোয়ননা আত্মাগী মঙাল ফুদোক্লক্কনি। ঐখোয় মীওইবদি নুংশিবগী মশক্লি। নুংশিববু নমশিন্দুনা থমগুমসি। নুংশিবগী ঈচেলবু থম্মোয় অমদগী থম্মোয় অমদা চেলহল্লগা মালেমসিদা শান্তি লৈহনবা ঙমগনি। শান্তি লৈফমদা ঈশ্বরসু লৈ। ❑

## ১৭। কৰ্ম্ম-যোগ

সংসারগী অফা-অপূন্দগী নাম্থোক্লবা, আত্মাগী অশেঙবা মশক খঙননবা অমসুং পূন্সিগী অরোইবা পন্থুং অদু য়ৌননবা লম্বী অদু চৎপদা কৰ্ম্ম তৌদবা য়াদে। সকাম-কৰ্ম্ম অমসুং নিষ্কাম-কৰ্ম্ম হায়বা মরুওইবা কৰ্ম্ম মখল অনী লৈ। সকাম-কৰ্ম্মনা থবক তৌরিবা মীশক অদুবু পুল্লি অদুগা নিষ্কাম কৰ্ম্মনদি মহাকপু পুন্দে।

সকাম-কৰ্ম্ম হায়বা অদুনা থবক্কী লাক্কদবা মহয়দু লোক্কে অদুগা চাদুনা নুংঙাইগে হায়বগী আশাদা থবক অমা অমা তৌই। সকাম-কৰ্ম্ম তৌবা মীশিংনা থবক্কী মহয় অদু তানবদা মায়পাক্লবা কন্না কন্না হোৎনৈ। মখোয়না তৌবা থবক খুদীংমক থবক অদুনা শোয়দনা ফংহনগদবা মহয়দুগা নৎত্রগা থবক্কী পান্দম অদুগা

ঙম্মীবমখৈ মরী লৈনহল্লি, চুনহল্লি। অসিগুম্বা মীশিং অসিনা শিরগা মখোয়না থবক তৌরগা তাল্লক্লিবা লোকশিং অদুদা চৎলি, অদুগা মফম অদুদা মখোয়গী থবক্কী মহয়শিং অদু চাবা য়াবমখৈ চাদুনা লৈরম্লগা মখোয়না অমুক হন্না মালেম অসিদা মপোক অমমুক পোক্তুনা হল্লকপা তাই। থবক্কী ফলনা অহানবা মরুওইবা পূক্লিংগী ঈথিন ওইদুনা তৌবা সকাম কর্ম্মশিংনা ধর্ম্মগী অকারম পুরকপা ঙমদে। মখোয়না পূরকপা ঙম্বদি ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী নুংঙাইবদুনি, নুংঙাইবগী শক্লোন লৌবা অৱাবদুনি। মীওইবসে হৌখিবা মপোকশিংদগী তুংশিল্লক্তুনা লৈরকপা কর্ম্ম ফলশিংনা তাদুনা শাবনি। তাইবঙ মীনা থবক অমা তৌবদা থবক অদু মহাক্লা তৌবনি অদুগা মহাক্লা থবক অদুগী মহয়সু মহাক্কীনি হায়না লৌই। মহাক্লা থবক অদুগী মহয়সু চাবা পামই। মরম অদুনা মহাকপু থবক্লা পুল্লি, অদুগা মহাক্লা হন্না হন্না পোক্ল-শিরা তৌই।

নিষ্কাম-কর্ম্ম হায়বদুনদি ঈশ্বরবু ফংনবা মওঙদা থবক খুদীংমক পাঙথোকই। মদুদি থবক্কী মহয় পান্বা য়াওদবা কর্ম্মনি। মরম অদুনা নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা ফত্তে হায়বা করিগুম্বা থবক অমতা তৌদে; অদুগা মখোয়না তৌরিবা থবক অমসুং মদুগী ফল পূম্নমক ঈশ্বরদা কথোকই। নিষ্কাম-কর্ম্মনা কনাগুম্বা অমবু পোকপা অমসুং শিবা হায়বদুগী চক্রনা লৈ-লৈদুনা পুরগা চৎপগী অকিবা অদুদগী কনবীগনি অদুগা অরোইবা অশেঙবা পম্লুং অদু য়ৌনবা লমজিংবীগনি। নিষ্কাম-কর্ম্ম-যোগী অমনা জগৎগী য়াইফনবগীদমক্তা ঈশ্বরদা লোইনা কথোক্লগা থবক তৌই। ঈশ্বরবু পেলহল্লবদি পূম্নমকসু পেলহল্লবনি হায়বসি মহাক্কী মতনি। কনাগুম্বা অমনা ইবুংঙো মহাকপু পেলহনবা ঙম্লবদি মহাক্লা অরোইবা পম্লুং অদু য়ৌগদৌরিবনি। থবক্কী লীপুন্দগী নাম্থোক্লগা মুক্তি ফংখিবা মীতাশিংনা অহানবদা থম্মোয় শেংদোক্লবা মশাগী ওইজবা থিদবমখৈ নিষ্কাম কর্ম্ম তৌখি।

মীওইবনা সংসারগী খুরৌদগী নাম্থোক্লবগীদমক্তা কর্ম্ম তৌবা হায়বদুনা করিনো, *বিকর্ম্ম* হায়বদুনা করিনো অদুগা থবক তৌরবসু থবক তৌদবা মতৌ লৈবা *অকর্ম্ম* হায়বদুনা করিনো হায়বশিং অদু নীংথিনা খঙদোকপা দরকার ওইরকই। খঙবদা ৱাবদি থবক্কী লমদাং অসিনি। সাধারণ মীওইশিংনা থবক তৌবা হায়রগা খুৎ, খোঙ অমসুং অতোপ-অতোপ্পা হকচাঙগী কায়াৎশিংনা লেঙ-ওৎপা

তৌবখক্তবু থবক্লি হায়না খঙনৈ; অদুগা তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকপা অদুবুনা *অকর্ম্ম* নি হায়না লান্না লৌনৈ। মদুদি অজ্ঞানদগী থোরকপনি, অরানবনি। মশাগী তৌফম থোকপা অদুগা শোয়দনা মহয় য়ানগদবা থবকশিং তৌববু কর্ম্ম কৌই। মসিগী অর্থদি কর্ম্ম ফল য়াওবা থবক হায়বনি। থবক অদু ওইনীংবা অমা হেক ওইবা য়াই, মদুবু অজ্ঞানগী চমন্নবা মরক্তা তৌরবদি মদুদগী লাকপা ফল অদুদি অৱাবা, নুংনাঙবা অমসুং লায়না নারকপা ওইগনি। *থবক তৌরিবসি ঐনি* হায়বা ৱাখল অসিগা থবক্কা মরী লৈনরকপদা থবক্তা পুনবা ঙম্বগী শক্তি হাপচিল্লকই।

শাস্ত্রনা য়াদবা তৌফম থোক্তবা কর্ম্ম অদুনা *বিকর্ম্ম* হায়না কৌই। নিষ্কাম ওইনা মশাগী ওইজবা য়েংদনা জগৎকী য়াইফনবা তৌবা থবক অদুবুনা *অকর্ম্ম* হায়না কৌই। মসিদি আত্মাগী মগুণনি, আত্মাগী মচৎ মতৌনি। শম্না নুং-গী অর্থদা হায়রবদা *অকর্ম্ম* হায়বগী অর্থদি কর্ম্মফল য়াওদবা থবক হায়বনি। কর্ম্ম ফলদি কদায়দা? কর্ম্ম তৌরবদি কর্ম্মগী ফল লৈফম থোকই, অদুবু কর্ম্মগী ফল অদুবু ঈশ্বরদা লোইনা কথোকখ্রবদি কর্ম্মগী ফল লৈহৌদ্রে। থবক খুদীংমক ঈশ্বরগীদমক কনাগুম্বা অমনা তৌরবদি মহাক্না কর্ম্মগী ফল ওইনা নুংঙাইবসু তৌদ্রে নৎত্রগা ৱাবসু লৈত্রে। থবক তৌনা তৌনা থবক তৌদবগী মতৌ ওইরিবা হায়বসিদি থবক তৌরবসু হকচাঙনা তৌজবনি আত্মা ওইরিবা ঐদি য়াওদে হায়না খঙলিবা মী অদুনা তৌবা কর্ম্ম অদু *অকর্ম্ম* ওইরে। অদুদগীদি মহাক্না মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্তুনা অরোইবা পম্বুং অদু য়ৌনবা চৎপা ঙম্মি।

স্বর্গ নৎত্রগা নরক য়ৌবনা মীওইবগী অরোইবা পম্বুং নত্তে। পরমেশ্বর ভগবানদা অমতা ওইনা তিল্লুবা অদুনা অরোইবা পম্বুংনি। অফবা কর্ম্মগী মতুংইন্না কনাগুম্বা অমনা স্বর্গ ফাওবা কাবা ঙম্লবসু, মহাক্না মফম অদুদা কর্ম্মদুগী মহয় চাবা লোইরগা মালেমদা অমুক হল্লক্তুনা মপোক অমমুক তন্নগনি। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা অমুক ফত্তবা কর্ম্মগী ফল অমা ওইনা নরক্তা তারবসু মহাক্কী লঙজরুবা পাপ অদুগী চৈরাক ফংফম থোকপা ফংবা লোইরগা মালেমদা অমুক হল্লক্কনি। অসুম্না মীওইবনা মানা মানা তৌরুবা কর্ম্মগী মতুংইন্না মহয় চাই। অরান-খুভম নৎত্রগা মুক্তি নৎত্রগা মোক্ষ ফংদ্রিবফাওবা জীবনা কর্ম্মগী মহয় চাবা লেপ্তে।

কনা অমতনা মশানা মী অমা হায়বদু ওইরিবমখৈদি থবক তৌবা লেপ্পা ঙম্লোই, মরমদি মীপূম খুদীংমকসি প্রকৃতিগী গুণশিংনা তঙাইফদনা থবক তৌহল্লি। মী খুদীংমক কর্ম্ম অমা নৎত্রগা অমা তৌবা তাই, নৎত্রবদি সংসার অসি করিসু ওইবা ঙম্লরোই। থবক তৌবা লেপ্লবদি জগৎ অসি লৈররোই; ঐখোয়না হিংদুনা লৈবসু ঙম্লোই। চাবা, থকপা, স্বর হোনবা— মখোয়শিংসিফাওবা কর্ম্মনি। মখোয়দু তৌদনা কনানা হিংবা ঙমগনি?

কর্ম্মনা কর্ম্মগী ফল থোকহল্লি, কর্ম্মগী ফলশিংনা মখোয়বু অপাম্বা পোকহল্লি; মদুনা কর্ম্ম মখা চত্থবগী পূক্লিং ঈথিনশিং হৌহল্লি অদুগা মখোয় অদুনা মীশিংবু ব্রাহল্লি। কর্ম্মদি মশামক্কী ওইবা পুন্নবগী শক্তি লৈজদে, অদুবু অফা-অপুন ওইহল্লিবদি থবক্কী মহয় ফংগে তাল্লুরিবা *অপাম্বা* অদুনি। মশা নুংঙাইনবগীদমক্তা পোৎশিং ফংনবা তাল্লিবা মীশিং অদুনা কর্ম্মগী ফল ওইনা অব্রাবা ফংই। তৌইগুম্বসুং *ঐ* অমসুং *ঐগী* হায়বা ব্রাখল থাদোক্লগা কর্ম্ম তৌরবা অদুগা তৌরিবা কর্ম্ম অদুগী লাক্কদবা মহয়শিং অদুবু পাম্বা লৈতনা ঈশ্বরদা কখোক্লবদি কর্ম্মগী ফলনা অব্রাবা খক পীররোই।

মথক্কী ব্রাফম অসিগা মরী লৈননা গীতাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না তাকপীখিঃ *অর্জ্জুন, নখৌ তৌ, থাদোকপগী থবক তৌ। নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌরিবা মীশক অমা ওইয়ু। মদুগী থাদোকপা মথাদোক অদুনা আত্মাগী জ্ঞানদা তঙ-তানা নহাকপু লৈহনগনি। থবক তৌরিবা মীশক অদু নহাক্কি হায়বা রাখল অদু থাদোকউ। থবক অমসুং থবক্কী মহয় অদু ঈশ্বরদা কখোকউ, অদু ওইরবদি নহাকপু পাপ অমতনা শোকপা ঙম্লরোই, মরমদি নহাক থবক তৌরিবা মীশক্তু ওইদ্রে অদুগা থবক অদুনা তঙায়ফদনা ঈশ্বরগী অশেঙবা থবক ওইরে। নহাক্কী চময়বা মতৌ অদুনা লাক্লিবসিদি থবক তৌরিবা মীসি নহাক্লি হায়বা শেরাম্নবা রাখলদুদগীনি। "ব্রহ্ম" মশক খঙউ, তৌফম থোকপা থবক পূম্বা তৌ, তৌইগুম্বসুং ফলশিং অদুদি থাদোকউ।* মসি অরান-খুভম ফংননবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপীখিবা কর্ম্মগী পাউতাক্লি।

কর্ম্মশিং অসি যজ্ঞগীদমক্তা পাঙথোক্লবদি তাইবঙ অসি কর্ম্মগী খুরৌ থাংদুনা অদুম লৈখিগনি। কর্ম্ম তৌরগা মদুদগী তারকপা ফলনা পুন্দবা কর্ম্ম অদুবু

যজ্ঞ তৌই। অতে অতোপ্পা কর্ম্মশিংদি অফা-অপুন ওইহনবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বা খরনা লম্তুম ফংনবা যজ্ঞ তৌই অদুগা অতোপ্পা খর অমনা ফম, মিংথোল অমসুং শক্তিনচিংবা ফংনবগীদমক্তা যজ্ঞ তৌই। মখোয় মখোয়না ফংনীংলিবশিংদু যজ্ঞদগী মতেঙনা ফংবা য়াই। লাইয়াম্মসু মখোয় মখোয়গী অনীংবগী মতুংইন্না মখোয়দা পীবি। অদুবু মদুদা ফংলক্লিবশিং অদুনা যজ্ঞগী মরুওইবা পান্দমদি নত্তে। মায়াগী লাংদগী ঐখোয়না লাম্হোকপা ঙম্বা অদুগা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা ঙম্বা হায়বদুনা যজ্ঞগী মরুওইবা পান্দমনি, অদুগা ঙাইহাক্কী ওইবা লম্তুম, ফম, মিংচৎ, শক্তিনচিংবশিং ফংবনা মরুওইবা পান্দম অদু ওইবা নত্তে। অশেঙবা পান্দম অদু ফংগে হায়রবদি বেদনা তাকপা মতীক-চাবা কর্ম্ম নৎত্রগা যজ্ঞ তৌদুনা ঈশ্বরবু পেলহনবা তাই।

নিষ্কাম-কর্ম্ম নৎত্রগা যজ্ঞনা কনাগুম্বা অমবু নে-না তানা লৈবা ফংহল্লি, অদুগা মহাক্না তাইবঙগী অহোংবশিংদগী নৎত্রগা পোকপা অমসুং শিবগী চক্রদগী নাম্হোকপা ঙম্লকই। মহাক্না জগৎ অসিদা লৈরিবা পৃম্বা ঈশ্বরগীনি, মহাক্কম্বা কনাগুম্বা লন্নাই ওইবা মীশক অমতগী নত্তে হায়বসিনা মহাক্কী অচেৎপা থাজবা ওই। মহাক্তী আত্মাদতা নুংঙাইজৈ, পেঞ্জে অমসুং চপ-চানা ওকচৈ। মহাক্না পোৎ অমত্তংগী মপু ওইনীংবগী ৱাখল য়াওদনা কর্ম্ম তৌই। অসুম্না প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবা আত্মাদা নৎত্রগা ঈশ্বরদা চঙজরগা মহাক্না গুণ অহুমদগী নাম্হোক্নুনা অৱাবা কোকপা ঙমজৈ। মরম অদুনা নিষ্কাম-কর্ম্মগী চক্রগী কাংখোং অসি কোয়রৈ-লৈনা চৎপা লেপহনগুমসি। ❑

## ১৮। সন্ন্যাসী

ঈশ্বরগী সেবাগীদমক তৌবা থবক্তি অফা-অপূন লৈতে অমসুং অকর্ম্মনি। কর্ম্ম যোগদা শিদ্ধ ফংদ্রিবা মীতানা সন্ন্যাসতা চঙশিনবা ঙম্লোই। মরম অদুনা অহানবদা মুক্তি ফংবা পামজবা মীনা জগৎকী য়াইফনবগীদমক্তা মশাগী ওইজবা য়েংদনা কর্ম্ম তৌগনি। মহাক্না অসুম অসুম নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌর-তৌরগা আত্মাগী

মশক খঙনবা হোৎনগদবনি। কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরগী সেবাগীদমক্তা নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌরকপা মতম অদুদা মহাক্না তৌরকপা থবক অদু অশেঙবা ওইরক্কনি অদুগা মহাক্কী থম্মোয়সু শেংলক্কনি। অদু ওইরবদি মহাক্না সন্ন্যাস যোগদা লাকপদা মতীক চারে।

অব্বা-নুংঙাই, অঙ্গং-অশানচিংবা ওন্ন-তৈনবা অনী অনী লৈরিবা পাবোৎশিংদগী নীংখাতল্লবা কনাগুম্বা মীশক অমনা হেক তৌবা থবক খুদীংমক ঈশ্বরগীদমক তৌই অদুগা ইবুংঙো মহাক্না পেল্লগা মহাক্কীদমক্তদি লোইরে। মহাক্কী ঈরায়লায়না মায়া সংসারগী লাংদগী নাম্থোক্তুনা মুক্তি ফংবা ঙমই। মহাক্কী লেপ্ন মক সন্ন্যাসী ওইরবনি। মী অমনা পঙবদগী নৎত্রগা তনবদগী নৎত্রগা অতৈ মরম অমা অমদগী থবক তৌদ্রে হায়দুনা মহাকপু সন্ন্যাসী অমনি হায়না কৌবা য়ারোই। লম্বোইবগী ফি শেৎলগা, শম অমসুং খাদাং কোই শাংনা খাক্লগা নৎত্রগা ধর্ম্মগী ব্রা ঙাঙলগা কনানসু সন্ন্যাসী হেক্তা ওইবা য়াদে। দরকার ওইরিবদি অহঙ্কার, অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা হায়বনচিংবশিংদুবু তশেংনা থাদোক্লবা তরু-তরুবা থম্মোয় অদুনি। মী অমনা সংসার অসিদা অদুম লৈনা লৈনা অপাম-পামদা হায়দুনা লৈরিবশিংদুবু থাদোক্তুনা নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌর-তৌরগা মহাক্কী থম্মোয় অদু শেংদোক্লবা লাক্লগনি, শেংদোক্কনি অদুগা অশেঙবা সন্ন্যাসী অমা ওইবা ঙমলক্কনি। মরম অদুনা সন্ন্যাসকা নিষ্কাম-কর্ম্মগা অনী অসি খেন্নদে, অমতনি; অমনা অমগী মতেঙ পাংনৈ।

*থাদোকপা* হায়বা অসিদি পূক্লিংগী ব্রাফমনি, থবক্কী মহয়গী অপাম্বা থাদোকপনি। থবক্কী লমদা কখোক্লবা, মপূক্লিং য়াম্না শেংলবা, মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুমচল্লবা অমসুং থব্রায়-পানবা পূম্বদা লৈরিবা আত্মা অদুবু মহাক্কী আত্মা ওইনা খঙলিবা সন্ন্যাসী অদুনা জীব পূম্নমকসু য়াম্না নুংশিনা খল্লি। মহাক্কী মতম পূম্বদা থবক তৌনা তৌনা লৈরবসু থবক্লা মহাকপু পূন্দে। মহাক্লা নুং-দদি থবক পূম্নমক থাদোকই, অদুবু মপাম্থোংদদি মহাক্না থবকশিং অদু থাদোক্তে। মহাক্লা পাঙথোক্লিবা থবক অমতা মহাক্কা মরী লৈনহন্দে। থবক খুদীংমক থবক্কীদমক লৈবা ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয় মখোয়গী মরী লৈনবা থবকশিং তৌজবনি অদুগা মহাক্কী থবক অমতা তৌবা য়াওদে হায়না খঞ্জে। থবক খুদীংমক মহাক্লা

হায়বদি মহাক্কী আত্মানা করিমতা তৌদে হায়না মহাক্কা মহাক্কী মপূক্নিংদা লেপ্লা ঙমই। হকচাঙদি মহাক নত্তে হায়বদু মহাক্কা খঙজে।

ব্রাহ্মণ, ষণবী, শামু, হূই, হৌদোং, সমাজদগী তাম্বোক্লবা মীনচিংবশিং অসি মপাম্বোংদদি খেন্নবা য়াই, অদুবু মখোয়গী হকচাঙশিংগী মনুংদা লৈরিবা আত্মা অদুদি অমতনি। মরম অদুনা সন্ন্যাসীশিংনা মখোয় পূম্নমকপু চপ মান্নবা মীৎয়েংদা য়েংই। মখোয়না পোক্ল-শির-নাইবা সংসারগী ফীভম অসিবু জয় তৌবা ঙমই। অসিগুম্বা সন্ন্যাসীশিংসিদি পূম্নমক্তা অঙ্গা ওইবা অমদি অমকপা লৈতবা ঈশ্বরদা লেঙদনা লৈজে অদুগা মালেমসিদা হিংলিঙৈদগী হৌদুনা মুক্তি ফংজে। মখোয়না অহৌবা অমদি অরোইবা নাইবা সংসারগী নুংঙাইববু পাম্লুদে। মখোয়দুদি মনম, মওঙ, মহাও, খোঞ্জেলনচিংবনা চিংবা ঙমদে মরমদি মখোয়দি ঈশ্বরগী ৱাখলদা লূপখিবনা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা হায়বদুগী মহাও লৈখিদ্রে অদুগা তাইবঙগী অগাম্বনসু শোকখিদ্রে। মপাম্বোংগী মচাকশিংগা শম্নবদগী থোরকপা নুংঙাইবা মনুংঙাই মখল অদুদি অৱাবগী হৌফম ওই অদুগা অহৌবা অমদি অখম্বা নাই। সন্ন্যাসীশিংনদি অসিগুম্বা তুং-কোইদবা মনুংঙাইশিংদুদা নুংঙাইরুদে, নুংঙাইরুগে হায়নসু খল্লুদে। অশেঙবা নুংঙাইবদি আত্মাগী নুংঙাইবা মনুংঙাইদুনি। অপঙবা ঐখোয়র্নদি ঙাইহাক ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা মনুংঙাইশিং অদুদা নুংঙাইজৈ অদুগা মদুগী ফল অমা ওইনা ঐখোয়না অৱাবা নংই।

হকচাঙগা থৱায়গা খায়নদ্রিঙৈদা মীওইবনা অপাম্বা অমসুং অশাউবগী শাফু কন্না চেনবা ঈচেলশিংবু থিংবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। মখোয় অনী অসিবু খুদুমচনবা ঙম্নবা মহাক অদুদি সন্ন্যাসী অমা ওইনা তশেংনা নুংঙাইরবনি। মহাক্কা আত্মাদতদা পোত্থাজে, নুংঙাইজৈ অমসুং হরাওজে। পূম্নমক অসি সংসারবু জয় তৌরবতদা ওইথোকই।

কনাগুম্বা অমনা সংসারবু জয় তৌগে নীংলবদি মহাক্কা সংসারগী ওইবা মীশক অমা ওইদবা তাই। অদুগা অমুকসু কনাগুম্বা অমনা গুণশিংগী ৱাংমদা লৈবা ঈশ্বরবু ফংগে হায়রবদি মহাক্কা গুণশিংগী ৱাংমদা চৎপা তাই। সংসারগী অপাম্বা থাদোক্কুনা অশাউবা লৈহন্দবা তাই। অপাম্বা অমসুং অশাউবা লৈত্রবা, পূক্নিংবু খুদুমচল্লবা অদুগা আত্মাবু মশক খঙলবা সন্ন্যাসীশিংগী মফমদদি সংসারগী

অৱা-অনাগী চৈনা চঙদে অদুগা মখোয়না য়েংখি-য়েংখিবা মায়কৈ খুদীংদা ঈশ্বরবু উবগী উপায়শিং ওইরকই। অরান-খুভমবু অরোইবা পম্বুং ওইনা লেপচবা সন্ন্যাসী অদুগীদি অপাম্বা, অশাউবা অমদি অকিবা হায়বা পূন্সিগী শাথীরবা য়েক্লবশিং অদু লৈররোই।

মীওইবনা মশাগী মহৌশা ওইবা লেঙদবা নুংঙাইবা অমদি শান্তি অদুবু ফংবা পামই, অদুবু মখোয় অদুবু ফংনবগী পাম্বে অদুদি থিদে। মরোল পূম্নমক্কী মপুনি হায়না লৈরিবা পরমেশ্বর ভগবানগী মফমদা লৈজবা পূম্বা লোয়না কখোকপনা অচুম্বা পাম্বে অমা ওইগনি মরমদি ইবুংঙো মহাক্লা যজ্ঞ অমসুং তপ পূম্বগী মহয় চাবনি অমসুং জীব পূম্বগী মরূপনি, মপানি। মসিবু খঙজরবা সন্ন্যাসীশিংনা সংসারগী মৈচাকশিংদগী পোত্থাবা ফংজে। মরম অদুনা সন্ন্যাসী অমনা মতম চূপ্পদা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌরগা ভক্তিগী লম্বীদা চঙশিল্লি অদুগা মায়াদগী লাম্থোকপা ঙমজে। অদুদগীদি মহাক্লা অশেঙবা শান্তি ফংদুনা হিংন-হিংনফাওবা মুক্তি ফংবা ঙমজে। ❑

## ১৯। বর নত্তে শিরাপনি

*সুর* অমসুং *আসুর* হায়বা অনী অসিদি মীওইবগী লমচৎ-শাজৎকী মতুংইন্না লৈ। পূকচেল ফজবা, জ্ঞান লৈবা অমসুং খ্বাই ময়ামগী কান্নগদবা অফবা থবকশিং তৌবা মীতাশিংবু *সুর* হায়না খঙনৈ। অদুগা মশাগী ওইজবতা থিবা, ধর্ম্ম লৈতবা, মরমচৎ কাম্বা, মপূকচেল ফত্তবা, মী মাঙহনবনচিংবা তৌবা মীতাবু আসুর কৌই। আসুরদি হৈ-শিংজরবসু অমদি শক্তি লৈজরবসু অহঙ্কারনা লাকহৎখিদুনা অৱাবা য়াম্না নংই। হিংচা-য়াইতম্বগী লমচৎ চৎপা আসুরশিংদি মখোয়না তৌগদবনা করিনো তৌরোইদবনা করিনো হায়বা খঙদে, নুং-পান অনীমক মোৎলি, অশেং-অমাং লৈতে, অচার-বিচার লৈতে অমসুং অচুম্বনা করিনো অরানবনা করিনো হায়বা ৱা লৈতে। মখোয়না অতোপ্পগী ফংফম থোকপা হকপু করিমতা খল্লুদনা মশাগী হকচাঙগী নৎত্রগা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনবগীদমক্তা থবক তৌই অদুগা য়াম্নসু শাথী। মখোয়না ওইদনা অওইবা শাই; লম্বুম লৈবনি,

মশক-মতৌ ফজবনি অমদি মতীক-মগুণ লৈবনি হায়না নাপল তৌই। মখোয়না মখোয় মঙাইরে হায়দুনা মখোয়গী লৈজবা শক্তিদগী হেন্দোক্না অতোপ্পদা উৎলি। মশাবু মতীক চাবনি খঞ্জদুনা চাউথোকচবা অমদি ঈকাইখুম্নফমনি হায়না খঞ্জবা অমসুং ঈকাইখুম্নহন্নীংবা, শাউগনবা, নুংশি-হৈতবা, পূকচেল-খাবনচিংবশিং অসি হিংচাবগী লৈখোল চেনবা আসুরগী মগুণশিংনি। অসিগুম্বা গুণশিং চেনবা মীশিংদুদি হিংচা-য়াইতম্বগী শাজৎনা হৈজিল্লবনি। মখোয়গী মপাম্বোংগী শকফম য়েংলুরগা মীওইবা হায়বদু ওইজরবসু মখোয়না মী হায়বা মিং অদু ফংবদা মতীক মপা চাদে। মখোয়না মশক মতৌ য়াম্না ফজরবসু, সমাজদা থাক য়াম্না ৱাংনা লৈজরবসু, লম্ভুম অমদি সম্পত্তি অঙকপা ফংনা পায়জরবসু নৎত্রগা মীয়ামগী মরক্তা মচীন-মৱা য়াম্না চৎপা মীশিং ওইজরবসু মখোয়বু মীশিংনি হায়না লৌবা য়াদে। খুদম অমা ওইনা হায়রবদা রাবণ মীনি, মহাক নিংথৌরেল অমা ওইরম্মী, মহাক ললগী মপু ওইবা কুবেরগুম্বনি, অদুবু মহাক্না চেল্লিবা হিংচাবগী গুণশিং অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা মহাকপু রাবণ হিংচাবা হায়না লৌনরিবনি।

হিংচা-য়াইতম্বশিংনা হিংলিঙৈদা মশাগী নুংঙাইনবতা হোৎনগনি। মখোয়না অচাউরম কাবদগী অমদি মশা নুংঙাইনীংবদগী মীওইবগী সমাজদা অশান্তি পুশিল্লকই। শিরবা মতুংগী ৱা করিমতা খন্থদনা হিংলিঙৈদা য়ারিবমখৈ মশা নুংঙাইথোক্কদবনি হায়না মখোয়না কন্না হোৎনৈ। মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবা হোৎনরগা লোইরে খন্দুনা মখোয়না অকিবগী মশক ওইরবা পাপ কয়া তৌই, মদু ঙম্নবা পেনবা নাইদনা চুমদবা পাম্বৈশিং শীজিন্নরগা লম্ভুম তানশিল্লি। মখোয়না শা-ষণনচিংবা তোল্লবা জীবশিংদা অদুগা মী অতৈদা নুংশিবা উৎপগী ৱা লৈতে। অসিগুম্বা জ্ঞান য়াওদবা থবকশিং অসি তৌদুনা মশানা মশাবু মাঙহঞ্জরবা অমসুং ময়ামগী করিমতা কান্নবা লৈত্রবা মীশিং অসিনা ফজরবা মালেম অসিগী য়েক্লবশিং ওইদুনা মালেমবু মাঙ-তাকহন্নবগীদমক্তা পোক্লকই। মখোয়গী পূকচেলদি কয়ামুক শাথীবগে হায়ববু মী অতৈনা ফংজগদবা পোৎশিং অদু মখোয় মথন্তগী ওইনা লৌরগা মখোয়না নুংঙাইনা হিংনীংই।

আসুরি সম্পৎ লৈবা মীতাশিংনা যজ্ঞ, তপ অমদি দাননচিংবা কয়া তৌজরবসু করম্না নরক্তা তারিবনো হায়বদুগী মরমদি মখোয় মশা মশানা মশাবু

ৱাংনা থাঙ্গচচদুনা, লমকেৎ-লমহায়বা ওইদুনা, ওইদবা ইজ্জৎকী নাপলদা ময়াইকারগা ঙাওদুনা য়াম্না চাউথোক্না থৌনিরোল কায়বা ঈড়াৎ-থৌরমশিং পাঙথোক্লে। অসিগুম্বা মীফত্তশিং অসিনা মখোয় মঙায়রে হায়বগী নাপলদা, অকল-অরিংদা, মীরক-মীথুমদা, অপাম-মিহৌদা অমসুং অশাউবদা হৈনবী ওইখিদুনা কঙাওনরগা মখোয় মশা মশাদা অমাঙ-অতা থোকহল্লি। মখোয়না ধর্ম্মবু শাথীনা চৈ। মরম অদুনা ঈশ্বরনা মখোয়বু য়েংথী। মখোয়দা বর পীরবসু বর অদুগী ফলনা মখোয়দা অমাঙ-অতা থোকই। কোরিগী পাত্রদা হাপ্পা হৈ মহীনা হূ ওনবগুম হিংচাবশিংদা হায়বদি মীফত্তশিংদা পীবা বরদি মাঙ-তাক্লীংঙাইগী মশক ওইরকই। ঐখোয়না ঐখোয়গী অরিবা ৱারীশিংদা থেংনৈ মদুদি হিংচাবশিংনা অকনবা তপ তৌদুনা লাইশিংদগী বর কয়া ফংনখি, অদুবু বরশিং অদুনা মখোয় মশামক্কী মাঙননবা ওইখি। মদুগী মরমদি মখোয়না হিংচা-য়াইতম্বগী লমচৎ-শাজৎ চৎখিবদগীনি।

পদ্মাসুর হায়বা হিংচাবা অদু শিব মহাদেবগী মতীক-মগুণ য়াম্না লৈরবা ভক্ত অমনি। মহাক্না চহি কয়ামুক চূপ্না অহকপা তপ তৌরম্মী। শিব মহাদেবনা পেল্লদুনা পদ্মাসুরদা মহাক্না অপাম্বা বর অমা পীবিগে হায়রকখি। মদুদা পদ্মাসুরনা হায়জরকখিঃ *ও প্রভু, ঐগী খুৎ অসিনা হেক শোকউবা মখৈ উৎ ওলহনবীয়ু।* বর পীবিগদবা শিব মহাদেবনা বর অদু হিংচাবা অদুদা পীবিখি। তৌবীমল খঙবগী ৱাখল লৈতবা হিংচাবা অমা ওইবা মরমনা পদ্মাসুরনা শিব মহাদেববু শোকপা পান্নম্মী। শিব মহাদেবনা পূম্নমকপু শৌগৎপীরিবা অমদি ঙাকপী-শেনবীরিবা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী মতেঙ নিজরম্মী। শিব মহাদেবনা মহাক্কী ভক্তদা পীথোকখিবা বর অদুবু অমুক লৌশিনবসু ঙমখিদে অদুগা ভগবান শ্রীবিষ্ণুনসু পদ্মাসুরবু খুদক্তা চৈরাক পীবসু পীনীংখিদে। মরম অদুনা শ্রীবিষ্ণুনা মপৃংফাবা থৌওঙ অমা শীল্লম্মী। শ্রীবিষ্ণু মশামক্না য়াম্না শুন্দ্ধৎনবগী মশক ওইবী জগোইশাবী অমা ওইনা ওন্থোক্লম্মী। জগোইশাবী অদুবু উরুবমক্তদা পদ্মাসুরনা পান্দোংনীংবগী পূক্নিং ঈহুন অমা ফাওরকখি। মহাক্না শিব মহাদেববু মখুৎনা শোক্কে তান্নবগী মহুত্তা জগোইশাবী অদুবু তান্নরকখি। জগোইশাবী অদুনা মোমোন মোমোন নোক্লগা হিংচাবা অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লকখি অদুগা য়াম্না নুংশিনা ৱা ঙাঙলকখি। মহাক্না শুন্দ্ধৎনবগী মশক

ওইবা মীনোক অমগা লোয়ননা হায়রকখিঃ *ঐহাক্না জগোই শাবা মতমদা ঐহাক্না তৌরিবা পুন্নমক অদু নহাক্না তৌরবদি ঐহাক নঙোন্দা লুহোংগনি।* পদ্মাসুরনা য়াখি।

পদ্মাসুরগী ৱাখলদা জগোইশাবী অদুগা মহাক্কা লুহোংলগা লোইরে, মহাক্না তৌরিবমখে তৌরগে হায়না খনখি। জগোইশাবী অদুনা জগোইশাবা হৌবকখি, অদুগা পদ্মাসুরসু জগোইশাবী অদুবু পাম্মনখিবদগী জগোইশাবীগী খোঙথাং অমসুং খুৎথেক মতুংইন্না জগোই শারম্মী। মখোয় অনীগী জগোই অদু য়েংবদা অঙকপা অমা ওইরম্মী। হিংচাবা পদ্মাসুরসু শক্তি লৈবনিনা জগোইশাবী অদুনা তৌরিবমখে তৌরম্মী। জগোইগী মতাং অমগী মীৎকূপ অমদা জগোইশাবী অদুনা পদ্মাসুরদা শুদ্ধৎনবগী মশক ওইবা মীৎয়েং অমদা য়েংলগা মহাক্কী খুৎ অদুনা মহাক মশামক্কী মকোক্তা থল্লম্মী। পদ্মাসুরনসু জগোইশাবী অদুনা তৌবা অদুমক্কা মান্ননা তৌরম্মী। অদুদগীদি মীৎকূপ অমগী মনুংদা পদ্মাসুর উৎ ওনখিরম্মী। মহাক মশামক্কী মখুৎনা তৌরোইদবা থবক অদু মশামক্তা তৌরুবদগী পদ্মাসুর হায়বা হিংচাবা অদু ভস্মাসুর ওইখি।

মসিগী ৱারী অসিদগী ঐখোয়না তমগদবা পারাদি ঐখোয়না ঈশ্বরদা হায়জবা মতমদা য়াম্না চোকশিনগদবনি হায়বসিনি। অদুগা অতোপ্পা পারা অমনা ঈশ্বরনা ইবুংঙো মহাক্কী তাইবঙ-ঙাকশেনবগী মথৌ তৌরকপা মতমদা ধর্ম্মগী নিয়ম অমসুং পথাপ অদুবু ঙাক্না চৎলি হায়বসিনি।

পদ্মাসুর হিংচাবনা অকনবা তপ তৌদুনা শিব মহাদেবদগী বর ফংজখি, অদুবু বর অদুমক্না মহাক মশামক্কী মাঙননবা ওইখি। পদ্মরসুরনা হায়বদি মীফত্তশিংনা ফংবা বরদি বর নত্তে, শিরাপনি। ❑

## ২০। *সঙ্গ-সঙ্গনা পুই*

লমচৎ-শাজৎ ফত্তবা হায়বা অসি ঈশ্বরনা পীরকপা খুদোল অমা নত্তে। ঙসিদি কনাগুম্বা অমনা য়াম্না শাথীরবা দাকু অমা ওইবা য়াই, অদুবু হয়েংদি

মহাক্না সাধু অমা ওইরকপা কনানা খঙগনি? লমচৎ-ফত্তবা মীনা সাধুগা তিন্নরগা অফবা মী অমা ওইরকপা ঙমই। সঙ্গগী অঙকপা শক্তি লৈ। য়োৎনা উগা সঙ্গ তৌরুবদগী ঈশিংদা তাউই, উফুলসু নুংশিংকা সঙ্গ তৌরুবদগী অৱাংবা অতিযাদা পাইখৎলি, রত্নাকরনা নারদ মুণিগা তিন্নরুবদগী বাল্মীকি মুণি ওইখি, অদুগা তেনৱানা ধর্ম্ম লৈবা মীগা তিন্নরুবদগী মীগী মীরোল লোন্দুনা হরি-নাম ফাওবা শোনবা ঙমই। খুদম ওইনা ৱারী অমা লৈঃ

মমাংঙৈদা শাদানবা নুপা অমনা ফজখ্রবা তেনৱা অনীখক ফারম্মী। মহাক্না তেনৱা অমদি শা হাৎলগা য়োনবা নুপা অমদা য়োল্লম্মী, অদুগা অতোপ্পা তেনৱা অদুবুনা শ্রীহরিবু নীংবা হরিদাস অমদা য়োল্লম্মী। থা তরুক্কী মতুংদা শাদানবা নুপা অদুনা অসুম অসুম চখোল্লকপদা শা য়োনবা নুপা অদুগী দুকান মচা অদু উরম্মী। মহাক্না য়োনখিবা তেনৱা অদুবু হেক নীংশিংলক্লুনা শা-দুকান অদুগী মনুংদা চঙশিল্লম্মী, অদুগা ইনক-হেক-নক্না লৈরম্বা তেনৱা অদুনা অয়াকপা খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা *ফারো, হাৎলো, মতুপ মতুপ কক্লো, মচেৎ মচেৎ লৌরো* হায়না হায়রকপা তারম্মী। শাদানবা নুপা অদুনা তেনৱা অদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মরমদা খল্ল-খল্লগা শা-দুকান অদু থদোক্লগা চৎখি। অদুদগীদি মহাক্না অতোপ্পা তেনৱা অদুগী মরমদসু য়াম্না খঙনীংবা অমা পোক্লম্মী। মরম অদুনা মহাক্না শ্রীহরিবু নীংবা হরিদাসকী লৈফমদা চৎলম্মী। শারংদা লৈরিবা মঙোন্দগী লৈখিবা অতোপ্পা তেনৱা অদুনা য়াম্না নুংঙাইনা মাশাশিং খপ্লগা হায়রকখিঃ *লেঙশিল্লীরকউ, লেঙশিল্লীরকউ, হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে! হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে!* শাদানবা নুপা অদুনা তেনৱা অদু উবদা অমদি মাগী খোইথুম্নরবা ৱাহৈশিং অদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী।

মহাক্না ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা তেনৱা অনী অদুনা হায়খিবা ৱাহৈশিং অদুগী খোম্থোক্তা, মওঙ-মতৌদা অমদি ৱা-মচংদা পূমখেন-খেন্নবা মতৌদুবু খন্থরুবদা মহাক্না য়াম্না ঙকখি। তেনৱা অমগী ৱাহৈশিং অদুনা ফত্তবদা শাথীনা কাহেনবা, য়ৌনা নুংশি-হৈতবা অমদি য়ানীংদবা ঙাক্তা ওইখি, অদুগা অতোপ্পা তেনৱা অদুগী ৱাহৈশিং অদুদি খোইথুম্নরবা, অচুম্বা অমসুং পূক্রিং শুদ্ধৎনীংঙাই ওইবা ঙাক্তা ওইখি। সঙ্গনা খেন্নবা মতৌ অসিবু ওইহনখিবনি। মরম অদুনা মী অমনা তিন্নবিবা

মরূপশিং অদু কনা কনানো খঙলবা মতুংদা মহাক অদু কনানো হায়বা খঙবা ঙমগনি।

ফত্তবা সঙ্গ তৌগদবগী শরূকপুদি ইথন্তা য়ুমদা কমদুনা লৈথোকপনা হেন্না ফৈ। সৎ-সঙ্গ তৌগদবনি, ঈশ্বরগী নাম শোনগদবনি, ঈশ্বরগী মতীক-মগুণ শীংথাগদবনি, অশেঙবা ধর্ম্মগী লাইবিক পাগদবনি, অদুগা চথোকপা তারবসু ধর্ম্মগী অশেঙবা মফমশিং অমদি তীর্থশিংদা চৎকদবনি। ওক্কবা অমদি ওক্কবীগা তিন্নরোইদবনি। ফত্তবা মীগা তিন্নরবদি ফত্তবা মী অদুম ওইরকই। ঐখোয়না ফত্তবা মরূপ অমবু য়াম্না নুংশিরুরবদি মরূপ অদুগী ফত্তবা মতৌ অদুনা ঐখোয়বু ইখঙ-খঙহৌদনা লাইবকথীহনগনি। অদুগা অমরোমদনা অমুক মীহাৎপা দাকুনা অফবা সঙ্গ তৌরুবদগী মহাপুরুষ ওইখিবা য়াওই। শ্রীগৌরাঙ্গ চৈতন্যগা সঙ্গ তৌরুবদগী জোগাই অমসুং মধাইনা অথোইবা ভক্তশিং ওইখি। লেলনা নুংশা ফংলগা তুম্বগুম অফবা সঙ্গগী মমাঙদা ফত্তবা লমচৎ মাঙখি। অফবা নৎত্রগা ফত্তবা লমচৎ হায়বসি ঐখোয় ইশা ইশানা শেমজবনি। ঐখোয়গী তুংগী অফবা নৎত্রগা ফত্তবা লাইবক অসি ঐখোয়গী অফবা নৎত্রগা ফত্তবা সঙ্গগী মখা পোল্লি। মরম অদুনা ঐখোয়সে সঙ্গ সঙ্গনা পুই। ❑

## ২১। পূন্সিগী নুমীৎশিং মাঙহনগুমসি

*ঐখোয়গী পূন্সি মতমনা শারিবনি,*
*মতম মাঙহনবা পূন্সি মাঙহনবনি;*
*লৈরুবা য়াদে পূরুবা য়াদে,*
*তাল্লগা ফংই মাঙখিবা লম্বুম,*
*অমুক হল্লক্লরোই মাঙখিবা মতমদি;*
*অহন্না পামই মতম হেন্না,*
*নহানা মাঙহল্লি মতম য়াম্না;*
*মতমদি শেমগদবনি লাক্লদবা নত্তে,*

*মতমদি ফংগনি থবক চিল্লগা,*
*মতমনা পুরক্কনি থবক্কী মহয়,*
*মতমনা য়ৌহনগনি পূন্সিগী পম্বুং,*
*মাঙহনগুমসি পূন্সিগী নুমীৎ খুদীং।*

শীঙচনবা চৎপা মতৈ-মনাওগী ৱারীনি। নিংথৌ অমনা উমং অমদা শাতানবা চৎলম্মী। মহাক্না শজী অমা উরম্মী অদুগা শজী অদুবু ফংননবা তান্নরকপদা মহাক্কা লাকমিন্নরকপা মনাই মশলশিং অদুদি য়াম্না লাপ্না লৈহৌখিরম্মী। মহাক্কী লন্মী মাঙখি। মহাক্না তৌফম খঙলমখিদে, অদুদগীদি অরাম-খৌরাংবনা হেনমনখিদুনা মশানা মশাবু পুবা ঙম্লকখিদে। মমৈথংদদি মহাক্না অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা শীঙ য়োনবা চৎপা মতৈ-মনাওগী অপীকপা খাংপোকশঙ অমা উরম্মী। খাংপোকশঙ অদু য়ৌনবা নিংথৌ অদুনা চৎলম্মী। মহাক্না য়েংবদা মখোয়গী চীঞ্জাক থম্নবা উপু অদু পূমহাঙ-হাঙলম্মী; অদুবু মতৈ-মনাও অদুনা উপায় অমা থিরগা নিংথৌ অদুদা তল অমা পীজরম্মী অদুগা ঈশিংসু পীথক্লম্মী। মতম অদুদা অরাম-খৌরাংবা পোকখিবা অদুম হায়না মমাঙদা অমুক্তা পোকখিদবা মরমনা নিংথৌ অদুনা তল অদু চাবদা হাওরিবা খুৎহাও অদুগুম্বদু মমাঙদা অমুক্তা থেংনখিদ্রি। মহাক্না নুমীৎযুংবা মতম অদুদা য়াম্না নুংঙাইনা মঙ-হা চোয়দনা তূম্লম্মী, মরমদি মহাক্না মমাঙদা অমুক্তা অদুম হায়না ৱাদুনা চোকথবা থেংনখিদ্রি। মতম অদুমক্তদা মহাকপু থিরকখিবা কোনুংগী অঙম্বশিং অমদি সিফাইশিংনা মহাক্কী মনাক্তা য়ৌরকখি। মতম অদুমক্তদা শীঙ চনবা নুপা অদুনা মহাক্কী অতিথি অদু মীচম ওইদ্রে লৈবাক্তুগী নিংথৌনি হায়বা হেক খঙলকপদা মহাক্কী পূক্নিং অদু য়াম্না থুক্কৎলকখি। নিংথৌ অদুনা মঙোন্দা অথীবা ৱা অমতা হায়খিদ্রবসু নিংথৌ অদুদা মখোয় মতৈ-মনাও অনীনা য়াম্না হম্বুবা চীঞ্জাক পীজখিবদুগীদমক্তা মখোয়গী মপূক্নিংদা করি থোক্লক্কনি হায়বগী অকিবা অমা পোকখি। মরম অদুনা মহাক্না নিংথৌ অদুদা মখোয় মতৈ-মনাও অনীবু ঙাকপীয়ু হায়না খুরুমজখি।

মথঙগী নুমীৎ অদুদা কোনুংদগী মী খরনা শীঙ চনবা নুপা অদুবু লৌবা লাকখি। মদুদা লায়রবা শীঙ চনবা নুপা অদুনা নিংথৌ অদুবু সেবা নীংথিনা

তৌখিদবগীদমক্তা মহাকপু দর্ন্দি শোয়দনা পীরগনি হায়না খল্লন্মী। মহাক্কী নুপী অদুসু মপুরোইবা অদুগী অৱাবা অদুদা শরূক য়ামিন্নরুগে হায়দুনা মহাক্কী মতুং ইল্লকখি। মখোয়না কোনুং য়ৌরকপা মতমদা নিংথৌ অদুনা মখোয়গী ফমফমশিং নীংথিনা পীবিরন্মী, অদুগা ফমফমশিং অদুদা ফম্বীয়ু হায়না কন্না কন্না তকশিল্লকখি। যজ্ঞদা মঙক কক্কদৌরবা শাশিংদা চৎনবী অমা ওইনা পীনবা ঈকাইখুম্নবা মখল অদুবু শীঙ চনবা নুপা অদুনা নীংশিংলকখি। যজ্ঞ অমা পাঙথোকপদা শাশিংনা ফংনবগুম্বা অতোপ্পা ঈকাইখুম্নবা মখল অমা মখোয় মতৈ-মনাও অনীদসু পীবিগদৌরে হায়না মহাক্না খনখি। করম্বা চৈরাকপু নিংথৌনা মখোয়দা পীরক্কদগে খনবদা মখোয় ৱারন্মী। মখোয়না ঈশ্বরদা মখোয়বু কনবীয়ু হায়দুনা থম্মোয়নুংদা মখোল থোক্তনা হায়জরন্মী। মখোয়না ঈশ্বরগী নোংদমবু য়াম্না কিনা ঙাইদুনা লৈজখি।

অদুদগীদি নিংথৌ অদুনা মঙোন্দগী করি বর নিনীংই হায়না শীঙ চনবা নুপা অদুদা হংলকখি। য়াম্না শাথীনা কিজরবা শীঙ চনবা নুপা অদুনা থক থক নীক্না হায়জরকখিঃ *ঐগা ঐগী নুপীগা ঐখোয় অনী অসি ঐখোয়গী য়ুমদদি য়ৌহনবীয়ু। ঐগী ঙক অসিদদি ককপীগনু।* নিংথৌ অদুনা মহাক্কী ৱা অদু তাবগা হায়রকইঃ *নহাকপু তমথীনা তৌগদবা তৌবীমল খঙদবা ফত্তবা মীশক অমদি ঐহাক নত্তে। ঐহাক হিংচাবা নত্তে। ঐহাক্না নহাকপু কৌবদি নঙোন্দা করিগুম্বা অমা পীদুনা তৌবীমল খঙবা উৎচগে তৌবনি। ঐনা নঙোন্দা লৌ-ইঙ্খোল পীরবসু নহাক্না লৌউবা মী অমা নত্তবনিনা কান্নরোই। অদুগা ঐহাক্না নঙোন্দা সনা-লুপা ময়াম অমা পীরবসু হূরানবনা হূরানবীখিনি, মরমদি নহাক্না উমংদা নহাক্কী নুপীগতা লৈবনি। ঐনা নঙোন্দা করি পীগনি? নহাক্ন। ঐহাক্কী অরাম-খৌরাংবা কোকহনবীখিবা অদুগী হায়রবদি ঐগী লৈবাক অসি নঙোন্দা পীথোক্রবফাওবদা ঐদি পেল্লোই। ফরে, হৌজিক্তি উমংদা লৈবা চা-চন্দন পাম্বীশিং হৌবা একর কুপ্পাগী লম অমা নখোয় নতৈ-ননাওদা পীরে। মদু ফজনা শীজিন্নরো, অদুগা নখোয় নুংঙাইজরো।* নিংথৌ অদুগী ৱাফম অদু হেক তাবমক্তদা মখোয় মতৈ-মনাও অনীগী পূক্নিংগী অৱাবা অদু হেক কোকখি, অদুগা মখোয়না নিংথৌ অদুগী মফমদা ঈকাইখুম্নবা উৎলম্লগা মখোয়গী উমংগী

য়ুমদা য়াম্না নুংঙাইনা হনখি। মখোয় অনীনা লম একর কুম্থ্রাদা হৌরিবা চা-চন্দন পাম্বীশিং অদু য়াল্লগা মৈ থারম্মী অদুগা মৈতাল ওইনা য়োনথোকপা হৌরকখি।

থা তরক্কী মতুংদা নিংথৌ অদুনা উমং অদুমক্তদা অমুক শাতানবা লাক্লম্মী। মহাক্না চাখিবা তল অদুগী মহাও অদু নীংশিংলক্তুনা শীঙ চনবা নুপা অদুবু থিরকখি। মহাক্না য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী, অদুবু চা-চন্দন পাম্বীশিং অদু মচেৎ মচেৎ ফল্লগা চা-চন্দন ওইনা য়োনবগী মহুত্তা অশিবা মৈতাল ওইনা য়োল্লি হায়দুনা মহাক্না হায়রকপা অদুদা নিংথৌ অদু য়াম্না নীংবা কায়রম্মী। শীঙ চনবা নুপা অদুনা অদুক য়াম্বা চা-চন্দন পাম্বীশিং অদুবু মৈ থারগা মৈতাল ওলহনখি। মরম অদুনা নিংথৌ অদুদগী ফংলকপা খুদোলপোৎ অদুগী কান্নবা অদু শীঙ চনবা মতৈ-মনাওনা খঙখিদে।

অদুমহায়না তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়না তাইবঙ মপুদগী মমল য়াম্না য়াল্লবা খুদোল অমা ওইনা ফংলিবা পৃন্সিগী নুমীৎশিংগী কান্নবা অদু খঙদে। ঐখোয়না মতম কুইনা চত্তবা সংসারগী পোৎশিং অমসুং তুং-কোইদবা নুংঙাইবশিংবু ফংনবা তানবদা পৃন্সিগী মমল য়াল্লবা নুমীৎশিংবু মচীৎ-মচীৎ চোয়জাইননা মাঙহল্লি, অদুগা ঐখোয়গী পৃন্সিবু অৱাবনা লোইবা নাটক অমা ওইহল্লি। মরম অদুনা ঐখোয়গী পৃন্সিগী নুমীৎশিংবু অরেম্বদা মাঙহনগুমসি। ❑

## ২২। ওক্কবা মচাবু ঙাকপীবা

*ঈশ্বরগী গুণনি ঙাকপীবা,*
*অশেঙবা ঈচেলনি স্বর্গগী,*
*চেহ্নরকই মালেম তম্না,*
*চেনখৎখি স্বর্গ তম্নসু;*
*অশেঙবা ধর্মনি ঙাকপীবা,*
*পূণ্যনি অতোপ্পবু ঙাকপীবা,*
*পাপনি ইশাবু ঙাকপীবনা;*

*ঙাকপীবগী মিংদি অচুম্বনি,*
*ঙাকপীবনা জয় ওইবনি;*
*ঙাকপীবনা লৈহন্দে অকিবা,*
*থাউমৈনি থম্মোয়বু ঙালহনবা,*
*খুৎলায়নি মুক্তি ফংনবা;*
*মরাল লৈবনি মীওইবদি*
*অমনা অমবু ঙাক্নসি,*
*ঈশ্বরনা নুংশিবী ঙাকপীহৈবশিংবু।*

নুপা অমগী মচানুপা অনীখক লৈরম্মী। নোংমদি মহাক্কী অতোনবা মচানুপা অদুনা মপাদা হায়রকখিঃ *বাবা! ঐহাক্কী লম শরুক পীরো।* মপানা মহাক্কী লম্পুম অমদি সম্পত্তি পূম্নমক মচানুপা অনী অদুদা চপ-মান্ননা য়েন্থোকপীরম্মী। নুমিৎ খরনিগী মতুংদদি অতোনবা মচানুপা অদুনা মহাক্কী সম্পত্তি পূম্নমক য়োম্থোক্লল্লগা অরাপ্পা লৈবাক অমদা চৎখিরম্মী। মহাক্লা মীরম অদুদা চাওখত্তবা পূন্সি খূৎলেন অমা লেন্দুনা মহাক্কী শেল-থুম পূম্নমক মাঙহনখি। মহাক্কী পৈশা-নুংশা পূম্নমক লোইখ্রবা মতুংদা য়াম্না শাথীরবা চাক্তাঙবা অমা মহাক্লা লৈরিবা মফম অদুদা থোকখি। মহাক্লা হিংননবগী উপায় অমতা লৈরক্রবা মতমদা লৈবাক অদুগী নাগরিক অমগী মফমদা চঙজরম্মী। নাগরিক অদুনা মহাকপু লৌবুক্তা ওকশিংগী চীঞ্জাক পীজনবা থারম্মী। মহাক্লা ওকশিংদা পীজরিবা চীঞ্জাক অদু খরদং ওইরবসু চাজবা ফংলবদি মহাক্কী অরাম্বা অদু খরদং ওইরবসু কোক্লগনি হায়না আশা কন্না তৌরকখি।

মমৈথংদদি মহাক চাক লাম্মনবদগী তৌফম-লাকফম করিমতা খঙলকখিদে। মহাক্লা অসুম্না খন্থবা হৌরকখিঃ *ঐহাকসিবু মমাঙদনা কনা ওইরম্বা অদুগা হৌজিক্লা করম্বা মীতা অমা ওইরক্রবা?* মহাক্লা মহাক্কী মপাগী মীনাইশিংদগী হেন্না তোল্লে হায়বদু মশানা খঙজরকখি। অদুদগীদি মহাক্লা ময়ুমদা হল্লগে হায়দুনা খল্লকখি। অদুবু মহাক্লা অরানবা কয়া তৌরুরবনিনা মপানা মহাকপু মচা অমা ওইনা খক লৌরম্লরোই হায়নসু অমুক খন্থরকখি। অদুমকপু মহাক্লা মপাদা মহাকপু

ঙাকপীয়ু অদুগা মহাক্কী মনাই অমা ওইনা শীজিন্নবীয়ু হায়জরুবগে হায়না থৌরাং তৌরম্মী। মরম অদুনা মহাক্না ময়ুম য়ৌনবা শাংলবা লম্বী অদুদা য়াম্না ৱানা লাকখি। মহাক্না ময়ুম য়ৌরক্লিঙৈদা মপানা মহাকপু হাম্না উরম্মী। মপানা মচানুপাগী অৱাবদু উখি, অদুগা মহাক্না মচানুপাবু য়াম্না নুংশিবগা লোয়ননা তরাম-তরাম ওকখি। মচানুপানা হায়রকখিঃ *পাবুং! ঐনা পাবুংগী নফমদা য়াম্না লানখ্রে। ঐহাকসে নচা অমনি হায়না কৌবদা মতীক চাদ্রবনি, ঐহাকপু পাবুংগী মীনাইশিংগী মনুংদা মীনাই অমা ওইনা লৌশিনবীয়ু।*

অদুবু মহাক্কী মপানা মনাইশিংদা হায়রকখিঃ *থুরো নখোয়, খ্বাইদগী ফবা অচোনবা ফুরিং অমা পুরকউ অদুগা ঈচাদা লীংপীয়ু। সনা-খুদোপ অমসু ঈচাগী খুদোনবীদা শিবীয়ু, অদুগা অহনবা খোঙউপশিং ঈচাগী মখোঙশিংদা তোংহল্লু। মীয়ামগী মমাঙদা ঐগী ঈচানুপানি য়ারে হায়বা উৎসি। অনোয়বা যণ অমা পুরকউ অদুগা মদু হাৎলু। ঐখোয়না উৎসব অমা তৌদুনা নীংশিং-নুমীৎ অমগী হৌনবীদু পাঙথোক্লসি। মরমদি ঐহাক্কী ঈচানুপা অসি শিরুরবনি অদুগা হৌজিক্না মহাক অমুক হিংগৎলক্লবনি।* উৎসব অদু য়াম্না নুংঙাইনা পাঙথোকপা হৌরকখি। মপাগী নুংঙাইবদা মীয়াম্নসু শরুক য়াখি।

মতম অদুমক্তদা মচানুপা অহল অদুদি ইংখোলদা থবক য়াম্না কন্না শুরম্মী। মহাক্না থবকশুবা লোইরগা য়াম্না থেংনা ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা মীয়াম্না ঈশৈ শকপগী অমদি খুবাক খুবগী মখোল তারম্মী। মহাক্না য়াম্না ঙকখি। মহাক্না মপাগী মীনাই অমা কৌরগা মখোয়গী য়ুমদা করি তৌরিবনো হায়না মঙোন্দা হংলম্মী। মীনাই অদুনা খুম্নকখিঃ *ননাওনুপা অদু ঙসি লোক্রে। নপাবুংনা অনোয়বা যণ অমা হাৎলগা ননাওনুপানা অশোক-অপন করিমতা য়াওদনা য়ুমদা হল্লকপগীদমক হরাওবা ফোঙদোক্লি।* ৱাফম অদু তাবদা ময়াম্বা অদুনা য়াম্না শাউরকখি, অদুগা মহাক ময়ুমদা চঙলকউ হায়বফাওবা য়াখিদ্রে। মরম অদুনা মপানা ময়ুমদগী মপান্দা থোরক্লুনা মচানুপা অহল অদুদা উৎসব অদু য়াওননবা হায়রকখি। অদুবু মচানুপা অহল অদুনা হায়রকখিঃ *পাবুং! ঐহাক থরায় য়াম্না নুংঙাইতে! য়েংউ! পাবুংগীদমক্তা চহী কয়ামুকসে ঐহাক্না থবক য়াম্না কন্না শুরক্লি, অদুগা পাবুংগী য়াথংশিংসু অমতা হিক্তোক্লকখিদে। অদুগা*

*হৌজিকফাওবদা পাবুংনা ঐঙোন্দা হায়েং মচা অমফাওবা পীবিদে; নৎত্রগা ঐগী মরুপ-মপাংশিংগা লোয়ননা চামিন্নবা চাকলেন অমফাওবা শীনবিখিদে। অদুগা ওক্তবীশিংগা লোয়নবদা পাবুংগী লম্থুম অমদি সম্পত্তি মাঙহনথ্রবা নচানুপা ওক্তবা অসিনা লাকপদদি পাবুংনা মহাক্কীদমক অনোয়বা যণ অমা হাৎপীবা! ঐহাক নুংঙাইতে।*

অদুদগীদি মহাক্কী মপানা মঙোন্দা য়ান্না তপ্না অমদি নুংশিনা হায়রকখিঃ *ঐগী নুংশিরবা ঈচানুপা! নহাক্তী মতম পুন্নমক্তা ঐহাক্কা লোয়নদুনা লৈবনি, অদুগা ঐহাক্কী লৈরিবা লম্থুম অমদি সম্পত্তি পুন্নমক অসি নহাক্কীনি! অদুবু কনাসু করিসু লৈজদ্রবা ননাওনুপা অসিবুদি ঐখোয়না তরাম-তরাম্না ওকপা তাবনি। মহাক অসি ঐহাক্কী ঈচানুপাখক্তা ওইবা নত্তে, নহাক্কীসু হেক পোকমিন্নবা ননাওনুপানিনে। য়ুমদা চঙলকউ লাউ, অদুগা ঐহাক্কী নুংঙাইবসিদা শরুক য়ারলাউ। মাঙলুরবা ননাওনুপা অদু হৌজিক্তি জ্ঞান তারক্তুনা য়ুমদা হল্লক্রবনি। অনৌবা মপোক অমা পোক্লক্রে হায়বা য়ারে।*

অদুমহায়না ঐখোয়না ঈপা ঈশ্বরদগী য়াম্না লাপথোক্লা চৎলগা নত্ত-নত্তবা ধর্মনা য়াদবা থবক কয়া তৌরুরবসু থীন্থবা তৌদনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজগদবনি। মদু ওইরবদি ঐখোয়বু ঈপা ঈশ্বরনা ওক্তবা অতোনবা মচানুপা অদুগুম তরাম-তরাম্না ওকপীগনি। ❑

## ২৩। থম্মোয়নবু শেংলবদি স্বর্গ কাই

হৌজিক্কী মতম অসিদদি মীগী ব্রাখল অসি য়াম্না মোৎলবনিনা মাগী লীচৎ-শাজৎসু মোৎলে। অদুগা মহাক্লা মহাক্কী থম্মোয় অদুবু মীগী মপাম্থোংগী অমোৎপা য়েংলুরগসু মোৎহল্লি, অদুগা অচুম্বগী মায়োক্তা থবক কয়া তৌরকই। কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা মীগী ফত্তবদুতা খন্দুনা লৈরগদি ফত্তবা অদুমক মহাক্কী মশাদা চঙশিল্লকই। ঐখোয়না খল্লিবদুনা ফত্তবা ওইরবা, মদুগী মমি অদু ঐখোয়গী থম্মোয়দা তাই। মরম অদুনা ঐখোয়গী পূক্লিংদা ফত্তবা ব্রাখলগী মফম খক

পীরোইদবনি। পূক্লিংবু শেংদোক্লগা ঈশ্বরগী মমি শেংনা তাহন্নবা লাক্লসি। অদু ওইরবদি শিরগা স্বর্গদা কাগান।

সন্ন্যাসী অমনা মন্দির অমগী মনাক্তা লৈরম্মী, অদুগা মহাকনা লৈরিবা মফম অদুগী মমাঙহেকমক্তদা ওক্তবী বেশ্যা অমা লৈরম্মী। নুপা ময়াম অমা ওক্তবী/কছুবী অদুগী য়ুমদা নুমীৎ খদীংগী লাকপদু উবদা সন্ন্যাসী অদুগী মপূক্লিংদা পোৎথাফম খঙলমখিদে। নোংমদি মহাক্লা নুপী অদুবু কৌরম্মী অদুগা ৱারক-ৱাতেম্বীবা ওইনা হায়রক্লম্মীঃ *নহাক মহাপাপী অমা ওইরে। নহাকনা করিমতা কিদবমখে অহিং-নুংথিল খাক্তনা পাপ তৌরি। ওঃ! নহাক্কী শিরবা মতুংদা য়াম্না ৱাগদৌরিদা। নহাক নরক্তা তারনিদো!*

লাইবকথীবী ওক্তবী অদুনা মহাক্লা তৌরিবা থবকশিং অদুগীদমক্তা অঙকপা ফংনা থৱায় ৱাজরম্মী। মহাক্লা থম্মোয়নুংগী মপূংফাবা অনুতাপকা লোয়ননা মহাক্কী মরালবু ঙাকপীয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরম্মী। কছুবী খনবনা মাগী শিনফম ওইখিবা মরম্না মহাক্লা অতোপ্পা হিংনবা পাম্বে অমা ঈরায়-লায়না হেক্তা ফংবা ঙমখিদে। মহাক্কী হকচাঙনা পাপ তৌজরবসু মহাক্কী থম্মোয়নদি মহাকপু ঙাকপীয়ু হায়দুনা হন্না হন্না থৱায় য়াওনা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরকখি।

ওক্তবী বেশ্যা অদুনা সন্ন্যাসী অদুগী পাউতাক মতুংইন্না চৎপা ঙমখিদে। মহাক্কী পাউতাকপু অর্থ লৈহন্দে হায়বসি সন্ন্যাসী অদুনা উরম্মী, অদুগা মহাক্লা খল্লকখিঃ *ফরে, কছুবী অসিগী লেমহৌরিবা পূন্সি অসিদা নুপা কয়ামুক মঙোন্দা চঙবগে হায়বদু য়েংলগে।* নুমীৎ অদুদগী হৌদুনা সন্ন্যাসী অদুনা মথৌ অমা ওইনা ওক্তবী নুপী অদুগী য়ুমদা চঙখিবা নুপা হেক খুদীংগী নুঙ-মচা অমমম মাগীদমক থল্লগা নুপা মশীঙ থীবা হৌরকখি। মতমগী মতুংইন্না মমৈথংদদি নুঙ-মচাশিং অদুনা অচৌবা নুঙ-মপৈ অমা ফারকখি। নোংমদি অচৌবা নুঙ-মপৈ অদুদা খুদোনবী থিল্লগা সন্ন্যাসী অদুনা ওক্তবী অদুদা হায়রকখিঃ *হে নুপী! মসিদা পৈরিবা নুঙ-মপৈ অসি নহাক খঙলব্রা? ঐনা নঙোন্দা ফত্তবা লীচৎ-শাজৎ চৎলনু হায়দুনা পাউতাক পীখিবা নুমীৎতুদগীস্তু নহাক্লা শিবগা মান্নরবা পাপ ময়াম অমা অকিবা লৈতনা তৌরক্লি। নুঙ-মপৈ অসিগী নুঙ-মচা অমমমনা*

*নওগী শিবগা মান্নরবা পাপ অমমমনি। হৌজিকসু ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসিনিঃ নহাক্না তৌরিবা ফত্তবা থবক অদুগীদমক্তা চোকশিল্লু।*

মরায়বক থীরবী ওক্তবী অদুনা মহাক্কী পাপশিংগী মপৈ অদু উবদা পাখৎখিদুনা থক থক নীকখি, অদুগা উপায় অমতা লৈজদদুনা মমীৎতা মপি চদূম চদূম শীন্থরগা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরকখিঃ *হে প্রভু, ননাইনা লেপ্লিবা রারবা পূন্সি অসিদগী ননাইবু লাপ্তোকপীররোইদ্রা?* মহাক্না থম্মোয় শোক্না তৌজবা প্রার্থনা অদুবু ঈশ্বরনা তাবীখি; অদুগা নুমীৎ অদুমক্তদা ওক্তবী অদুবু ঙাকপীহৈবা জগৎকী মপুনা লৌশিনবীখি।

অঙকপনি ঈশ্বরগী ৱাখৈসি। সন্ন্যাসী অদুসু নুমীত্তুমক্তদা শিখি। ঈশ্বরগী দূতশিংনা স্বর্গদগী কুমথরকখি অদুগা ওক্তবী অদুগী আত্মা অদুবু স্বর্গগী লৈবাক্তা পুখৎপা হৌরকখি। অমরোমদনা অমুক যমরাজগী দূতশিংনা সন্ন্যাসী অদুগী আত্মাবু নরক্তা পুথবা হৌরকখি। ওক্তবী অদুগী অফবা নোংদমদুবু উবদা সন্ন্যাসী অদুগী আত্মানা লাউরকখিঃ *মসিরা ঈশ্বরগী মীচঙ-মীখায় নাইদবা মতৌ হায়বদো? ঐনা পূন্সি চুপ্পা শেল-থুম তান্দবমখৈ ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙজনবা কল্লা হোৎনখি অদুগা ঐবু হৌজিক নরক্তা পুথবীরবা! অমরোমদনা অমুক পাপনা য়োমখিবী ওক্তবী অদুগী আত্মাদুবুনা স্বর্গদা পুখৎপীখিবা!*

সন্ন্যাসী অদুগী আত্মানা হায়বদু তারগা ঈশ্বরগী দূতশিং অদুনা হায়রকখিঃ *ঈশ্বরগী ৱাখৈশিংদি মতম লৈবা খিবিক্তা চুম্মনি। নহাক্না করি করি খনখিবগে হায়বদু ঈশ্বরনা খঙখি; মরম অদুনা নহাক্কী ৱাখলগী মতুংইন্না ঈশ্বরনা ৱাখৈ পীবনি। নহাক্কী মপান্দা নহাক মঙাইরে হায়না উৎপা পামই, নাপল তৌই, মিংচৎনচিংবা ফংনবা হোৎনৈ, মদুনা মরম ওইরগা ঈশ্বরনা ৱাখৈ অসি নঙোন্দা পীবনি। নহাক্কী থম্মোয়নদি ঈশ্বরবু থরায় য়াওনা নুংশিরদে। ওক্তবী অসিদি মহাক্কী হকচাঙনা মতম অয়াম্বদা পাপ য়াম্না তৌজরবসু অহিং-নুংখিল নাইদনা থরায় য়াওনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবা লেপ্তে। য়েংউ, নহাক্কী হকচাঙ অমসুং নুপী অদুগী হকচাঙ অনীদুদা তৌরিবসে। নহাক্কী হকচাঙনা পাপ তৌখিদবা মরমদগী হিংহৌরিবা মীয়াম্না নহাক্কী হকচাঙবু ফজ-ফজরবা মখল কয়াগী লৈশিং অমদি লৈ-পরেংশিং পুরক্লুনা লৈতেংলি, অদুগা*

*ঈশৈ-নোংমাইগা লোয়ননা অশেঙবা তুরেল তম্না সভাযাত্রা চৎলি, অদুগা অমরোমদনা পাপনা থল্লবী কচুবী অদুগী হকচাঙ অদুদি লমহূইশিং অমদি লংজাশিংনা হৌজিক হৌজিক মচেৎ-মচেৎ শেগায়রগা চারি। অদুম ওইনমক কচুবী অদুগী থম্মোয়দি শেংই, মরম অদুনা মহাক্না অশেঙবা মফম স্বর্গদা চৎপনি। নহাক্কী থম্মোয়দি মতম লৈবা খ্বিবিক্তা কচুবী অদুগী রাখলদা লূপ্তুনা লৈখিবনা শেংদে। মরম অদুদগীনি নহাক্না শেংদবা মফম নরক্তা চৎলিবসে। থম্মোয়দা ওক্তবা ওইবদি নহাক্কি, নুপী অদুদি থম্মোয়দা ওক্তবী ওইদে।*❑

## ২৪। শেংদবা চীঞ্জাক্কী ফল

গুণগী মতুংইন্না মীওইবগী চীঞ্জাকসু সত্ত্বগী ওইবা, রজঃগী ওইবা অমসুং তমঃগী ওইবা হায়দুনা মখল অহুম থোক্না খায়দোকই। চীঞ্জাক হায়বসি মীগী মীওঙ অমসুং পূক্লিং শেম্নবা মরুওইবা মচাক অমনি। চীঞ্জাক্না মীওইবগী হকচাঙ অমসুং পূক্লিংবু য়োকখৎলি অমসুং পাঙ্গল কলহল্লি। ঐখোয়না ওইরিবসি ঐখোয়না চাখিবদুনি। মরম অদুনা ঐখোয়না পূন্সিগী অশেঙবা পান্দম অদু ফংগে হায়রবদি অশেঙবা চীঞ্জাক চাগদবনি। সত্ত্বগুণ চেনবা মীনা পূন্সি তোলোইগদবা, পূন্সিগী পাঙ্গল হাপকদবা, মহাও শেংনা লৈবা, পূক্লিং লৈতানা লৈহনগদবা, থম্মোয় নুংঙাইহনগদবা, লায়না-তীন্না কোকহনগদবা, থুম য়াক্তবা, থম্মোয় ফহনগদবা চেঙ, গেহু, শঙ্গোম, হৈ-রা, মনা-মশিং, খোইহীনচিংবা অশেঙবা চীঞ্জাকশিং অসি শীজিন্নে। রজঃগুণ চেনবা মীশিংনা খামনবা, ফকমনবা, থুম্মনবা, মোরোক শামনবা, হকচাঙ শাগৎহনবা, অশাবা, পূক্লিং অমদি হকচাঙদা অৱা-অনা পোকহনবা, য়াম্না য়াকপা, তিলহৌ, চনম, মসলা য়াম্না থাকপা অমদি মরেক-মহাও কনবা চীঞ্জাকশিং চাগনি। মসিগুম্বা চীঞ্জাক অসিনা মীবু ময়াই-কাহল্লি, ঙাওহল্লি অমদি হকচাঙ ফৎহন্দে। তমঃগুণ চেনবা মীশিংনা মহী য়াওদবা, মহাও য়াওদবা, পুমদুনা মনম নমথীরবা, অহিং-লেল্লবা, লুখাক ওইরবা অমাংবা চীঞ্জাকশিংবু য়াম্না পামজনা চাগনি। অশেঙবা চীঞ্জাক চাবনা পূক্লিং অমসুং

হকচাঙবু নুংঙাইহল্লি। ময়াইকাবা চীঙ্গাক চাবা অমদি থকপনা হিংসাবু থৌগৎলি, পূক্লিংদা শান্তি লৈহন্দে অদুগা লায়না কয়া পোকহল্লি। রজঃ অমসুং তমঃগী ওইবা চীঙ্গাক চারবদি পূক্লিংবু ফাদুনা থন্নগা নত্তবা লম্বীদা চৎখিদনবা থম্না ঙমদে। মরম অদুনা ঐখোয়না চীঙ্গাক্কী মরমদা চেকশিনবা চুম্মি।

সত্ত্বগী ওইবা চীঙ্গাক্না হকচাঙবুসু পূক্লিংবুসু কনখৎহল্লি, অদুগা রজঃগুণ অমসুং তমঃগুণগী ওইবা চীঙ্গাক্না হকচাঙ ফহন্দে অমসুং পূক্লিং মোৎহল্লি। হকচাঙ অমসুং পূক্লিং শেংদ্রবদি কনা অমতনসু ধর্ম্মগী অকারম কাবা ঙম্লোই। হকচাঙদা লায়না পল্লকপা, পূক্লিং শোম্ব্বরকপা, ধর্ম্মবু থৌশা-ব্রাশাদবা, আত্মাগী নৎত্রগা ঈশ্বরগী ব্রাখল খন্দবনচিংবশিং অসি অরানবা নৎত্রগা শেংদনা চীঙ্গাক্না থোকহল্লকপনি। অদুগা চীঙ্গাকশিং অদুনা চাবা য়াবা পোৎশিং ওইরফাওবদা শাবনা মনিল ফোঙ-ফোঙ কারিঙৈদা চাফদে। ঙসি ঈশিংদা থোংবা চীঙ্গাক্কু মথগুগী নুমীত্তদি চারোইদবনি অদুগা থাউদা তাউরবা অচাপোৎশিংবুনা মনম নমথীদ্রিঙৈদা চাহৌগদবনি নৎত্রবদি মদুনা অফবা ফল ফংহন্দে।

ঐখোয়না চাগদৌরিবা চীঙ্গাক্কী অশেঙবা অহুমখক লৈ— (১) চান-থক্লবা পোৎশিং অদুগী অশেঙবা, (২) চীঙ্গাক থোং-থাক্লিবা অমদি চীঙ্গাক হাপ্লিবা পাত্রশিংগী অশেঙবা অমসুং (৩) চানবা চীঙ্গাকশিংবু থোং-থাক্লিবা অমদি য়েম্থোক-য়েনশিন তৌরিবা মী নৎত্রগা মীশিং অদুগী অশেঙবা। চীঙ্গাকশিং অদুবু অফবা নৎত্রগা অচুম্বা পাম্বৈনা ফংহল্লক্কদবনি। ফত্তনা, চুমদনা অমদি শেংদনা তাল্লকপা চীঙ্গাক অমতা কনাগুম্বা অমগী য়োক-থাকপদা শীজিন্নরোইদবনি। চীঙ্গাক অদু ফংলকফম অদুমক্তদা শেংদ্রবনি। চীঙ্গাক্কী ফংফমসু অদুগা ফংলকনবা থবক্কী পোরমসু লোইনমক শেংমিন্নগদবনি। থোংনবা অমদি হাপ্নবা পাত্রশিং অদুসু অমোৎ-অকায় করিমতা পকহন্দনা তরু-তহেনহনগদবনি। সেবা তৌরিবা নৎত্রগা তৌরিবী মহাক অদুসু মফি-মরোল লু-নানগদবনি। মঙোন্দা তুক্কচবা, অশাউবা, পূক্লিং-ব্রাবা অমসুং থওই-ব্রাওইদবা মওঙ অমতা অচা-অথক শেম্লিঙৈ অমদি য়েল্লিঙৈদা লৈরোইদবনি; মহাক্কী মায়থোঙসু হরাও মকা লামগদবনি অমসুং মশা ঋীং-ঋীং লাউগদবনি; মহাক য়াম্না নোল্লুক্কদবনি অমসুং নুংশিবা মপূংফানা লৈগদবনি। চাবা অমদি থকপা তৌরিবা মীশিংবু সেবা তৌবা মতমদা নত্তবা

শাজৎকী মাঙহন্নীংঙাই ওইবা ৱাখল অমতা সেবারীগী পূক্নিংদা লৈরোইদবনি। অদু নৎত্রবদি চারি-থক্লিবা মী অদুনা ধর্ম্মগী লম্বী চৎপদা সেবারী অদুগী ফৎত্রবা ৱাখলশিংগী খঙবদা লুরবা শাহুমশিংনা খোঙদারগনি। সাধকশিংগীদমক্তা মসি য়াম্না লুরবা ৱাফমনি। ৱাফম অসিগা মরী লৈনবা ৱারী অমা লৈঃ

মালুর হায়না কৌবা মফম অমদা ধর্ম্ম লৈবা ব্রাহ্মণ পন্দিত অমা লৈরম্মী। মহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা ঈশ্বরগী পূজা তৌরম্মী অদুগা ধ্যান তৌবদা পূক্নিং য়াম্না চঙলম্মী। লমচৎ-শাজৎ ফজবগীদমক্তা মহাকপু মায়কৈ থুংনা খঙনরম্মী। নোংমগী নুমীৎ অমদা নিত্যানন্দ কৌবা সন্ন্যাসী অমনা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অদুগী য়ুমদা ভিক্ষা নিবা লাক্লম্মী; মদুদা ব্রাহ্মণ অদুনা অঙকপা ফংনা নুংঙাইজরম্মী। মহাক্না মথঙগী নুমীৎতা সন্ন্যাসী অদুগা চাক চামিন্নরগা ঈকাইখুম্নবা উচ্চগে হায়দুনা মঙোন্দা হায়জরম্মী। সন্ন্যাসী অদুনসু য়াবীখি। মথঙগী নুমীৎ অদুদা সন্ন্যাসী অদুবু তরাম-তরাম্না ওক্লবা থৌরাং নীংথিনা তৌখি। সন্ন্যাসী অদু লাকখি। অদুবু, খুদক্তা, মহাক্কী নুপী অদু মশা মাংলক্লুনা চাক-থোংবা য়ারকখিদে। য়ুম্লোন্নবী নুপী অমবু চাক থোংহনখি। ৱারী-ৱাতাই শানদুনা পূম্নমক নুংঙাইবা য়াবমখৈ নুংঙাইমিন্নরগা চাক চামিন্নখি। মমৈথংদদি সন্ন্যাসী অদুনা পূখম মনাক্তা লৈরিবা লুপাগী তেঙ্গোৎ অদুবু হুরাল্লগে হায়না খল্লকখি। মদুগী ফত্তবা ৱাখল অদুনা ইস্লিল্লকপদগী সন্ন্যাসী অদুনা লুপাগী তেঙ্গোৎ অদু মহাক্কী অচোনবা ফুরিৎ অদুগী মনুংদা লোৎশিল্লগা পুখি। মমৈথংদা মহাক্না তৌরুরিবা হূরানবগী থবক অদুগী ফত্তবা অদু খল্লুরগা অহিং অদু তূম্না য়াখিদে। মহাক্না ব্রাহ্মণ অদুগী ময়ুমদা চৎলগা হূরাল্লুবা তেঙ্গোৎ অদু মঙোন্দা পীশিল্লম্মী, অদুগা ব্রাহ্মণ অদুগী মখোঙদা তুদুনা অনুতাপকী পি মখজায়দা শীন্থরগা *ঙাকপীয়ু* হায়না হায়জরম্মী। মী পূম্নমক্না মহাক্কী মতৌ অদু উবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। মখোয়গী মরক্তগী মীশক অমনা হায়রকখিঃ *মহাক্না তৌরুরিবা হূরানবগী থবক অদু কনাগুম্বা মরমচৎ ফত্তবা নৎত্রগা ফত্তবী মীশক অমনা থোংবা চীঞ্জাক (চাক) চারুবদগী শোয়দনা ওইরমগনি। সন্ন্যাসী অসিদি অদুক হাক্না মরাল লৈরম্রোই।*

মখোয়না য়ুম্লোন্নবী নুপী অদুগী মপূক্সিদা থোকখিবা থৌদোক পরেংদু নৈনরুবদদি মহাক অদু নমহৎপা ঙমদ্রবা হূরানবী অমা ওইরমখি। মঙোন্দা লৈরিবা

উবা ফংদবা হূরানবগী ঈহূন অদুগা মহাক্না থোংলিবা চীঞ্জাক অদুগা শম্নরুবদগী চীঞ্জাক অদু শেংহনখিদবনি। মহাক্না থোংবা চীঞ্জাক চারুবদগী সন্ন্যাসী অদুনা লুপাগী তেঙ্গোৎ অদু হুরানখিবনি। মরম অদুননি সাধকশিংনা আধ্যাত্মিক্কী অৱাংবা থাক অমা কাখৎলকপা মতমদা উহৈ-ৱাহৈশিং অমদি লৈনুংদা পানবা আলুনচিংবা পোৎশিংখক্তা চারগা হিংগদবনি হায়না পাউতাক্করিবসে। ❑

## ২৫। তপ, দান অমসুং ত্যাগকী মখলশিং

তপ, দান অমসুং ত্যাগ হায়বশিং অসিসু গুণগী মতুংইন্না মখল অহুম অহুম থোক্না খায়দোকই। তপতি হকচাঙগী, ৱাঙাঙগী অমসুং পূক্লিংগী তপ হায়বা তপ মখল অহুম লৈ। দেবতাশিংবু, ব্রাহ্মণশিংবু, লাইনীং-লম্বী তাকপীরিবা গুরুশিংবু, পণ্ডিতশিংবু, ঈমা-ঈপাবু অমদি ঈথক-থোংবা মীশিংবু খুরুম্বনচিংবা তৌদুনা পূজা তৌবা, নুং-পান শেংদোকপা, ঈচম-চম্না লেনবা, ব্রহ্মচার্য্য ঙাক্তুনা লৈবা, শাস্ত্রনা তাকপা থবক তৌবা অমসুং জীব অমতদা পূক্লিং অমসুং হকচাঙগী অৱাবা পীদবনচিংবশিংসি হকচাঙনা তৌবা তপনি। মসিগী তপ মখল অসিদি হকচাঙ অমসুং হকচাঙগী মতীক-মঙমশিংবু জীব পুম্নমক্কী সেবাগীদমক, ঈশ্বরবু ঈড়াৎনবগীদমক, পূক্লিং-হকচাঙ ফনবগী শাজেল শান্নবগীদমক, ইন্দ্রিয়শিংবু মাঙনীংঙাই ওইবা লম্বীদা চৎখিদনবা ফাজিন্দুনা থম্নবগীদমক শীজিন্নবা হায়বদুনি।

অদুগা ৱা-ঙাঙবগী তপ হায়বদুনা মীগী পূক্লিং নাহল্লোইদবা, অচুম্বা, নুংশিবা, তানীংবা অমদি কান্নগদবা ৱা ঙাক্তা ঙাঙবনি, অদুগা ঈশ্বরগী মিংলেন চাং-নাইনা শোনবনি। ৱা য়াম্না কা-হেন্না ঙাঙলোই, মীনম্বা ৱা হায়রোই, মীবু তুংদা হুন্দুনা ঙাঙবা তৌরোই, কৈদৌনুংদা কন্থা-কঞ্জাওননা ৱা খক ঙাঙলোই, থোৎন-নৌনা অমদি খোইথুম্নুনা ৱা ঙাঙগনি। মরুওইনা মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরবু নীংশিংদুনা ৱা ঙাঙগনি।

অদুগা পূক্লিংগী তপ হায়বদুনা পূক্লিংবু তরু-তরুনা মকালাম্না ঈংনা থম্বদুনি, তমথীবা পূকচেল চেলহন্দনা নুংশি-থৌজাল লৈহনবদুনি, ৱা-ঙাঙদনা আত্মাদা

ধ্যান তৌবদুনি অমসুং লৌথূপ-লৌকোই লৈতবদুনি। মদুনা তাকপদি পূক্লিংদা লাঙতক্লবা, খোয়রাংবা, তুক্কচবা, অকিবা, অৱাবা, মিহৌবা অমসুং চাউথোকপা হায়বনচিংবা ফত্তবা পূক্লিং-ঈহুনশিং অদুবু লৈহন্দবনি। থৱায় পানবা পূন্নমকপু নুংশিবগী ৱাখলনা পূক্লিংবু পীক থলহনগদবনি।

মথক্তা পনখ্রিবা তপ মখলশিং অসিবু করিগুম্বা মীরম্লেনগী কান্নবা মহৃয় অমতা ফংনীংলুদনা অমসুং ঈশ্বরগী পেন্নবা হায়দুনা পূক্লিংবু লাকশিন্দুনা ঈশ্বরবু থাজবগা লোয়ননা তৌরবা মতমদা মখোয়দু সত্ত্বগুণগী ওইরে। অদুগা মিংচৎ ফংননবগীদমক্তা, মীনা ঈকাই-খুম্নবীবা অমসুং থৌগল তৌবীবা পান্নবগীদমক্তা অমদি উৎচনীংবা মরমগীদমক্তা চাউথোকপা নাপল অমা য়াওনা পাঙথোক্লিবা তপ অদুদি রজঃগুণগী ওইবা তপনি। মখল অসিগী তপতি মরাসু চেত্তে, তুংসু কোইদে অদুগা অরেপ্পা মহৃয়সু লৈতে। অদুগা পঙবদগী মশানা মশাবু ৱাহনবগা লোয়ননা নৎত্রগা অতোপ্পবু মাঙহন-তাকহন্নবগীদমক্তা তৌরিবা তপ অদুবুনা তমঃগুণগী ওইবা তপনি। মখল অসিগী তপ অসিদদি ফংবা য়ারোইদবা ফল অদুবু ফংগে হায়দুনা কন্না হোৎনৈ।

দান তৌবা হায়ৱসিসু গুণগী মতুংইন্না দান মতৌ মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই। সত্ত্বগী মওংদা দান তৌরিবমখৈদি ইফদ-ফৈ। দান তৌবা মতমদা দান তৌরিবা মী অদুনা দান তৌগদবা মফম, মতম অমদি দান অদু ফংগদৌরিবা মী অদুগী লমচৎ-শাজৎ অমদি পূকচেল অদু য়াম্না মুন্না য়েংলগা দান তৌগদবনি। অদুননি *দেশ, কাল অমসুং পাত্র য়েংলগা দান তৌগদবনি* হায়নরিবসে।

অতোপ্পগী কান্নবগীদমক্তা মথৌ অমা ওইনা পীফম থোকপনি হায়না মহৃৎ-মরেংগী ৱাখল লৈতনা, মফম চানা, মতম চানা অমসুং ফংবা য়াবা মতীকচাবা মীতাদা পীবা দান অদুবু সত্ত্বগী ওইবা দাননি হায়না লৌনৈ। মসিদি অফবা দাননি। দানগী মরমদদি বলি মহারাজগী দান হায়নরি। বলি মহারাজনা ব্রহ্মান্দগী লোক পূম্নমকপু জয় তৌদুনা লৌশিল্লম্মী। নিংথৌ অমনা অতৈ অতোপ্পা নিংথৌশিংগী লৈবাকশিংবু মপাঙ্গলনা লৌশিনবা ঙম্লবদি, অসুম্না ফংলকপা লৈবাকশিং অদুদা মহাক্কী অধিকার মতীক-চানা লৈনরম্মী। মরম অদুনা বলি মহারাজনা ব্রহ্মান্দগী লম পূম্নমক্কী মপু ওইরম্মী। মদুগী মতুংদা মহাক্লা

ব্রাহ্মণশিংদা দান য়াম্না তৌনীংলকখি। নোংমদি শ্রীভগবাননা ব্রাহ্মণ ভিক্ষারি অমা শারগা মহাক্কী খোঙফম অহুমগী লম বলিদগী নিরম্মী। ভগবান ইবুংঙো মহাক্কী পুম্নমক্কী মপু ওইবনিনা বলি মহারাজদগী লম পূম্নমক লৌশিনবা ঙম্লম্মী, অদুবু নিদনদি লমশিং অদু বলিদগী ইবুংঙো মহাক্না লৌনীংলমদে, মরমদি বলিগী লমশিং অদু নিংথৌ অমগী অধিকার অমা ওইনা ফংবা লম ঙাক্তা ওইরম্মী। ভিক্ষারি অদুনা বলি মহারাজদগী পীকখ্রবা দান অদু নিশিন্নবা মতম অদুদা বলি মহারাজগী গুরু শুক্রাচার্য্যনা ব্রাফম অদু য়াবীরুনু হায়না বলি মহারাজদা হায়জরম্মী, মরমদি বামনদেব অদু ভিক্ষারি শাশিন্নবা বিষ্ণুমক্নি হায়বা শুক্রাচার্য্যদি খঙলম্মী। বলিনা মদু মহাক্কী গুরুদগী খঙলবা মতুংদা মহাক্না মহাক্কী গুরুগী য়াথং অদু ঙাক্লীংলমখিদে। মরম অদুনা ব্রাহ্মণ ভিক্ষারি অদুনা নিরকপা লম অদু মহাক্না পীজগে হায়না য়াজখি। য়ানখিবা অদুগী মতুংইন্না বামনদেবনা বলি মহারাজগী লম পূম্নমক মখোঙ অনীনা থন্না কুপখি। অদুদগীদি মহাক্কী অহুমশুবা খোঙফম অদু থম্নবা লম পীরো হায়না বলি মহারাজদা হায়রকখি। বলি মহারাজনা বামনদেবগী লেমহৌরিবা অহুমশুবা খোঙফম অদুবু মহাক্কী কোকথক্তা থমহল্লম্মী। মদুদা  মহাক্না হরাওজখি। মতৌ অদুম্না বলি মহারাজনা মহাক্কী লৈজবা লম পূম্নমক মাঙখিবগী মহুত্তা শ্রীভগবানবু মহাক্কী মতম পুম্বগী লোয়নবা অমা ওইনা ফংজদুনা নুংঙাইখি।

অদুবু দানদু করিগুম্বা মহুৎ-মনাই ওইনা ফংবগী ব্রাখলগা লোয়ননা নৎত্রগা মশাগী ওইজবা অমা তুংদা ফংনবগী আশাদা পূক্নিং ৱানা পীরবদি নৎত্রগা মদু পাম্মু পাম্মুনা পীনীংদনা খুল্লং-লম্মনগী মওঙদা পীরবদি মদু রজঃ গুণগী ওইবা দান কৌরে। অদুগা তৌফম থোকপা হৌনবী নীংথি-নুংঙাইনা তৌদনা নৎত্রগা সম্মাণ য়াওদবমখৈ উশিৎতবগা লোয়ননা পীফম থোক্তবা অরানবা মীদা মফম অমদি মতম য়েংদনা পঙপীদা পীরিবা নৎত্রগা পীবা মতমদসু চৈ-থাংদুনা মীগী মবুক নাহনবা ওইনা পীরিবা দান অদুবুনা তমঃ গুণগী ওইবনি। দান লাননা পীবগী ৱারী অমসু লৈঃ

মতম অমদা শা-হাৎলগা কক্তুনা য়োনবা নুপা অমনা ষণবী অমা অরাপ্পা শাহাৎফম অমদা পুরক্লম্মী। মহাক্না থীনা তৌবীমনবদগী ষণবী অদু লম্বীদা

লাকওম-ফাওন্নকখিদে। মহাক্না ষণবী অদু লাক্লবদা য়াম্না ব্রারকখি। অদুবু পূং খরগী মতুংদদি মহাক্না য়াম্না ব্রানা নুমীৎয়ুংবা মতমদা খুঙ্গং অমদা য়ৌরকখি, অদুগা মহাক্না য়াম্না চোকথরক্তুনা নক্লবদা লৈবা লৈত-লায়রশিংগী *অনাথ-আশ্রম* অমদা চৎলম্মী, অদুগা মফম অদুদা লেম্না পীজ-পীথক তৌরিবা চীঞ্জাক অদু চারম্মী। মরাঙ-কায়না চারবা মতুংদা মহাক্কী মশাদু মপূংফানা তেকখৎলক্লবদুদদি মহাক্না ষণবী অদু ঈরায়-লায়না পম্লুংফম য়ৌবফাওবা পুবা ঙমখি। অদুদগীদি ষণবী অদু হাৎলগা মতূপ-মতূপ কক্তুনা য়োনখি। হৌজিক্তি ষণবী অদু হাৎপগী পাপ খরদি *অনাথ-আশ্রম* অদুগী লেম্না পীজ-পীথক তৌদুনা দান তৌরিবা মীশক অদুদা তাখি।

মরম অদুনা চীঞ্জাক ওইনরিবা পোৎ অমা দান ওইনা পীবদা নৎত্রগা ভিক্ষা পীব-ফাওবদা দান ফংগদৌরিবা মী অদু লীচৎ শাজৎ ফজদবা অমদি পাপ তৌবা মীশক অমা নত্তে হায়বসি হান্না মুন্না য়েংদুনা খঙদোক্কনি। ফত্তবা মীদা ফত্তবা থবকশিং পাঙথোক্লবগীদমক্তা দান পীবা চুমদে, পাপনি।

ত্যাগ নৎত্রগা থাদোকপা হায়বদুসু গুণগী মতুংইন্না মখল অহুমথোক্না খায়দোকই। শাস্ত্রনা হায়বা তৌফম থোকপা থবকশিং অদুবু তৌদনা থাদোকপা হায়বা অসি অচুম্বা নত্তে। খঙদবদগী নৎত্রগা তনবদগী নৎত্রগা থৌওইদবদগী অফবা থবকশিং তৌববু কনাগুম্বা অমনা থাদোক্লবদি, অদুগুম্বা মহাক্কী মথাদোক অদু তমঃগুণগী ওইবা মথাদোক ওইরে। মসিদি অজ্ঞানগী মতৌনি। অদুগা কনাগুম্বা অমনা অমুক মহাক্কী তৌফম থোকপা মথৌবু অব্রাবনি নৎত্রগা পূক্লিং অমদি হকচাঙদা ব্রাইচিন্নীংঙাইগী মশক্লি হায়না কিদুনা থাদোক্লবদি মহাক অদু রজঃগুণদা লৈরে, অদুগা মহাক্না থাদোক্লিবা মথাদোক অদুনা রজঃগুণগী ওইরে। অসিগুম্বা মথাদোক অসিনা কনাদসু অশেঙবা থাদোকপগী মহয়দু ফংহনবা ঙমদে। অদুগা সত্ত্বগুণ চেনবা মীতানা পূকচেল-শেংনা মশাগী মহৌশাগা চূশিন্নবা অমদি তৌফম থোকপা অশেঙবা মথৌশিং অদুবু তৌবদা ওইজনাম পুজনামগী নৎত্রগা মনা ফংনীংবগী *ব্রাগুল* অমসুং *ঐ থৌবুনি* হায়বগী নাপল থাদোকই। মদুগী মথাদোক অদুবুনা সত্ত্বগী ওইবা *সাত্ত্বিক ত্যাগ* কৌই। ❑

# ২৬। যোগক্ষেম

অপাম্বা করিমতা য়াওদনা থবক পূম্নমক ঈশ্বরদা কখোকপা ওইনা তৌরবদি মুক্তি ফংবগী লম্বীদা য়াম্না চঙশিল্লক্লবনি, মুক্তি ফংবা য়ারবনি হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ। ঈশ্বরনা লাইনীংলোইশিংগী *যোগক্ষেম* পুবী। *যোগক্ষেম* হায়বদুগী অওইবা অর্থদু লাকশিনবদা য়াম্না ৱানা থোকই। সাধকশিংগীদমক্তদি মখাগী শ্লোক অসি ব্রহ্মজ্ঞান ফংননবগী মরূ-ঈহুন তম্ফমনিঃ

*অনন্যাশ্চিন্তয়ন্তো মাং*

*যে জনাঃ পুর্যুপাসতে॥*

*তেষাং নিত্যাভি যুক্তানাং*

*যোগক্ষেমং বহাম্যহম॥*

শ্লোক অসিবু থবক্তা থবক ওইনা ওম্থোক্লবদি গীতা অপূম্বা লৌশিনবা ঙমগনি। শ্লোক অসিগী মরমদা ৱারী কয়া অমা লীনরি। ৱারীশিং অদুগী মনুংদগী অমখক্তং থমজগেঃ

মতম অমদা য়াম্না খঙ-হৈরবা পণ্ডিত অমনা নিংথৌ অমগী সনা-কোনুংদা চৎলগা স্না-মাঙদা গীতাগী মরমদা ৱারী-ৱাতাই তৌরম্মী। নোংমদি মথক্কী শ্লোক অসিগী মতাঙ লাকখি। পণ্ডিত অদুনা শ্লোক অসিগী অর্থশিংবু থৱায় য়াম্না য়াওনা শুগায়না নৈনরম্মী। নিংথৌ অদুনা য়ানীংদনা হায়রকখিঃ *অর্থ অদু চুমদে।* লাইবকথীরবা পণ্ডিত অদুনা নিংথৌ ময়াম অমগী কোনুংশিংদদি থাগৎনঙাই ওইবা কোক-লৈবগী সম্মানশিং ফংগ্রবনি অদুগা মখোয়না উপাধি কয়া অমসু পীদুনা মাবু ঈকাইখুম্নগ্রবনি। নিংথৌ অদুনা কোনুংগী অঙম-অথৌশিংগী মমাঙদা মহাকপু লাল্লে হায়না নিন্দা তৌরকপদা মঙোন্দা থাঙনা থিল্লকপগুম থোকখি। ঈকাইবা ফংদুনা মহাক থম্মোয় য়াম্না শোকখি, অদুবু মহাক্কী অরৈবা থৌনা খোমগত্তুনা হৈজ-হৈজবা পূম্নমকপু মতাঙ চানা-চানা কোখোক্লগা *যোগ* অমসুং *ক্ষেম* হায়বা ৱাহৈশিং অদুগী অর্থশিং অদু মী খোনবা ওন্না ৱাহৈশিংগা লোয়ননা হায়রকখি। নিংথৌ অদুনা মদু ফাওবদা য়াবীখিদে, অদুগা অসুম্না য়াথং পীরকখিঃ *শ্লোক অদিগী অর্থ অদু থিরুগথো অদুগা মদু নীংখিনা শুগুলবা মতুংদা অমুক লাকউ।* ৱাহৈশিং অদু হায়রম্লগা নিংথৌ অদুনা মহাক্কী কাদা চঙখিরম্মী।

পণ্ডিত অদুনা ঈকাই-পোৎলূম পুরগা তুরোই-ঙাল্লোই ময়ুমদা হল্লকখি, অদুগা গীতা-লাইরিক অদু থল্লগা ফমুংদা দম লাউনা হীপথখি। মদুদা মহাক্কী নুপীনা হংজরকখিঃ *ঙসিদি করি তৌরবগে? ঐঙোন্দা অমুক্তা খঙহনবীয়ু।* মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক পূম্নমক মহাক্কী নুপীদা তল্লম্মী। পাউদম অদু মুন্না তারবা মতুংদা মহাক্কী নুপীনা য়াম্না ঈংনা-তপ্না হায়রকখিঃ *নিংথৌ অদুনা হায়খিবদু চুম্মি। শ্লোক অদুগী মতাঙদা নহাক্লা পীখিবা ব্যাখ্যা অদু লাল্লি। নিংথৌ অদুনা মদুবু মতৌ করম্না য়াগদৌরিবনো? মরাল অদুদি অদোমগীনি, নিংথৌগী নত্তে।* মদু তাবদা পণ্ডিত অদুনা মমৈদা খোঙপাক্লা কন্না নেৎলবা লিল-খাউরৌগুম্না শাউদুনা ফমুংদগী হৌগৎলকখি। মহাক্লা ঙংলগা শাউনা হায়রকখিঃ *অপঙবী! চাক খোংদুনা লৈবা নহাক্লা করি খঙই? নচীন্দু রা অমতা ঙাঙগনু, থাজিল্লক্কনি। মফম অসিদগী চৎখ্রো, নশক য়েংনীংদে।* মহাক্কী নুপীনা পাউখুমজরকখিঃ *ইবুংঙো! ননাইনা অচুম্বা খজিক্তং হায়জবদা অসুক্কী মতীক শাউবীরিবা করি মরমগীনো? শ্লোক অদু হন্না হন্না পাবীরগা অর্থ অদু মুন্না অমুক্তা খন্থবীখো। অদুদগীদি ইবুংঙো. নশামক্লা অচুম্বা পাউখুম অদু খেংনবীরক্কনি।* অসুম্না মহাক্কী থোৎ-মেংলবা ব্রাহৈশিংগী পাম্বৈনা মপুরোইবগী পূক্লিংবু ঈংথহনখি।

পণ্ডিত অদুনা শ্লোক অদুগী মনুংদা য়াওরিবা অর্থ অদুবু য়াম্না মুন্না অমদি তপ্না নৈনবা হৌরকখি। মহাক্কী নুপীনা মরক থৎলগা হায়জরকখিঃ *ব্রাহৈশিং অদুগী অর্থশিং অদু খঙলুবগী অদুগা মীঙোন্দা শুগায়না তাক্লুবগী করি কাম্নগনি? নিংথৌ অদুগী মনাক্তা চৎলুবা মতমদা অদোমগী অনীংবা করি ওইবীখিবগে হায়বদু ননাইদা অমুক্তা তাকপীয়ু।* মদু তাবদা পণ্ডিত অদুনা য়াম্না শাউনা হায়রকখিঃ *য়ুম অসিবু ঐনা পুরব্রোইদ্রা? নখোয়গী অরাৎ-অপা হন্নবা ঐহাক্লা নিংথৌগী মনাক্তা চৎলুবনি।* মহাক্কী নুপীনা য়াম্না নোল্লুক্লা হায়জরকখিঃ *শ্লোক অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা করি হায়খিবগে হায়বদু ইবুংঙো নহাক্লা তশেংনা খঙলম্লবদি নিংথৌ অদুগী মনাক্তা ইবুংঙোনা চৎলম্রোই। কনাগুম্বা অমনা শ্রীভগবানগী মফমদা চঙজরবদি মহাক্কীদমক্তা ইবুংঙো মহাক্লা খুদীংমক পীবিগনি হায়না শ্লোক অসিদা হায়খ্রে। অদোমনা নিংথৌগী মফমদা চঙজরুই, নিংথৌনা খুদীংমক পীবিগনি হায়বগী আশাদা!*

*মদুরাইদনি শ্লোক অসিগী অর্থগী ওন্নবদা অদোম্না চৎপীক্নরিবদো, অদুগা নিংথৌ অদুনা করিগী য়াখিদ্রিবনো হায়বগী মরম অদুসু।*

মহাক্কী নুপীগী ব্রাদু তারগা পণ্ডিত অদুনা মহাক্কী অরানবা অমা খঙজরকখি। মহাক্না স্না-কোনুংদা চৎখিদ্রে, ময়ুমদা কৃষ্ণ-পূজাদা লৃপ্তুনা লৈখি। নিংথৌ অদুনা মহাক্কী রাজদূত অমা মহাকপু কৌবা থারকখি, অদুবু মহাক্না হায়রকখিঃ *ঐগীদমক্তদি কনাগুম্বা অমগী মফমদা চৎলুবগী দরকার লৈত্রে, ঐগী শ্রীকৃষ্ণনা ঐঙোন্দা রাত্তনবা হুনবীরগনি। ইবুংঙো মহাক্না ঐগী "যোগক্ষেম" পুবীগনি।* রাজদূত অদুনা পাউ অদু নিংথৌদা তম্লখি অদুগা নিংথৌ অদুনা পণ্ডিত অদুগী লৈফম তান্না স্না-খোঙলেঙলকখি, অদুগা পণ্ডিত অদুবু শ্লোক অদুগী অশেঙবা অর্থ অদু মশামক্না খঙজখিবা অদুদা থাগৎলম্মী অদুগা পণ্ডিত অদুগী মখোঙ পায়দুনা খুরুমখি।

হকথেংননা ফংলকপা জ্ঞানদগী চেম্থোরক্তবা ধর্ম্মগী ওইবা ব্রাফমশিংবু শন্দোকপা খুদীংমক লংবতমক লংবনি অমসুং মপালদমক শাবনি হায়না নিংথৌ অদুনা পণ্ডিত অদুদা তাকপীখি। গীতাগী মরম শন্দোক্লবা কোয়চৎ-চৎলিবা খঙ-হৈরবা মী ময়াম অমনা মদুগী নিয়মশিং অদুবু থবক্তা থবক ওইনা ঙাক্তে; মখোয়না উহৈগী কান্নদ্রবা অকংবা মকুদুগী, লাইরিক্তুগী ওইবা অর্থদুগী মরোল হায়রগা তাকপদমক তৌদুনা লৈ অদুগা অতৈ অহেনবদি তৌদে। লফোইগী মকুদি চেৎনা পায়রগা মরুওইনা চাগদবা লফোই অদুদি হুন্দোক্লে। গীতাবু থবক ওইনদি ওম্থোক্তনা মদুবু শন্দোক্কে লাক্লবদি ধর্ম্মগী লাইরিক অদুবু ঈকাইবা পীবনি। গীতাবু মখোয়গী হিংনবগী স্বরমক ওইনা লৌই। মখোয়না লাইরিক্তুগীদমক্তা অসুক্কী মতীক ব্যাবহার উৎলি। ব্যাবহার পূম্বা, পূজা পূম্বা চেদুখক্কীদমক্লি, লাইরিক্তুখক্কীদমক্লি।

মখোয়না গীতাদা য়াওরিবশিং অদুদা ব্যাবহার তৌজরবদি মখোয়না গীতাগী শ্লোকশিং অদুগী মরক্তগী অমতা ওইরবসু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা কন্না হোৎনরমগদবনি। মশানা হোৎনদুনা হকথেংননা ফংলকপা জ্ঞান অদুমক মখোয়দা লৈজরবদি মখোয় কনামতনা জ্ঞান অদুবু শেলগা ওন্নদুনা শন্দোক্লীংলম্লোই। মখোয়না ঈশ্বরগী থৌজালখক্তবু পাম্লমগদবনি, অদুগা শেলগী ব্রাখলসু লৈরম্লোই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না মখোয়গী *যোগক্ষেম* পুবীগনি হায়খ্রবনি। *যোগ* হায়বদি অপাম্বা পোৎপু ফংহনবা অদুগা *ক্ষেম* হায়বনা অরৈববু মাঙখিদনবা ঙাকশেম্বীবনি। ❑

## ২৭। অপাম্বা

মীওইবনা প্রকৃতিগা নৎত্রগা গুণ অহুমগা শম্নরিবমখৈদি মহাকপু মশানা য়ানীংদ্রবফাওবদা নমফুদা পাপ তৌ হায়না ইঙ্গিল্লি। মসিবু করম তৌবজাৎনো? মসি ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা আত্মানা ইঙ্গিনবা নত্তে। *কাম* হায়বা য়াম্না মাঙতাক্লীংঙাই ওইবা *অপাম্বা* হায়বদুনা ইঙ্গিনবনি। মসিদি ঐখোয়গী খ্বাইদগী শাথীরবা য়েক্লবা অমনি। তাইবঙগী পূন্সি অসিদা অপাম্বগী থৌইন্সিন্দগী প্রকৃতিগী মপোৎ-মচৈশিংবু পাম্নুরি অদুগা মখোয়গী মপু ওইনীংবনা পূক্লিং খোয়রাংনৈ। মদুনা ঐখোয়বু শুক্কৎলি, পঙথহল্লি অদুগা অজ্ঞানদা পুশিল্লকই। মৈখুনা চাক্লিবা মৈবু খুমজিনবগুম অপাম্বনা ঐখোয়গী বুদ্ধি-লৌশিংদা ঙাল্লকইবা আত্মাগী জ্ঞান অদুবু খুমজিন্দুনা থম্মী।

অপাম্বগী ঙমখৈ লৈতে। মসিবু খক পেলহনবা ঙম্লোই। অপাম্বগী মচীঞ্জাক ওইরিবা পোৎশিং অদুগী মহাও তংলবা ফাওবদা অপাম্ববু কৈদৌনুংদা পেলহনবা ঙম্লোই নৎত্রগা ঈংথহনবা ঙম্লোই। মীওইবা জাতিগী মপা মনুনা হায়খিঃ *অপাম্বা হায়বা অসিদি পেনবা নাইদ্রবা মৈগী মশক্লি। ঘী নৎত্রগা শীঙনচিংবা মৈগী মচীঞ্জাকশিং অদু হাপচিন-হাপচিল্লগা মৈনা মৈচাক হেনগৎলকপগুম, অপাম্বনসু অপাম্বগী পোৎশিং অদু মহাও তংল-তংলগা অপাম্বা অসুম অসুম হেনগৎলকই। মালেমদা লৈরিবা অচাপোৎ পূন্নমক, শা-মণ পূন্নমক, মমল য়াম্ন-য়াম্নবা ধাতু পূন্নমকপু অপাম্বনা তাহৎলবা মী অমদা মহাক্কী ওইজরো হায়না পীশিল্লবা ফাওবদা মহাক্কা পেনবকৌবদা লৈরোই। মরম অদুনা অপাম্বনা নুংনাংবা অমসুং অরাবশক্রবু পুরক্কনি।* মরম অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে মদুদি **অপাম্বা** হায়বসে জগৎপু পূময়োৎ-য়োৎশিনবা ঙম্বা অমদি পাপগী লম্বীদা চৎলু হায়না ঐখোয়বু ইঙ্গিনবীবা য়াম্না চাউরবা য়েক্লবা অমনি। *অপাম্বা* হায়বসি রজঃগুণগী শাথীরবা লৈখোলনি। মসিবু জয় তৌগে হায়রবদি ঐখোয়না সত্ত্বগুণ হেনগৎনবা লাক্লগদবনি, মরমদি রজঃগুণনা সত্ত্বগুণগী মমাঙদা লেপ্পা ঙমদে।

সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অহুম অসিগী মনুংদগী সত্ত্বগুণনা মক্তবা ওইবা মরম্না মীওইবদা মঙাল পীবা ঙমই অমসুং নুংঙাইনা হিংবা ঙমহন্নবগী মশক ওই। অশেঙবা সত্ত্বগুণ চেনবা মীগী মফমদদি তাইবঙগী হম্বুবা অপাম্বা অমতা লৈরোই। অদুগা রজঃগুণ চেনবা মীদি অপাম্বশিংবু ফংনবা হোৎনবগী অদুগা ফংলক্লিবশিং অদুবু থাদোক্লীংদদুনা য়ান্নরগা লৈবগী হৌভম ওইবা পূক্লিং-ঈথিনগী লক্ষণ লৈ। জীবনা গুণশিংগা শম্নদুনা লৈরিবমখৈদি সংসার ঈপাক্তগী লাম্থোক্তুনা ঈশ্বরগী নাক্তা চৎপা ঙমদে, অদুগা অপাম্বা খরদা ওইরবসু লৈখিগনি। গুণশিংগী ব্রাংমদা লৈবা ঈশ্বরবু ফংগে হায়রবদি গুণশিংগী ব্রাংমদা চৎপা তাই। মরম অদুনা ঈশ্বরগী খুয়াদা চঙজবা পাম্বা মীশিংনা তমঃগুণদগী রজঃগুণগী থাক্তা, অদুগা রজঃগী থাক্তগী সত্ত্বদা কাখৎলগা সত্ত্বনা সত্ত্ববু মায়থীবা পীহন্দুনা গুণশিংগী ব্রাংমদা লৈবা, অপাম্বা লৈতবা অমদি মঙালগী মশক ওইবা খুভম অদু য়ৌনবা কন্না লাক্লে।

অপাম্বা অমা ফংনবা তাল্লকপা মতমদা নীংবা থুংদ্রবদি অপাম্বা অদুনা কোন্নথংদা অশাউবগী মশক লৌরকই। মসিনা ঐখোয়বু থুনা হনুহল্লি অদুগা লায়না কয়া অমা পোকহন্দুনা পূন্সি তেলহল্লি। অশাউবনা হকচাঙগী ঈবুসু হূ চেলহল্লি। অপাম্বদগী থোরকপা অশাউবনা ইন্সিন্দুনা কনাগুম্বা অমনা অকিবা ফংলবা থবক কয়াসু তৌরকই। অশাউবদগী পূক্লিংগী চমম্নবা লাক্তুনা বুদ্ধি লৈতারক্তে। বুদ্ধিনা লৈতারক্রবদা পূক্লিংনা ইন্দ্রিয়শিংগা ওন্ন-তৈনবা ফত্তবা থবকশিং তৌখিদুনা আত্মাগী অশেঙবা মঙাল অদু বুদ্ধিদা শেংনা তাবা য়াদবদগী আত্মাগী অশেঙবা স্বরূপ অদু নীংশিংবা ঙম্লক্তে। অদুদগীদি অচুম-অরান খনবা ঙম্বগী পাঙ্গল অদু মাঙখি, অদুগা মদুনা মরম ওইরগা মীশিংবু মাঙহল্লি। মালেমসিদা থোকহৈদবা থৌদোক কয়া অমা থোক্লিবসি অপাম্বদগী লাকপা ঙাক্তনি।

*কাম* নৎত্রগা *অপাম্বা* হায়বা ঐখোয়গী পূন্সিগী *শাথীরবা* য়েক্লবা অসি হাত্তোক্তদবনি। মদু ওইরবদি অহানবদা য়েক্লবা অদুগী মশক অমসুং লৈফমশিং খঙদোক্কনি। *অপাম্বা* হায়বা অসিদি করিগুম্বা পোৎশক অমা নৎত্রগা পোৎশিং নৎত্রগা কনাগুম্বা মীশক অমা নৎত্রগা মীশকশিংবু ব্রাখল অমদি পুক্লীংদা য়ান্নদুনা লৈরগা অদুক্কী মতীক পাম্বা অদুনি। অপাম্বা অদুগী মশক খঙলবদি মাগী লৈফমশিং

অদুসু খঙদোকপা তাই। অদু ওইরবদি মাবু লাকথুবদা অমসুং হাৎপদা য়াম্না লায়না থোক্কনি। মরম অদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না তাকপীরম্মীঃ *ইন্দ্রিয়শিং, পূক্লিং অমসুং বুদ্ধিনা অপাম্বগী কাইদোংফমশিংনি। অপাম্বনা আত্মাদগী য়ৈরকপা জ্ঞানগী মঙাল মশেকপু খজিন্দুনা জীববু মমীৎ তাঙহল্লি। মরম অদুনা অর্জ্জুন, অহানবদা ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চল্লু অদুগা জ্ঞানবু মাঙহল্লিবা য়েক্লবা মকোক ''অপাম্বা'' হায়বদুবু হাত্তোকউ। হকচাঙদগী ইন্দ্রিয়শিংনা, ইন্দ্রিয়শিংদগী পূক্লিংনা, পূক্লিংদগী বুদ্ধিনা হেন্না মথক থোংই, অদুগা বুদ্ধিদগী হেন্নমুক মথক থোংবদি আত্মানি। বুদ্ধিগী মথক্তা লৈররিবা আত্মাবু খঙলগা পূক্লিংবু লাকশিন্দুনা অপাম্বগী শক্লোন লৌরিবা য়েক্লবা মকোক অদুবু হাত্তোকউ।* মরম অদুনা আত্মাগী মঙালদা ঐখোয়না অৱাংবা থাক্কী বুদ্ধি শীজিন্নরগা ঐখোয়গী য়েক্লবা অপাম্ববু জয় তৌগদবনি।

হকচাঙদগী ইন্দ্রিয়শিংনা কৃপশিনবা হেনবনিনা জ্ঞানগী মঙাল মশেক্না হকচাঙদা য়ৈবদগী ইন্দ্রিয়শিংদা য়ৈবনা হেল্লি, ইন্দ্রয়শিংদগী পূক্লিংনা অমুক কৃপ্না হেনবনিনা পূক্লিংদনা ইন্দ্রিয়শিংদগী জ্ঞানগী মঙাল য়ৈবা হেল্লি, অদুগা পূক্লিংদগী হেন্না কৃপ্না বুদ্ধিদা আত্মাগী মঙাল য়ৈবনা অমুক হেল্লি। অপাম্বা লৈহন্দ্রগা আত্মা-জ্ঞানগী মঙাল-মশেক অসি মপূংফানা ইন্দ্রিয়শিং, পূক্লিং অমসুং বুদ্ধিদা য়ৈগনি।

বুদ্ধিনা আত্মাদগী জ্ঞানগী মঙাল-মশেক ৱাইদুনা শীজিন্নে। আত্মাদি ঈশ্বরগী মৈরীক অমনি, ঈশ্বরগী শরূক অমনি অমসুং ঈশ্বরমক্লি। আত্মাদি হকচাঙদৌনা পোকপা অমসুং শিবা নাইদে, অওনবসু লৈতে অদুগা কনাগীসু মখা পোন্দে। আত্মানা ইন্দ্রিয়শিং, পূক্লিং অমসুং বুদ্ধিদগী হেল্লি হায়না খঙলগা অমদি অরেপ্না তাল্লিবা অশেঙবা বুদ্ধিনা পূক্লিংবু লেঙহন্দনা লাকশিন্দুনা থন্নগা পেন্নাইদবা *কাম* হায়না কৌবা য়েক্লবা মকোক অপাম্ববু মাঙহনবা ঙমগনি। আত্মাগী ৱাখল হায়বসিনা পাঙ্গল ওইরগা *কাম* হায়বদুবু মাঙহল্লবা মতমদা মীওইবনা মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিং, পূক্লিং অমসুং বুদ্ধিবু অচুম্বা ফীভম অমদা থম্বা ঙম্নক্কনি। অপাম্বা লৈরিবমখৈ মীনা মী ওই, অপাম্বা লৈরক্তবা মতমদা মীনা লাই ওইরকই। ❑

# ২৮। ঈশ্বরবু থাজবগী কান্নবা

ঈশ্বরবু উবা ফংদে হায়দুনা ঈশ্বর লৈতে হায়বা য়াদে। নুংশিৎপু উবা ফংদে হায়দুনা নুংশিৎ লৈতে হায়বা য়াব্রা? ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজদ্রবদি ঐখোয়না ইশা ইশাবুসু থাজদ্রবনি। পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বর মহাক্না লৈরমদ্রবদি ঐখোয় পূম্নমক লৈরম্লোই। লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক অসিগী থৱায়দি ইবুংঙো মহাক্নি। পূম্নমক্কী মপু ওইবীরিবা ইবুংঙো মহাকপু পূম্নমক্কী থাদোক্লবা য়াদ্রবা ঈমা-ঈপানি হায়না থাজরগা পূজা তৌসি। ঈশ্বরনা পূন্সিনি, মঙালনি অমসুং অচুম্বনি। পূন্সি, মঙাল অমসুং অচুম্বা হায়বা অহুম অসি লৈত্রবদা জগৎ অসি লৈফম থোক্তে।

অমম্বদগী অঙানবদা লমজিংবীনবা ঐখোয়না ঈশ্বরদা হায়জসি। অমম্বা হায়বদি মঙাল লৈতবা হায়বনি। মঙালবু ফংলবদি অমম্বা লৈত্রে। মঙাল হায়বনা ঈশ্বরনি অদুগা অমম্বা হায়বনা অজ্ঞাননি। ঈশ্বরবু ফংলগা অজ্ঞান মাঙখিনি। মরম অদুনা ঈশ্বরবু থাজরগা ঈশ্বর ফংনবা লাক্লসি। পোকপা অমদি শিবা হায়দুনা লৈরিবসিদি হকচাঙগী ৱানি। আত্মাদি পোকপা অমদি শিবা নাইদে। আত্মাদি মতম পূম্বগী ওইবনি, নিত্যনি। মসিদি অচুম্বনি। মসিবু থাজরবদি ঈশ্বরবু থাজবা ঙমগনি।

ঈশ্বরবু থাজবা হায়বা অসিদি থম্মোয়দগী লাক্কদবনি, মপান্দগী লাক্কদবা নত্তে। মসিদি জীব খুদীংমক্কী থম্মোয়নুংদা আত্মা (ঈশ্বর) লৈ হায়বা অচুম্বদুবু খঙবনি। হূরানবা মী, য়েক্লবা মী, শা-ষণ, উচেক-ৱায়া, তীল-কাঙনচিংবগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা আত্মাবু উবদুনি। অদুম হায়না উবা ঙম্লবা মহাক অদুনা পূম্নমকপু নুংশিবা ঙম্লক্কনি। য়েক্লবা মী অমবু কনাগুম্বা অমনা মশাগা মান্ননা য়েংবা ঙম্লবদি য়েক্লবগী ৱাখল অদু মঙোন্দগী চেঙ্খোকখিনি। মসিগী অচুম্বা মীৎয়েং অসি ঐখোয়দা লৈত্রিবফাওবদি ঈশ্বরবু থাজবা ঙমদ্রি। ঐখোয়গী পূক্নিংবু অৱাবা পীরিবা ফত্তবা ৱাখলশিংনা পূক্নিংদা লৈবিদ্রবদি অকিবা হায়বদু লৈররোই, অদুগা ঈশ্বর লৈ হায়বদুসু শেংনা উখোক্লক্কনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু তশেংনা হেক থাজবা ঙম্লবদি তাইবঙগী অৱা-অনানা ঐখোয়বু শোকপা ঙম্লোই।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি ঐখোয়না ইশাবু থাজবা ঙমদ্রি। ইশাবু থাজবা হায়বা অসিদি ঈশ্বরবু থাজবনি হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ঙমদ্রি। মরম অদুনা ঐখোয়না

অশন্বা লম্বী চৎলগা থবক্কী ফলশিং অদু য়াম্না থুনা থুনা পামনরি। থম্মোয়দগী হৌরক্তুনা চীনবানখক্তুনা ঈশ্বরগী মিংলেনবু শোল্লগা লাইনীংবনি হায়দুনা মপাম্বোংদা উৎপদি তাৎনি, লাইনীংবা মালহনবনি। উচ্চনীংদুনা পঙউৎ-উৎপনা খক য়ারোই। পূম্নমক অরেম্বা ওইগনি। থম্মোয়শেংনা ঈশ্বরবু নীংদ্রবদি ঈশ্বরনা ঐখোয়দা থৌজাল খক পীবিরক্লোই। ঈশ্বরনা পীবিরকপা পাঙ্গল অমদি লৌশিং অদু হান্না শীজিন্নদুনা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌ নীংথিনা পাঙথোক্লবা মতুংদা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা মতেঙ শোয়দনা পীবিরক্কনি। মসিদা করিমতা চিংননীংঙাই লৈতে।

হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয় মীওইবনা ঈশ্বরনা পামদবা মওঙদা মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তিশিংবু অথিংবা লৈতবমখৈ কা-হেন্না মথোং-মরম খঙদবমখৈ ইশা-ইশা নুংঙাইনবগীদমক্তা মখোয়বু খুদুম চন্দুনা থমই। মদুগী ফল অমা ওইনা মহৌশাগী খল অসুম কায়শিল্লকই। মরম অদুদগীনি ঐখোয়না মালেমসিদা ঈকং, ঈশিং-ঈচাউ, য়ুহার-হাবনচিংবা অকিবা ফংলবা খুদোংথীবা কয়া থেংনরিবসি। ঐখোয়গী পূন্সিদি মখল মখাগী অৱাবশিংনা পীক থল্লি। অৱাবা ফীভম অসিদগী নাম্বোক্কে হায়রবদি ঐখোয়না মপাম্বোংগী অরং-অরাকশিংদা লাকঙম-ফাঙমদবমখৈ কোয়চৎ-চত্তুনা লৈরিবা পূক্লিংবু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা পুশিল্লগা ঈশ্বরবু থম্মোয়নুংদা থাজনা থমজবা ঙম্নবা লাক্লবা তাই। অদু ওইরবদি ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু কনবীগনি।

ৱারী অমা লৈঃ ঈশ্বরবু থাজরগা কান্নবা ফংখিবগী ৱারীনি। চহি হুমফুরোমগী মমাঙদা পাকিস্টান্দা মাঙ-তাকহন্নীংঙাই ওইবা য়ুহার-হাবা অমা থোকখি। মদু হেক থোকখিবা ৱারীনি। মালেম নীকপদা য়ুম-কৈ, লম্বী অমদি শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কয়া মাঙহনখি। মী লীশীঙ-লীশীঙ শিখি, শোকখি অমসুং মখোঙ-মখুৎ তেকখি। নুপাশিং, নুপীশিং, অঙাংশিং অমসুং শা-ষণশিং পূম্নমক তোঙান-তোঙান খায়দোক্লখিরম্মী। সরকারগী মীওইশিং অমদি লন্নাই-চোংথোরকপা সমাজ-সেবকশিংনা অৱাবা তারবা মীশিংদা মতেঙ পীবা হৌরকখি। অহানবা নুমীৎ নীনি-হুম্নিগী মনুংদদি অহিংবা মী খর লৈবাক টৌখায়বদা ফংলম্মী, অদুগা মদুগী মতুংদদি অশিবা হকচাঙ ঙাক্তা ফংখি। শাংথনা হিংহৌবা মী অমফাওবা ফংগনি

হায়বগী আশা লৈরমখিদে অদুবু লৈবাক টৌবগী অমদি শেংদোকপগী থবক্তি অদু চখরম্মী।

নুমীৎ কুন্নি হৌখিরম্মী। নোংমদি অকায়-অতোয় ময়াম অমগী মখাদগী গায়ত্রী মন্ত্র থীবগী খোঞ্জেল অমা তারম্মী। অৱা-অনাশিংবু উদ্ধার তৌরিবা মীশিং অদুনা নুঙচেৎ-নুঙগায়শিং অদু লৌথোক্লুবদা করিমতা হকচাঙদা অশোক-অপন য়াওদনা মশা ফনা লৈরম্বা নুপা অমা থেংনরম্মী। মতম অদুক কুইনা লৈনুংদা ফুমদুনা লৈরগা করম্বা মীনা হিংদুনা লৈবা ঙমগদগে? হিংদুনা লৈরম্বা নুপা অদুনা মখাগী ৱারী অসি নীরকখিঃ *ঐগী মিং ভগৎরাম কৌই। ঐহাক উহৈ-ৱাহৈ য়োনবা নুপা অমনি। য়ুহার-হাবা মতম অদুদা ঐহাক্না ঐহাক্কী দুকান অদুদা ফমদুনা লৈরম্মী। য়াম্না চাউবা খাঙেল অনীখক ঐহাক্কী কোক মনাক্তা পৈরপ্লা ঙামখবা ফীভম মতা অমদা তারকখি অদুগা মীনা লৈবা য়াবা শুরুং অমগুম্বা অমা মফম অদুদা শেল্লম্মী। অদুদগীদি নুঙচেৎ-নুঙগায় ময়াম অমা ঐহাক্কী অকোয়বদা তারকখি, অদুবু লাইবক ফবনা ঐহাক্কী ইথক্তা করিমতা তারকখিদে। অদুবু মফম অদুদা নুংশিৎ ফংলকখিদ্রে অদুগা ঐহাক সোর ফুন্দুনা শিগদৌরম্মী। মালেম অমুক হন্না নীক্লকখি অদুগা কদায়দনো খঙদে মফম অমদা অহোবা অমা লৈহনখি। অদুদগীদি ঐহাক্কী লৈফম অদুদা অশেঙবা নুংশিৎ শীৎচিন্নকখি। ঐহাক্না নুংশিৎ অশেঙবা ফংখি। মরম অদুদগী ঐহাক শোয়দনা হিংলগনি হায়বগী আশা অমা লাকখি। ঐহাক্কী অকোয়বদা ঐহাক্না য়োনবা লফোই, কোমলানচিংবা উহৈ-ৱাহৈ ময়াম অদু তাদুনা লৈরম্মী। মখোয়দু চারগা ঈশ্বরনা হিংহম্বীরনি হায়না খনখি। অদুবু ঐগী থক্নবা ঈশিং দরকার ওইরকখি। খুদক্তা মালেম অসি অমুক হন্না নীক্লকখি অদুগা লৈখাদগী ঈশিংগী পাইপ অমা খঙহৌদনা খিনগৎলক্নম্মী। পাইপ অদুদগী থক্নবা ঈশিং ফংলম্মী অদুগা ইশাফাওবা ঈরুজখোক্লম্মী। ঐহাক ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত অমনি অদুগা গীতাগী পাউতাকশিংবু ইন্দুনা চৎচবা মীশক অমনি। ঐহাক্না ঈশ্বরবু থাজনা গীতাগী শ্লোকশিং অমদি গায়ত্রী মন্ত্র থীদুনা ঐগী মতম অয়াম্বা লেনখি। ঐহাক্না ইবুংঙো মহাকপু মতম লৈবা খিবিক্তা থাজৈ। মরম অদুনা ঐহাক করিমতা ৱাখিদে। ঐহাক্না ঐগী*

*অরোইবা কোমলা অদু চাখিবদা মঙাইরি। ঐহাক্না চেৎনা থাজে মদুদি ঐহাক্কী চানবা চীঙ্গাক হেক লোইখিবগা ইবুংঙো মহাক্না মতম চানা ঐবু কনবীনবা নখোয়বু থাবীরকপনি। অঙকপনি ইবুংঙো মহাক্কী থৌরাং! ইবুংঙো মহাকপু থাজবনা ঐহাকপু কনবীরে।*

নশাবু থাজৌ, ঈশ্বরবু থাজৌ, নহাক্কী থবকপু থাজৌ। ঐখোয়গী পূক্নিদি থাজবনা অচৌবা অমদি মরুওইবা শরুক অমা ওইগদবনি। ঈশ্বরবু থাজবনা ঐখোয়বু কনবীগনি। ❑

## ২৯। ফিদম্নফম ওইরবা গুরু

*গু* হায়বদি *অমম্বা* অদুগা *রু* হায়বনা *মঙাল* হায়বনি। মরম অদুনা *গুরু* হায়বদি অমম্ববু ঙালহনবা, খঙদববু খঙহনবা হায়বনি। শিষ্যশিংবু ইন্দ্রিয় খুদুমচনবা ঙমহনবা গুরুবু অশেঙবা গুরু কৌই। জ্ঞান হায়বসিদি লাইরিক্তগী ফংলকপা জ্ঞান অদু নত্তে, মশা মশামক্না থেংনরগা খঙলকপা অদুনা খুৎলায় অমা ওইরগা ফংলকপা জ্ঞান অদুনি। শিক্ষানা অশেঙবা পূক্নি অমা পীগদবনি। হৌজিক্কী মতমগী ওজাশিংদি পরিক্ষাদা করি করি হংলকপা য়াবগে হায়বদুখক্তদা ছাত্র-ছাত্রীগী পূক্নিং চিংশিল্লি; মখোয়গী পূক্নিগী কান্নগদবা বিষয়শিংদি নৈনরুদে। মমা-মপাশিংনসু মচাশিংনা পরিক্ষা পাস তৌরকপা অদুখক্তবু খল্লি, অদুগা মচাশিংগী লমচৎ-শাজৎকীদমক্তদি খল্লুদে। মখোয়না দেষা-উপায় অমা তৌরগা পরিক্ষা পাস তৌরবদি লোইরে হায়না খল্লি। মদুদি শিক্ষাগা ওন্ন-তৈনবনি।

ওজাশিংদি লমচৎ-শাজৎ ফজগদবনি। মখোয়না লমচৎ-শাজৎ ফজদ্রবদি মখোয়গী ছাত্র-ছাত্রীশিংবু লমচৎ-শাজৎ ফজহনবা ঙম্লোই। য়ু থকপা ওজা অমনা মহাক্কী ছাত্রশিংদা য়ু থক্কনু হায়রবদি ছাত্রশিং অদুনা মহাক্কী পাউতাক অদু লৌরোই। স্কুল অমসুং কোলেজ শিক্ষানা হৌজিক হৌজিক থবক্তা থবক ওইনা উত্তুনা পূক্নিদা করি কান্নহল্লিবগে? কান্নহনবগী মহুত্তা সমাজগী অমাঙ-অতা কয়া অমা থোকহল্লকই। মমা-মপাবু নুংশিদবা, লীচৎ-শাজৎ চুমদবা অমসুং হিংনা হিংনা

শিবনচিংবসে হৌজিক কালগী লাইরিক হৈরে হৈরে হায়রিবা মীওইশিংদা অয়াম্বনা থোকই।

শিক্ষা হায়বসিদি তুংগী আশানি। ওজাশিংনা সমাজ অমগী য়াংলেন শরুনি। লৈহৌরগদবা কয়াসি ওজাশিংনা শেল্লিবনি। ওজাশিংনা ওজা ওইবগী মগুণ অদু ঙাক্না চৎপা ঙম্মবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়না তুংগীদমক য়াম্না কান্নবা পোৎ অমা থনম্বা তারবদি শিক্ষাবু মতম পূন্নমক্তা হিংদুনা লৈবা য়াবা পোৎ অমা ওইহনগদবনি। ছাত্র-ছাত্রীশিংগী তূমদুনা লৈরিবা শক্তি অমসুং জ্ঞানবু য়াকাইহন্দুনা অফবা মী অমমম ওইনবা শেমগৎপগী থৌদাং অদু ওজাশিংগী মখুত্তা লৈ। মদুগীদমক্তা ওজাশিংনা ফিদম্নফম ওইরবা ওজাশিং ওইবা তাই। মখোয়না ছাত্র-ছাত্রীশিংবু ওইহন্নীংবদু মখোয়না হান্না ওইবা তাই।

শ্রীরামকৃষ্ণনা ফিদম্নফম ওইরবা গুরু অমা ওইখি। মহাক মশামক্না থবক ওইনা পাওথোক্লিঙৈগী মমাংদা মহাক্না কনাদসু পাউতাক অমতা পীখিদে। নোংমগী নুমীৎ অমদা হনুবী অমনা মহাক্কী চহি তরাদা ঙাইরিবা মশুনুপা অমা পুরগা শ্রীরামকৃষ্ণগী মনাক্তা লাকুম্মী। মহাক্না শ্রীরামকৃষ্ণদা দণ্ডবৎ তৌরগা খুরুম্লম্মী অদুগা হায়রকখিঃ *ঐহাক্কী ঈশুনুপা অসিনা চহি মঙা গুরকপা মতমদা মহাক্কী মমা অমসুং মপা শিখি। ঐহাক্না মহাকপু য়োকপীরি। মহাক্না অথুম-অহাও কাহেম্না চাবা পামই। মহাক্না অদুক্কী মতীক অথুম-অহাও চামনবদগী মহাক্কী হকচাঙ অসি নোংময-নোংমগী ফংচিল্লক্রে, ডাক্টরশিংনদি মহাকপু অথুম-অহাও চাহনগনু হায়রকখি, অদুবু মহাক্নদি চাগনু হায়বা শুকয়া য়াদ্রে। অদুম অদুম ওইনমক মহাক্না গুরু নহাকপুদি য়াম্না ঈকাইখুম্নৈ। মরম অদুনা গুরুনা মহাকপু অথুম-অহাও চাবা তোকহনবীয়ু হায়জগে হায়দুনা ঐহাক্না লাকচবনি। গুরুশুক্রনা মহাকপু অথুম-অহাও চাবা লেপহনবা শুমগনি হায়বসে ঐহাক্না চেৎনা থাজে।*

শ্রীরামকৃষ্ণনা হায়রকখিঃ *ঈমা, পাখৎকনু, থা অমগী মতুংদা নশুনুপা অসি পুরগা অমুক লাকপীয়ু। চৈরক্তুদা কনাগুম্বা অমগী মশাফবা হায়বসে য়াম্না মরুওই হায়বদু নশুসিদা শুঙহন্নবা থৌরাং অমা তৌরমগে।* হনুবী অদুনা শ্রীরামকৃষ্ণবু থাগৎলম্মী অদুগা মশু-মবেন অনীদু ময়ুমদা হনখি।

থা অমা হেক ফাবগা হনুবী অদুনা মশুনুপা অদু পুরগা গুরু শ্রীরামকৃষ্ণগী মনাক্তা অমুক লাকখি। মখোয় অনীমক্কা গুরু শ্রীরামকৃষ্ণদা খুরুম্লম্মী। শ্রীরামকৃষ্ণনা নুপামচা অদুবু মহাক্কী মনাক্তা কৌশিল্লগা ফমহল্লম্মী অদুগা হায়রকখিঃ *ঐগী নুংশিরবা নুপামচা, মুন্না তারগা খুঙজিল্লু। কনাগুম্বা অমগী অশেঙবা লব্দি হকচাঙ ফবনি। নহাক্কা নহাক্কী হকচাঙবু চোকশিনহৌদ্রবদি নহাক্কা অকনবা অমদি হকচাঙফবা পাখঙ অমা ওইরকপা ঙম্রোই। নহাক্কা হকচাঙ শোল্লবদি নহাক্কী পুন্সিদা মশক খোকপা থবক অমতা তৌবা ঙম্লোই। নহাক্কা চারিবা অথুম-অহাও অদু নশাগা চুনদ্রবদি খুদক্তা থাদোক্কদবনি। নহাক হয়েংদগীদি অথুম অহাও চাবা লেপ্লো। মতম খরা লৈরগা নশা ফরক্কবা মতুংদা অমুক অথুম-অহাও চাং-তম্না চাবা য়ারক্কনি। নহাক য়াম্না ফবা নুপামচা অমনি। ঐহাক্কা হায়রিবশিং অসি নহাক মুন্না তারমগনি হায়না খল্লি, তাদ্রবনে?* নুপামচা অদুনা ঙক-নোমদুনা তাই হায়রম্মী অদুগা অথুম-অহাও চাবা লেপ্লগে হায়দুনা ব্রাশকখি।

হনুবী অদুনা গুরু অদুগা ব্রারী অমা শাননবগীদমক্তা নুপামচা অদুবু পাখোল অমা থারম্মী। হনুবী অদুনা হংলকখিঃ *গুরু! ঐহাক্কা গুরুদা রাহং অমতা হংজগে য়াবীগদ্রা? রারৌবীবা তৌবিগনু।* শ্রীরামকৃষ্ণনাঃ *হোয়, হংবীয়ু, ঈমা!* হনুবী অদুনা হায়রকখিঃ *গুরু! ঙসি ঈশুনুপাদা পীবিরিবা পাউতাকশিং অদুমক হৌখিবা থা অদুদা পীবিখিবা য়াবনি। অদুগা করিগীদমক্তা ঐখোয়বু থা অমগী মতুংদা অমুক হম্না লাকউ হায়না তাকপীখ্রিবনো? ঐহাক্কা মদুগী মরমদু মুন্না খঙজবা ঙমদ্রে।* শ্রীরামকৃষ্ণনা মোমোন মোমোন নোকপা মীনোক্কা লোয়ননা অর্থ লৈনা খুম্লকখিঃ *ঈমা! ঐহাক ঈশামক অহাও-অথুম য়াম্না চাই। ঐহাক্কা নশুনুপা অদুদা ঐনা তৌবা ঙমদবা থবক অমবু তৌ হায়না করম্না পাউতাক পীগনি? মহাক মশামক্কা পাউতাক্কুগী মতুংইন্না থবক ওইনা তৌবা ঙম্রবা মতুংদতা কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা মীশিংদা পাউতাক পীবগী হক লৈ। মরম অদুনা ঐহাক্কা থা অমা  য়ৈথোকচখিবনি। থা অদুগী মনুংদা ঐহাক্কা অহাও-অথুম চাদবা ঙমখি। অদুম হায়না তৌরগা ঐহাক্কা নশুনুপাদা পাউতাক পীনবগী হক অদু তাঙখিবনি।* হনুবী অদুনা গুরু শ্রীরামকৃষ্ণগী মখোঙ

পায়রগা খূরুমজখি। মতম অদুমক্তদা মহাক্কী মশুনুপা অদু লাকখি অদুগা মহাক্নসু গুরুগী মখোঙ পায়রগা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমজখি। অদুদগীদি মখোয় মশু-মবেন ময়ুমদা হনখি।

*ঐখোয়না থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদবা*
*কৈনোমগী মরমদা কনাদসু পাউতাক পীরোইদবনি।*❑

## ৩০। থবক তৌবা অমসুং ঈশ্বরগী থৌজাল

কনাগুম্বা অমনা অপাম্বগী লীপূন থদত্তুনা কখোকপগা লোয়ননা থবক তৌরক্লবা মতমদা মহাক্না ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবগী লম্বীদা লাক্লে হায়বা য়ারে। মী অয়াম্বনা মানা মানা তৌরুবা থবক্কী কান্নবা ফংনীংবগী অপাম্বখক্তনা ইন্সিল্লগা থবক-ইঙ্খাংশিং তৌনৈ। কান্নবা ফংলোইদবা থবকশিংদগীদি লাপ্পা হন্দোক্তুনা লৈনৈ। অসিগুম্বা থবক্কী কাইদা অনীমকসিবু ধর্ম্মনা য়াদে। কান্নবা নৎত্রগা কান্নদবা থবক্কী ফলদি লাকনীংবা অমা লাকচরবসু কনাগুম্বা অমনা থবক্তগী নাম্থোকপদি ঙম্লোই। থবক খুদীংমকসে অফবা নৎত্রগা ফত্তবা ফল অমা থোক্তুনা খমগনি। থবক অদুবু ঈশ্বরগী মফমদা কখোকপগী মওঙদা তৌরবদি মদুগী অফবা নৎত্রগা ফত্তবা ফলনা থবক তৌরিবা মী অদুবু পুনবা ঙমদে, অদুগা মহাক্না থবক অদুবু য়াম্না ব্রাংখৎপা থাক অমদা পুখৎলক্তুনা ঈশ্বরগী ওইহল্লি।

কনাগুম্বা অমনা *ঐ* হায়বা মতৌ, মাল-চাংদা নাপল তৌবা, *ঐগী* হায়না পোল্লিবা পূক্লিং ঈরাংশিং, অহঙ্কারনচিংবা লৈত্রবদি মহাক্না পুম্নমক অসি পরমাত্মানি অমসুং অতৈ করি অমতা নত্তে হায়না থাজবা পোক্লকই। ফীভম অদুদা য়ৌরক্লবা মীনা হাবী-জাবী, সঙ্কল্প, বিকল্প, অমুক পূক্লিং লেপ্পা অদুগা অমুক য়াদবা অনী চাবী থবক ইঙ্খাঙশিং অদুবু থাদোকই। মহাক্না ঈশ্বরগী য়াথং ইল্লি, ইবুংঙো মহাক্কী অনীংববু য়ারগা মদুগী মতুংইন্না থবক তৌই, ইবুংঙো মহাক্না থম্বী-থম্বীবা মফম অমদি ফীভম অদুদা নুংঙাইনা লৈ, তৌগদবা থবকশিংবু পামই নৎত্রগা পামদে হায়বগী ব্রাখল থাদোকই অদুগা থবক খুদীংমক ঈশ্বরগী মফমদা তৌবা পূজাগী থবক্লি হায়রগা তৌই।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না তাকপীখিঃ *ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোকউ অদুগা ঐঙোন্দা চঙজৌ। ঐনা পাপ পুম্নমক্তগী লানবীগনি।* বৈদান্তিক খরনা শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক অদুগী খুদোংচাবা লৌরগা ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোকই অদুগা মখোয়গী পাপ কোকপীরনি হায়দুনা অরেম্বদা মখোঙশিং শৎ-তিংথোক্নুনা য়াম্না তন্না আলে-জালে তৌদুনা লৈথোকই। মখোয়না তৌগদবা মথৌশিং থাদোকই অদুগা মখোয়না পান্নিবমখৈ নৎত্রগা ঙমলিবমখৈ চাই, তৃমই অমসুং কোয়চৎ-চৎলি। মখোয়না অফবা অমসুং ফত্তবগী মরক্তা খেন্নবা উদে। হীরমসিদা খঙহৈরবা লাইনীংহলশিংনা মখোয়গী লীচৎ-শাজৎপু চিংনদুনা হংলুবা মতমদা মখোয়না খুমইঃ *নখোয়না অদুক শাখীনা ইপঙ-পঙনা লৈবসিদি অরাবনি! ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ময়াখং "সর্বধর্মান পরিত্যজ্য" হায়বদু খঙলবা?* অসিগুম্বা মীতাশিং অসিনা শ্রীভগবানগী য়াথংশিংদগী মখোয়গী পূক্নিংগী অপাম্বা শৌগৎপা শরুকমখৈতবু খনগৎলি, অদুগা মখোয়গী মশাগী খুদোংচাবা য়েংলগা মখোয়গী অরানবা চুমথোক্নবা শরুক অদুবুনা খত্তোকই। মখোয়না অদুমহায়না তৌরগা শ্রীভগবানগী ময়াথংগী মরুওইবা শরুক অদুবুদি থৌওই-ব্রাওইনা খল্লুদে।

ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্নুনা *মামেকং শরণং ব্রজঃ* হায়না শ্রীভগবাননা হায়বী। মদুদি *ঐঙোন্দতা চঙজৌ* হায়বনি। মখোয়বু তশেংনমক শ্রীভগবানগী মফমদবু তশেংনা চঙজরব্রা? চঙজদে। মখোয়বু মুক্তি ফংনীংবগী অকনবা খৌরাংবা অদুবু লৈরব্রা? লৈতে। মখোয়না খৌরাংবা অদুবু লৈরম্নবদি মখোয়গী তৌফম থোকপা মথৌশিংবু থৌওইদবা তৌরম্লোইদবনি। ব্রারেম ঙাঙদুনতা লৈরগা অফাওবা শারম্লোই। শ্রীভগবানগী য়াথংবু ইন্দবা তৌরম্লোই। মখোয়দি তনমনখিদুনা ধর্ম্মগী ওইবা মরুদ-মরুওইবা মহোৎনা অমতা হোৎনদ্রবনি। তশেংনা হায়রবদা মখোয়দি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবগী ব্রা লৈতে।

অশেঙবা লাইনীংলোয়শিংনদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়বীখিবা মখাগী ব্রাহৈশিংসিদা য়াওবা অচুম্বদুবু নীংথিনা খঙইঃ

*সর্বধর্মান পরিত্যজ্য*
*মামেকং শরণং ব্রজঃ*
*অহং ত্বাং সর্বপাপেভ্যো*
*মোক্ষয়িস্যামি মা শুচ॥*

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা *সর্বকার্মান পরিত্যজ্য* হায়না হায়রমদনা *সর্বধর্মান পরিত্যজ্য* হায়রম্বসি অর্থ য়াম্না লৈবা ৱাফমনি। মসিবু নীংথিজনা খঙজিনবদা ঐখোয়গী য়াম্না কান্নবা ওইগনি। ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল ফংবদা মতেঙ য়াম্না ওইগনি। ধর্ম্ম পুন্নমক থাদোকউ হায়রম্বনি অদুগা কর্ম্মবুদি থাদোকউ হায়রমখিদে। মদুনা হায়বদি *ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মগী মরমদা নৈনবশিংদা থরায়-ফুক্রা য়াওশিল্লুদনা অমদি মদুদা জ্ঞান মাঙহল্লুদনা ঈশ্বরনা নুংঙাইনবা অমদি ইবুংঙো মহাক্কী মতীক-মগুণবু থাম্বৎপা থবক পুন্নমক পাঙথোকউ হায়বনি।*

মশাগী ওইনা তাঙ্গিননঙাই করিসু লৈত্রবফাওবদা জনক অমসুং অতৈ যোগীশিংনা তাইবঙপানগী নুংঙাই-য়াইফনবগীদমক্তা থবক নোমদুনতা লৈখিবগুম ঐখোয়নসু লৈবা তাই। তাইবঙ মপুনা মশাগী ওইনা থবক তৌরুবগী দরকার অমতা লৈত্রবসু ইবুংঙো মহাক্না থবক লেপখিবদা জগৎ অসি মাঙখিগদবা মরমনা থবক তৌবা শুকলেপ লেপ্লে। মরম অদুনা শাস্ত্রশিংনা নৎত্রগা ধর্ম্মগী লাইরিকশিংনা থবক্কী মহয় লোক্কে খন্দনা কখোকপগা লোয়ননা থবক তৌবা লেপকনু হায়রি। অদুনা তোমথিল ওইবা অশেঙবা কর্ম্মনি, নিষ্কাম কর্ম্মনি।

নিষ্কাম কর্ম্মগী লম্বী মতুংইন্না চৎলিবা মী মখোয়দুগীদমক্তদি হৌজিক হৌজিক ৱাজরবসু পোলোইদদি মঙ্গল শোয়দনা ওইরক্কনি। অধর্ম্মগী লম্বেলদা লমফৈ চৎশ্রবা মখোয় অদুনা নত্ত-নত্তবা পাম্বৈশিং শীজিন্নরগা লম্ভুম অমদি শক্তি ফনা তাঞ্জরবসু মমৈথংদদি ঈখঙ-খঙহৌদনা অচৌবা লাইবকথীবা অমনা লাকথুরগনি। কৌরব অমসুং পাণ্ডবশিংনা অচুম্বা অসিগী খ্বাইদগী লংলবা খুদমনি। অধর্ম্মগী ওইবা থবকশিংনা কৌরবশিংবু মমৈথংদা পুম্মাঙ-মাঙহনখি। মখোয়না কাঙলূপ খুদীংগী মতেঙ ফংলম্মী অদুবু ঈশ্বরগী থৌজালগী কল্লবা পাঙ্গল অদুদি তানখিদে। মরম অদুনা নোংদম্বনা মখোয়বু শেমগৎপা য়াদনা মাঙহনখি।

শ্রীভগবানগী পাউতাকশিং অদুবু থবক্ত-থবক ওইনা ওম্থোকপা ঙল্লবদি আনন্দগী অমৃত ঈফুৎনা পীকথন্না লৈবা আত্মাবু অশেঙবা মশক ওইনা অদুম থম্বা ঙমগনি। অদু ওইরবদি ঈশ্বরগী থৌজাল হৈধবীরক্কনি। ইবুংঙো মহাক্না য়াত্তুনা থম্লম্বা পৃক্সিগী নিয়মশিংবু তুমিন্না ইনবনা ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল ফংবগী লম্বীনি। ঐখোয়না করি ফংগদবা অদুগা করম্বা মতমদা মদু ফংগদবা হায়বদু ইবুংঙো

মহাক্না হেন্না ফজনা খণ্ডই। ঐখোয়না তৌগদবদি ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চণ্ডজবা, ইবুংঙো মহাক্কীদমক ব্রাজবা অদুগা নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌবনি। ঐখোয়না তৌবা থবক্কী মতুংইন্না থবক্কী ফল ফংগনি। ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালবু খৌরাংলুবগী দরকার ওইদে। অফবা থবকপু তৌরবদি ঈশ্বরগী থৌজাল মশানা অদুম লাকচগনি। ❑

## ৩১। পূন্সিগী অশেংবা পম্বুং

পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং অদু য়ৌনবা চৎপদা ঈশ্বর নত্তনা ঐখোয়গী লম্বী তাকপীনবা কনামতা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্কী অশেঙবা মণ্ডালনা অমম্বগী লৈচিনবু হাংদোকপীগনি। মচানা মপাগী মখুৎ পায়দুনা লমজিংবদি মচা তুগনি, অদুগা মপানা মচাগী মখুৎ পায়দুনা লমজিংবীরবদি মচা তুরোই। ঈশ্বরনা ঐখোয়গী ঈপাশক্লা লমজিংবীসনু। ইবুংঙো মহাকখক্তননি ঐখোয়গী পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুংফমদা লমজিংবীগদবসি। জগৎ অসিদা ইবুংঙো মহাক নত্তনা থাজনীংঙাই কনামতা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্তী আনন্দগী মশক ওইবনি। ঐখোয়বু আনন্দগী ঈপাক্তা লৈহনবীয়ু। ঐখোয়না আনন্দগী ঈপাক্তা ঈরাক্লদুনা শিগনি হায়বগী কিনীংঙাইসু ওইদে। মদুদবু ঐখোয়না লূপ্তুনা লৈবা ঙমজরবদি ঐখোয় মুক্তি ফংলবনি, অমর ওইরবনি অদুগা পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং য়ৌরবনি।

মমাঙগী মপোক মপোক কয়ারক্তসু ঐখোয়গী ঈমা-ঈপা মথং মথং কয়া লৈখি, মরূপ-মপাংসু মথং মথং কয়া লৈখি, লম্ভুমনচিংবসু কয়া কয়া লৈখি; অদুবু মথং মথং পূম্নমক চৎখি। মখোয়না ঐখোয়বু পেলহনবা ঙমখিদে, অদুগা হৌজিক হৌজিকসু ঐখোয়না পেনবা ঙমদ্রি। মপাম্বোংগী মীরম্লেনগী ওইবা পোৎশিং অসিদি তুং-কোইদবনি। মখোয়না ঐখোয়বু পেলহনবগী মহুত্তা অৱাবদুম পীরি। মখোয়না পীবা ঙম্বশিংদি ঙমখৈ-নাইবা তাইবঙগী নুংঙাইবগী শক্লোন লৌবা অৱাবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা তাইবঙগী অৱাবশিং অসিদগী লাম্বোকখ্রগা নুংঙাইবা অয়ৌবী আনন্দ হায়বদু ফংগনি। মদুদি ঙমখৈ নাইদ্রে, অতৈ অতৈগী মখা পোন্দ্রে অমসুং মপুংফাবা নুংঙাইবা হায়বদু ওইরে। মদুনি খ্বাইদগী নুংঙাইবা পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং হায়বদি

সৎ-চিৎ-আনন্দ স্বরূপতা লূপ্তুনা লৈবা হায়বদো। মদুনি অমর ওইবগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা পূন্সিগী পান্দমনফম ওইরিবদো।

তাইবঙগী পূন্সি অসি নীংথিনা লোইরগা অওইবা পূন্সি হায়বদু হৌগদৌরিবনি। অওইবা পূন্সি হায়বদু ফংননবগীদমক্তা ঐখোয়না আত্মাগী মশক খঙহৌগদবনি। হকচাঙগা আত্মাগা অম্মানি হায়না শেরান্ননা লৌরোইদবনি। মতম খরগীদমক ওইবা হকচাঙবু অরোইবা ওইনা খল্লুবদি অচুম্বা ওইরোই। অমরোমদা আত্মাদি পোকপা অমদি শিবা নাইদে, অহৌবা অমদি অরোইবা নাইদে অমসুং মতম পূম্বগী অদুম ওইদুনতা কায়দনা লৈবনি। মসিবু খঙবা হায়বা অসিদি মায়াবু জয় তৌবনি, অমসুং নুং-গী ওইবা মায়পাকপা অদুনি। মদুতনা পূন্সিগী অশেঙবা পান্দম্নফম ওইগদবনি।

মীওইবনা য়াম্না ৱানা ফংলকপা মীওইপোক অসিদা ঐখোয় মীওইবগী ৱাখল অমসুং পূক্নিং অদু আত্মাগী ওইবা অওইবা নৎত্রগা অচুম্বা মশক অদুদা থম্বা ঙম্নবা লাক্লগদবনি। অদুদগীদি হকচাঙবু অওইবা নত্তে, তুংকোইদবনি হায়না লৌবা ঙম্লক্কনি। সংসারগী পোৎশিং অসিদি মায়ানি অদুগা মখোয়দি হকচাঙগা মরী লৈনৈ। তাইবঙগী পূন্সি অসিদা মায়াবু জয় তৌরগা পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুংবু য়ৌনবা লাক্লগদবনি। তশেংনমক হায়রবদা মীওইবগী পূন্সি হায়বসিদি অশেঙবা পম্বুং অদু য়ৌনবা লাল অমনি। লাল অসিবু জয় তৌবা ঙম্লবদি পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং অদু য়ৌবা শোয়দ্রে।

পোকপা অমসুং শিবা হায়বসিদি হকচাঙগী ৱানি, আত্মাগী ৱা নত্তে। মীওইবনা মশাদা পকপা অমনবা ফিবু হুন্দোক্লগা অহনবা অমা হোংবগুম, আত্মানা অশিবা হকচাঙবু থাদোক্লম্লগা অতোপ্পা অনৌবা হকচাঙ অমা লৌই হায়না গীতানা শেংনা হায়রি। মানা মানা তৌখিবা কর্মগী মতুংইন্না হকচাঙ হোংদোকপসিনা নুংঙাইবগীসু অৱাবগীসু ওই। মহাত্মাশিংনা শিরগা মীরম্লেনগী হকচাঙ নত্তবা লাইগী ওইবা হকচাঙশিং ফংদুনা লাইরৈবাক্তা লৈনবগী তাঞ্জা ফংই অদুগা অমরোমদনা পাপীশিংনা নরক্তা তাদুনা য়াম্না ৱানা লৈ। পাপীশিংনা মখোয় মখোয়না লঙজরুবা পাপশিংগী মতুংইন্না হম্থু-হম্থুবা মপোকশিংদা অমুক পোক্লক্তুনা অচৌ-অচৌবা অৱাবা কয়ামুক হন্না হন্না নংলৈ। মালেম অসিদা লৈরিবা মী খরনা নুংঙাইরি অদুগা

অতোপ্পা খরনা ৱারি। তাইবঙগী অৱা-নুংঙাই, পূন্সি-তেনবা অমদি পূন্সি-শাংবা অসিনচিংবশিং অসি কর্ম্মগী ফল ঙাক্তনি। মরম অদুনা তাইবঙগী অৱা-নুংঙাই, অঈং-অশানচিংবা পূংবা-পূংবাশিং অসিদগী নাম্থোক্কে হায়রবদি নিষ্কাম কর্ম্ম তৌদুনা পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং অদু য়ৌনবা হোৎনগদবনি।

পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং অদু য়ৌনবগী পান্থে অমা ওইনা মালেম অসিবু শীজিন্নগদবনি অদুগা মালেম অসিদা মপোক মপোক অসুম পোক্তুনা লৈথনবগীদমক্তা তাইবঙগী পোৎশিংবু পেন্নাইদনা কন্না পামশিনবা তৌরোইদবনি। মালেমসিদা নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌরগা মালেমসিনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌনবগী তঙাইফদবা পান্থে অমা ওইরিবা পাক-চাউরবা অমদি কল্লবা থোং অমা ওইগনি। ঐখোয়না করিমতা পুরক্তনা তাইবঙসিদা লাকপনি অদুগা তাইবঙসিদগী করিমতা পুদনা অমদি হিংহৌরিবা অনকপা অমসুং অরাপ্পা মফমদা লৈবা মরীমতানচিংবা মীওইশিংদা ঐখোয় কদাইদা চৎলিবনো হায়বদু তাক্লমদনা চৎখিগনি (শিখিগনি)। চৎখিবা মওঙ অদুদি অৱা-অনানা পীক থল্লবা তাইবঙ অসিদা অমুক হল্লক্তনবা মওঙ অমদা চৎখিনবা লাক্লগদবনি।

ঈশ্বরনা ঐখোয়গী চপ-চাবা ঈপানি, মরূপনি অমসুং লোয়নবনি। ইবুংঙো মহাক্কা ঐখোয়গা কায়নবা য়াদে, কায়নরোই। ইবুংঙো মহাক্লা পূম্নমক্তগী পূমহেন-হেল্লি অদুগা ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদসু লৈবী। থম্মোয় অদুদি আধ্যাত্মিক্কী থম্মোয়নি, হকচাঙগী শাবানবা থম্মোয়দু নত্তে। ঐখোয় পূম্নমকপু নুংশিবীবদগী ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ইবুংঙো মহাক্লা আত্মাগী মশক লৌরগা লেঙশিনবীদুনা লৈবীরি। নুংঙাইবা পূম্নমক্কী, জ্ঞান পূম্নমক্কী, শক্তি পূম্নমক্কী অমসুং নীংতম্বা মতা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইবিরিবা ঈশ্বর মহাক্তী ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা লৈ হায়বসি ঐখোয়না খক কাউরোইদবনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থেংনগদবা নৎত্রগা উন্নগদবা মফম অদুদি ঐখোয়গী থম্মোয়গী অথূপ্পা কা অদুদনি।

ঈশ্বরবু ফংননবা থিবা মীশিংনা চৎকদবা অশেঙবা লম্বী অহুম লৈঃ কর্ম্মগী লম্বী, জ্ঞানগী লম্বী অমসুং ভক্তিগী লম্বী। মখোয়না ঐখোয়গী থবকশিংবু অমদি ৱাখলশিংবু লাকশিল্লি। মখোয় অহুম্না ঐখোয়বু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চিংশিল্লি। ঈশ্বরবু মওঙ অমদি গুণশিং লাক্লা লাৎপা ঙম্বনা চপ-চানা পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং

য়ৌবা য়ারে হায়বা নত্তে। মদুনা মতেঙ খরগী মখৈদি ওইগনি। পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং য়ৌবা হায়বদি ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংদবা, ব্রাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদবা, মফম খুদীংদা শীন-থুংনা লৈবা, বুদ্ধিনা য়ৌবা ঙমদবা, পূম্নমক্কী মরুদা লৈবা, অমাঙ-অতা লৈতবা অমদি শকউদবা ঈশ্বর মহাক্কী মনাক য়ৌবনি, মুক্তি ফংবনি। মুক্তি ফংনবগীদমক্তদি ঈশ্বরবু মওঙ অমসুং গুণশিংগী ব্রাংমদা লৈবনি হায়না নীংবা দরকার ওই।

পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং য়ৌগে তাল্লিবা মীনা হকচাঙগী ব্রাখল থাদোকপা তাই। হকচাঙগী নুংঙাইনবতা খনবা মীতানা ইন্দ্রিয়শিংগী পেন্ননবগীদমক্তা থবক তৌবনিনা ঈশ্বরগী ব্রাখল কাউথোকই, অদুগা চৎকদবা অচুম্বা লম্বীদা চত্তে। পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুংদা লমজিংবীগদবা জ্ঞান যোগ অমসুং ভক্তি যোগ অনীমক্তা হকচাঙবু আত্মানি হায়না লৌরবদি যোগ তৌবা য়ারোই। ভক্তি-যোগদা চৎলবা মীনা মহাকসে ঈশ্বরগীনি হায়না লৌই, অদুগা জ্ঞান যোগদা চঙলবা মীনা মহাকসে ঈশ্বরনি হায়না লৌই। ঈশ্বরবু মশক-মওঙ নাইদে হায়না নীংবা জ্ঞানীনা ঈশ্বরগা মহাক্কা অমতা ওইরকপা ফীভমদু ফংবনা মরোইরে হায়না লৌই। ফোঙদোক্তনা লৈরিবা নিরাকার ঈশ্বরবু খঙগে হোৎনরিবা মী অদুবু জ্ঞান-যোগী কৌই, অদুগা ফোঙদোক্লুনা লৈরিবা সাকার ভগবানবু ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌরিবা মীদুবুনা ভক্ত কৌই। মখোয় অনীগী পম্বুংফমদি অমতনি। অদুবু জ্ঞান যোগনা ভক্তি-যোগদগী য়াম্না হেন্না ব্রানীংঙাই ওই। মরম অদুনা ঐখোয়না কলি যুগ অসিগা চূনবা ভক্তি-যোগ শান্নরগা পূন্সিগী অশেঙবা পম্বুং য়ৌনবা হোৎনবা তাই।

ভক্তনা ঈশ্বরদা চান্ননমক থব্রায়-হকচাঙ য়াওনা ভক্তি তৌজবা ঙম্লবদি ভক্তিদুনা সনাগী থৌরী ওইরগা ইবুংঙো মহাকপু পুনবা ঙমই। ভক্তি অসুম অসুম হেনগৎলকপগী মতুংইন্না ভক্তনা মশাগী অশেঙবা শক্তম অদু  খঙজবা ঙম্লকই, অদুগা মহাক্কা ঈশ্বরগা লৈনরিবা তৎন-থানবা য়াদবা মরী অদুবু খঙলকই। ভক্তগা ভগবানগা অমতনি। অতৈ করিগুম্বা অমতা খল্লুদনা পূম্নমকপু ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা কখোক্লগা সেবা তৌজরিবা, ইবুংঙো মহাকপু অথোইবা পম্বুংফম অমা ওইনা লৌজরিবা অমসুং ইবুংঙো মহাকপু ফংজরগা লোইরে হায়না লৌজরিবা ভক্তশিংনা সংসারগী অপাম্বশিং থাদোকপগী জ্ঞান ফংই; অদুগা মমৈথংদা মখোয়গা

সংসারগা মরী লৈনরক্তে। অদুদগীদি ভক্তশিংবু ইবুংঙো মহাক্না হিরোই ওইরগা অৱাবা সংসারগী ঈপাকপু থীম্বা তৌদনা লাম্থোকপী।

ঈশ্বরদি জীব পূম্নমক্তা লৈবীবনি। ইবুংঙো মহাক্না ব্রাহ্মণ অমগী থম্মোয়নুংদা লৈবগুম্না ককচেং অমগী থম্মোয়নুংদসু লৈ। ইবুংঙো মহাকপু জীব খুদীংমক্তা উবা ঙম্লবা যোগী অদুনা জীবশিংগী অৱা-নুংঙাইবু মহাক মশামক্কী অৱা-নুংঙাইমক্নি হায়না লৌরকই। অপঙবা মীনা মশাগী নুংঙাইবা থিবদা অতোপ্পা মীশিংবু নৎত্রগা জীবশিংবু চিংনবা করিমতা লৈতনা ৱাহন্নি। অতোপ্পশিংদুসু মহাক্কুম্না নুংঙাইবা পাম্বনি হায়বসে মহাক্না খক খল্লুদে। মহাক্না মহাক মশামকপু নৎত্রগা ঈশ্বরবু পূম্নমক্তা উবা ঙমদে। অদুবু যোগী অমনদি পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু উই অদুগা অমুকসু ঈশ্বরদা পূম্নমকপু উই। মহাক্না ময়াম অসিবু অমতা ওইনা উই। মরম অদুদগী ঈশ্বরনা মহাকপু খক থাদোক্তে অদুগা মহাক্নসু ইবুংঙো মহাকপু খক থাদোক্তে। মখোয় অনী অমতা ওইনা তিঙ্গিন্নখি। ইবুংঙো মহাক্না অমতা ওইনা তিঙ্গিন্নবা হায়বা অসিদি জীবাত্মাগী তোঙানতাবা হায়বা ফীভম অদু মাঙখিবনি। জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা তিঙ্গিন্নখিবনি। মদুবুনি পূঙ্গিগী অশেঙবা পম্মুং হায়নরিবসে। ❑

# ***BIBLIOGRAPHY***


1. ***Secret of Right Activity*** *by Swami Paramananda, Sri Ramakrishna Math Printing Press, Mylapore, Madras 600 004 (1923).*
2. ***The Bhagavad Gita*** *by S. Radhakrishnan and first published in Great Britain by George Allen & Unwin Ltd. (1948).*
3. ***The Bhagavad Gita****, translated by Juan Mascaro (Penguin Classics), and printed in London, U.K. (1948).*
4. ***Geeta Vahini*** *by Bhagavan Sri Sathya Sai Baba and published by Sri Sathya Sai Books and Publication Trust, Prasanthi Nilayam, P.O., 515 134, Anantapur Dist. (A.P.), India and printed by Sai Shriram Printers Madras - 600 026 (1960).*

5. ***The Supreme Power*** *by M.K. Gandhi, States' People Press, Janmabhoomi Bhavan, Ghoga Street, Fort, Bombay - 1 (1963).*

6. ***Yoga of Action*** *(compilation from Divine Teachings of Bhagavan Sri Sathya Sai Baba) by Kirit Patel and Vijay C. Amin, Prasanthi Printers, Bombay - 400010 (1971).*

7. ***Reincarnation and Immortality*** *by Swami Paramananda, Sri Ramakrishna Math Printing Press, Mylapore, Madras - 600 004 (1974).*

8. ***Chinna Katha*** *by Bhagavan Sri Sathya Sai Baba and published in India by the Convenor, Sri Sathya Sai Books and Publications Trust, Prashanthi Nilayam, India - 515134 and printed by Sai Shriram Printers, Madras - 600 026 (1978).*

9. ***The Problem of Death & Suffering in Indian Religions*** *by Clarence O. Mc Mullen, printed at Printsman, New Delhi - 5 (1983).*

10. ***Bhagavad Gita*** *translated by Swami Gambhirananda and published by Swami Ananyananda, President, Advaita Ashrama, Mayavati, Pithoragarh, Himalayas and Printed in India by A.K. Dey at Union Press, 5E. Ramkrishna Lane, Calcutta -700 003 (First Edition, September, 1984).*

11. ***Tilak and Sankara on Bhagavad Gita*** *by G.V. Saroja, Sterling publishers Pvt. Ltd. L -10, Green Park Extension, New Gelhi - 110016 (1985).*

12. ***The Mahabharata*** *by R.K. Narayan and published by Vision Books Pvt. Ltd. 36c Connaught place, New Delhi - 110001 (India) and printed at Ram Printograph (India), C-114, Okhla Industrial Area, Phase 1, New Delhi - 110 020 (1987).*

13. ***Bhakti Yoga*** *by Swami Vivekananda, Nabajiban Press, 66 Grey Street, Calcutta - 700 006 (1991).*

14. ***How is a Man Reborn*** *by Swami Satpra-Kashananda, Nataraj Offset, 179A/IB Manicktalla Main Road, Calcutta - 700054 (August 1991).*

15. ***Spiritual Practice*** *by Swami Ashokananda, Gipidi Box Co, 3B Chatu Babu Lane, Calcutta - 700 014, November 1992.*

16. ***Karma Yoga*** *by Swami Vivekananda, Gipidi Box Co, 3B Chatu Babu Lane, Calcutta - 700 014, December 1992.*

17. *Geeta Vahini, translated by I.S. Akoijam and printed at Weda Press, Keishamthong, Imphal (1995).*

18. ***Gitagee Eechel*** *by I.S. Akoijam, published by Sri S. Nilo Singh, Naorem Leikai, Imphal and printed at Padma*

*Printers (Computerised), Paona Bazar, Imphal, Manipur (1997).*

19. ***Bhagavad Gita.*** *As It Is by His Divine Grace A.C. Bhaktivedanta Swami Prabhupada, Founder, Acharya of the International Society of Krishna Consciousness, Bhaktivedanta Book Trust, Hare Krishna Land, Juhu, Bombay - 400 049 (1998).*
20. ***Srimad Bhagavatam*** *by His Divine Grace A.C. Bhaktivedanta Swami Prabhupada, Founder, Acharya of the International Society of Krishna Consciousness, Bhaktivedanta Book Trust, Hare Krishna Land, Juhu, Bombay - 400 049, Fourth Indian edition (1998).*
21. ***A Buddhist Bible*** *by Dwight Goddarad, Book Faith India, 414-416 Express Tower, Azadpur Commercial Complex, New Delhi, India (Reprinted 1999).*
22. ***Isvargee Maikeiromda*** *by I.S. Akoijam, published by Manipuri Sahitya Parishad, Thoubal, printed at Siroi Offset Printers, Thoubal, Manipur (2000).* ❑

